জগৎ অমম-অঙাল অনীগী নত্রা! অমম্বনা মপাল ফভৈ অঙানবা তক্লা মাঙহনবা ঙম্ব্রা? ঙমদে। অদুম, অঙানবনা মপাল ফনা ফহুনগু অমম্বা পুমমাঙ মাঙবা লৈতে। অনী ঈরোয়ননা অহুম মরৈ! অদুনা জগৎসিদা পোৎলম অমত কোনশেং লৈতে, খরদা ওইরে ওইনা মামবু ওইরে ওইনা কোম্মাং চঙবা ঙাক্লি।

মাধবী অশোয়বনা থল্লবসু নীংথিজবা য়াওদনীংঙাই 'কৰি লৈ!

খোর্জৈনা মশানা ভাবোক অমা ওইবগী হৌনশা জগৎকী পোৎলম খূদিংদা মহাক থরায়গী ঈছল অমা উই; মশামক্তৌনা অরা-মুঙাই থঙবা ঙম্মি নাঁতি, মথোয়বু মশামক্তৌনা মুংশি। অদুনা মান: করিগুম্বা পোৎলম অমগী মরমদা করিগুম্বা অমত্তং থারকপদা মদু ঐখোয়গী মাঙদা থরায়নবা পোৎশক অমা ওইদওইনা ফাওই, ঐখোয়গী পূক্নিং হুদবা ঙমদে। "নম্বুল তুরেলগী খোয়রবা ঈশিং ঈচেন্না .... কাঞ্চি চীংগী চীংখোংদা ঙা থেংহুনা ঙাইহাক্তং পোত্থাবা ....।" হায়রিবা অসীমক্তদা 'ঙাথেংহুনা'হায়বা লৈথেক (ক্রি: বি:) অসীগী মতুংদা ফুম্নিবা কবিগী ভাবনা নম্বুল তুরেলবু ভাবোকশিংদা থরায়নবা, অরা-মুঙাই নীংথিনা খঙবা পোৎশক অমা ওইনা পীরি। ভাবোকী পূক্নিং মুন্দনীঁঙাই করি লৈ!

ব্রারী মতাং মতাংদা অসীগুম্বা মুঙাইবগী ঈনোৎ মচা মচা ভাবোক্কী বসকী ঈচেন্না ফংঙি।

খোর্জ্জেনা পোৎলম অমতংগী মপা অমতংগা পীরকপা মপা লৈতনা নীংথিজে। পীরকইবা মপা অদুনা পারুরিবা পোৎশক অদূ ভাবোক্কী মাঙদা তরং তরংনা হেক্ত তাই। ইরি "··· অয়ুক অঙনবদা শাৎপা মল্লিকাগুম্না নোৌরবী উরীরৈ অতুবু ····· লাক্লিগদ্রা লাক্লিরোইদ্রা।" উরীরৈনা বারুণী পুবিয়ূ হায়-জবদা হৌবিবক্রবা বীরেনগী নীঁঙমদবা থম্মোইনা মহাক লাক্লম-দবা তারে হায়বা ব্রাথন্না মাঁঙোইননা খল-লকপা ব্রাথন্নি। মাগী নুংগী মপাউ অসীনা ভাবোক্তা করি পীরি য়েংসি।

মল্লিকা মশানা, মহৌশানা নৌজরবা লৈনি: মাগী নৌজ-রবা শক্তম অনৌবা শাগৈগী মমিনি। অয়ুক অঙনবদা শাৎপা মল্লিকা ইনুংগী লিক্লা চাদনীঁঙাই লৈতবনি। অদূনা হায়দোরক্লিবা নুংগী মপাউনা ভাবোক্তা পীরিবসি ইনুংগী-লিক্লা-ফুরবা মল্লিকা-নি। মিৎলু-পিরাং-নরবী-অরা-মৈশা-লাংলবী মুজাগী শকফম্নি। অদূনা ভাবোক্কী মিত্তা বীরেন্না হৌবীদ্রবী উরীরৈনা মমিত্তা মপি মতুম মতুম তাহুনা কাচিল অমদা মবূক থুংদনা তুমিন ফম-হুনা লৈবহ্ তরু-তরু, তরং-তরং হেক্ত মতাই।

খোর্জ্জেনা যেক্লিবা অরাবগী শকফম অনী— নুংশি-কায়-নবগী অমা, অদূগ নীঁঙমদবগী অমা— বানফত্ত-গী থৎয়েক-মকপু

য়ৌরব্রা নাঁড়ি। চন্দ্রকেতুগী মচান্নুপী কাদম্বরীগী উজ্জয়িনী-নিংথৌগী মচানিপা চন্দ্রাপীড কাযনবদা ওইবা শকফম—মুংগী পুডমদবা মৈচাক ঈঙ্গব্রা যেংগে হায়হুনা ফ্কায়বদ ভাযদিবা থম্বাল লকা চাইহনা ওনবদা ঈংব্রা হায়ববু থম্বাল লকাশিং অদুনা মৈরি ওইনা চান্নকপা শকফম—বীবেন কায়নবদা হেবোকচীংগী চীংদোন্দা নূঙ্গায়-থক্তা ওম্নবী উর্বীরৈগী শকফমদা ফাওই। অদুগা পুণ্ডরীক-কীদমক্ত ভাওহুনা মপাগী বোন্নুং থাদোক্তুনা পম্পা সরোবরগী মপান অমদা নুংনা নুংশিবগী শক্তম লিংইত্নুনা লাৎতুনা লৈবরী মহাশ্বেতাগী শকফম— অদুমকস্থ অমুক কবস্থা— পুণ্ডরীক-না উজ্জয়িনীদা শুকনাসকী মচা বৈশম্পায়ন ওইনা পোন্নবা, মপোক ওল্লবমক্তদা মহাশ্বেতাগী নুংশিবদি মাগী থম্মোইদা লকা নুংদা থন্না অত্নুম ফুমহুনা মবৈবা মহাশ্বেতানা যাচংবদা মপুবোইবগী নুংগী শক্তম থৌগল তৌবকপা, থৌগল তৌনা তৌনা তেংথাবকপা মাগী তেংথা খোলগী শউম লাংবদা বৈশম্পায়নগী নুংদা চেল্লিবা মহা-শ্বেতাগী নুংশি-ফক্ত ঈহৌবক থাডবা চেম্মক্ত অঙাংবগী মতৌগুম্না মপাম্মোম অনী তিংহুনা মহাশ্বেতা তমহুনা বৈশম্পায়ন-না ফুজি-ৎকপা, অতু উবদা মানদি অতোপ্পা মীনি হায়না উবনা, অতোপ্পা নিপাগী পাগ াম মন্নুং চল্লুববদি মপুরোইবগী থৌগল মপোক্কী তৌবা যাররোই থুকখিবনা মঙোন্দা মীচৈ পীরকপা, সত্তীগী মীচৈ ফংবদা মহাক্না উৎপুং ওইনা তাখিবা, থক্তা থোকপা থানা খাম্বা নংহৌদ মপুবোইবা পুণ্ডরীক-না মপোক ওল্লবমক্তদা নংবু

কাউবা ঙমদহুনা ঙাওবনি তাক্লকপা– হান্নবা অরা-মৈচাক-পুঙম-দ্রবী মঙোন্দা নীঁঙমদবমৈচাক অমগা অমুক নোংশিল্লকপদা ওইবা শকফম-- ফোঙনীঁঙাই রাহৈ লৈত্রবা শকফম-- মযুম থা-দোক্তুনা হৈবোক-চীংগী লোকন্নুংদা পিবোযননা লেল্লবী, মপিনা পূমচোৎ-পূমচোৎনন। "অ.রধ্বা লৈপ্‌াবংনিকো, ঐনা হুক্লি.বা মীগী মঙকশমদা হুকপা যংদ্রেকো।" লৈলেংলবী নী ঙমদবী মাধবীগী শকফমদা উদনিঙাই ৰবি লৈ।

বস অসীস্মু তসী ওইবে। কাঞ্চীগী চম্মা, পঁঙি হায়বা খঙজবা ঙমদনা, তোল্লি হায়বা উজবা ঙমদনা পাল্লবা যুম্বালগী শকফম খো.র্জ্জনা নুঙাইনবা। ওইনা য়েকশিন্নহুনা ভাবোক্লা মশাগী মশক্তম অমদি মরৈবাক্তী মশকযম উজনবা শক-চুম্বা নুংশেল মাঙদা খিনবিষঙম খিল্লকপা, তুথীরবী উরীবৈগী শক্তম নীংথিনা ফোঙ্গে মতাগুম উৎশিন্নহুনা হাইথবল্লবা কাঞ্চীপুবগী শক্তম উক্তুনা হাইথববা ইবৈবাক্তী শক্তম যেন্নকপা, ভুবন-মপাগী তমথীরবা শক্তম খোর্জ্জনা নোক্লা নোক্লা য়েক্তুনা তমথীবগী মশক্তম উৎপা, মী ফক্তবগী হ.গী ময়াই থম্বাল-নবীনগী মপুনশিনা থূদম ওইনা পী লন্না মমিৎ তাংলবা মীগী শাজৎ ··· অসিনচিংবা খোর্জ্জে য়েল্লক্লিবা ভাবোক কনাগী পূক্লিং পেন্দনিংঙাই লৈ।

অসীদবা? নত্তে। পীথোরকপা খোর্জ্জনা ঐদি পী-থোরকপনি হায়বহ লাইবিক্কী মতাং মতাংদা তক্তনা উৎলি।

মাধবী জগৎকী নীংথিজরবা শক ফম অমনি। নোংজাগী

ওইবা শকফমনি। নোংয়াই-চবুক-লোন-খ্রবা, থানশু লৈথবল্লবা থাগী থাবল্লা অহিংগী লৈচিল-নোংকাইগা লানশীংনরকপা, থরান-মিচাক-শিংনা তাম্না নোংথক্তা মমিং কুপ্না করম লানবাংসিগে মতাগুম চীংনা চীংনা থোক্তুনা লৈরকপা, অদুগা অমরোমদনা অমম্বা হায়বা শাংগ অদুনা মভাল অসীদা মাযথীখ্রবদি মওং-গুম রাকুম উকুমদা উখোঙ ফমতুনা লাইনিংবগুম য়েংলকপা, মদোম-যে বোই-চৎপা নোংজা-তাবা মালংনা হাইবৌ-ভাম্মৌ চৎ-লকপা উপাল রাপালনা মাগী মতৌ তম নাক্তা যেৎকা হাই-বকপা, মথোয়গী মখোঙ থুপ্লিবা অমম্বা শাগৈনা থাবল্লা উখিবা তারে মতাগুম উকুম থিনা থিনা থুপ্লকপা নোংজাগী শকফম উরব্রা? মাববীগী শকফম অদুনি।

উবীবৈ মাববীগী থানি! পুংযাল থোক্কদে বনি। খোর্জেনা মতাং অনীদা মাগী মভাল হাৎখিবনা মানা পুংয়াল থোক্লদবনি। বীবেনবু মাগী মথরায় কনবা অমদি অবাবগী খোঙফম ওইনা য়েকখিবনা মানা মাবু নুংশিবা মনু শিগী মভাল পিকথৈ। মানা মবু নুংশিদফম থোক্তবা মবম অতৌবা অনী অসী লৈবনা ফজ-বদি ফজবা, পুক্লিং হুনা ফজবা অদুগা মপাঙ্গলদি রাংলবা লৈথবল্লবা থাওম মাধবীদা মানা ভাল্লি। মাধবীদা খোর্জেনা মীচং কন-না চংমনখিবা মাগী হান্না শোম্ববা মভান্দা লৈচিল-নোংফাই থাংডি। মানা মশানা মফজববনিনা ফনা য়েক্তুনশু

মাঙবদি মাঙদনা অহুম মঙাল্লি। থাগী মঙান্না শিথরক্লবদা থরান-মিচাকীনা ফুগৎলক্তনিংঙাই করি লৈ। থা মশাগী মগুণদা মন্নেং তানা থোক্লবগু থাবনগীদি তেংবাও ফংদনিংঙাই করি লৈ! খোর্জ্জেগী অপানবা খূৎয়েক মচা মচা কয়ানা রারী-সিগী নীংথিজবা শকক অহুম মহেনগৎহল্লি। থা-ওইবা উরীরৈ, থরাম্মিচাক-ওইবা খোর্জ্জেগী মগুণ কয়াগী মঙান্না লাকপদা, মঙাল লাক্লবদা অমম্বা শাগৈনা উরুম রারুমদা নাথৈ নাথৈননা লোৎন-খিবগুম অমম্ব-ওইবা খোর্জ্জেগী অংশাযবা পূম্নমক অহুম অহুম মথুপচথি। থুগ্নদি থুপথ্রগা পঞ্জাউ অশোম্নবশিং অদূনা অমুক অমুক হৌবকপগুম তৌই। নাচুংদবা মালংনা অমম-অঙাল য়েং-ঙ্দনা মানা হুম্লিংবা মায়গৈদা হুমতুনা চৎপগুম হুংশিরোল (প্রেমতত্ত্ব) গী ঈচেন্না পল্লোল পল্লোল লান্দুনা অহুম মচেনবগুম তৌই।

...... .....

মাধবীগী থাক কদায়দা লৈ! মসিদা খুম্বা রারে। কবিনা! খোর্জ্জেনা খোঙ্গুল তাবা থবদং রাৎথিবনা। করিগুম্বা খোঙ্গুল থিত্তং তারম্নবদি সাহিত্যগী রাংদ-রাংবা থাক কারমগদোবা মাধবীনি।

অরাংবা সাহিত্যগী অথোইবা মগুণ করিনো? মপানগী জগৎকী মঙাল উৎতুনা লেঙদনা জগৎকী মঙাল পীবা; মপালগী জগৎকী নুঙাইবা উৎতুনা লেঙদবা জগৎকী নুঙাইবা মশকথঙহনবা,

মপালগী জগৎকী অৱাবা উৎতুনা থম্মোই থুকহনবা, মুঙাইবা থিহনবা...... লেংদবা মুঙাইবগী খুভমদা কাখৎনবা লম্বী উৎপা ...... অৱাংবা সাহিত্যগী অথোইবা মগুন্নি।

উৱীরৈ মাধবী অনীগী খোঙফম অনী অসী খোৰ্জেইনা চুম্না য়াৎপা ঙম্নমতুনা ভাবোক্কী লম্মুক্নফম থনমত্রবদা মাধবীনা অচৌবা সাহিত্যগী থাক্তা কারমদনিংঙাই কবি লৈবম্মি! অয়োবা মন্নুংশি, নীংজিংনবা মন্নুংশি— মন্নুংশি অনীগী মপালগী খোঙফম্না মুংগী জগৎকী খোঙফম মমি ভাবোক্তা করি উৎলমদনিংঙাই লৈ! অদুবু খোৰ্জেইনা দর্শনগী জ্ঞান থরা ৱাংখিতুনা মুংশিবগী তশেংবা শকফম উখিদবা, ৱাহৈগী মখোঙ মুনখিদবা, অৱাংপা কয়ামুক্তগী অৱাংবা সাহিত্যগী খুভমদগী খবদং নাম্থখিবনি।

মৈতৈ-সাহিত্যগী মন্নুংদদি মাধবীগী থাক ৱাংনা লৈ। মানা পোকপা মতম অতুদা মা-মক্না পোক্লিবা অসী খোৰ্জেইনা মগুন লৈমনবননি। সাহিত্যসীগী মপুনশিগী ৱাবী অমদি য়াঙল-না চে-জল্লক্নবা মতমদা খোৰ্জেই মাগী মখূভম অমুক কানা লৈ-বোইরে হায়বা মৈত্রবাক্না থঙনবক্নি।

# অহুমসুবা মতাং

—00—

## চাউবগী লবঙ্গ-লতা

**চাউবা—**

শক ১৮১৭ কী ফাইরেল তবেৎনী-পানবা শগোলশেল-ন্থমিত্তা উবী পাক-কী মন্নুং-চনবা শোর্বোল-থিঙেল-দা পোকই। খ্বাইবাকপম-শাগেদা পোকপনি। অপোকপগী মমিং মুক্তাসিংহ কোই, মৈতৈ ইশৈ-তৌবা মীনি। অপোকপীনা থাবল-লৈম-নি, অনন্তশাই মন্ত্রী-পুনশিবগী কোন্দা পোকপী থাদোইসনা-না পোকপনি।

চগী মঙাদা অপোকপা কায়নৈ। অপোকপীনা লুখ্রাশীংদা চন্দুনা য়ুম অমা পানবগী নুপা-নুপী অনীমকী মথৌ পুল্লপ কোক-থোংনঙাই যাম্না রাববশু, সনা ঈনা লাংগোল্লক, অৱবা কোন্দা ওঙলনিঙাই, অৱবা শিনফমদনা পুনশি-লম্বী ওইনা উবনা মচাবু মতম-চানা মহৈ পীনবা থৌরাংখি। মতম অদুনা নোংচুপকী মহৈ নিংথীনা শকখঙনদবা, অদুগা নোংপোক ঐখোয়দগী অমদি ঐখোয়গী পাবোল-পুরোম্না থনম্লিবা ইহৈসীদনা অফবা মহৈ ওইনদ উনবনা, মচাবু হৌন-লোনচৎ খঙনবা নিত্যাচার তন্ত্রাল্লি, অদুগা মীরক-তিনব-য়াবা মহৈ পীথনবগী দমক সারস্বত ব্যাকরণ তম্বা চৎহল্লী।

মৈতৈ

অপোকপীগী পোইরৈ য়েংহুনা য়ুমদা নোংপোক ঐখোয়গী লাইরিক তম্নবগু থাংমৈবন্দ এল, পি, স্কুলদা মতমগী লাইরিবস্থু তম্মী। নিম্ন প্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষা পাশ তৌদুনা মৎংদা জোনষ্টোন স্কুলদা কায়। স্কুল অসীদা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্নগা শিলোং গবর্নমেন্ট হায় স্কুলদগী শক ১৮৩০ দা কলিকাতা বিশ্ব-বিদ্যালয় প্রবেশিকা পরীক্ষা পাশ তৌই। অদুদগী কলি-কাতা আশুতোষ কলিজদা আই, এ, তমথৈ। লাইগী নোংদম-থীবনা ফাষ্ট য়িয়ার লোইবকপা অদুরাইদা রাব ফিবর তৌদুনা নাবদগী হকচাং মাঙথিদনা কলিজদা অমুক হঙ্গিনবা ঙমখিদে।

শক ১৮৪১ দা ইম্ফালগী বেঙ্গলী স্কুলদা ওজা ওই। স্কুল অসিদা চহী তরা লৈবদা মতুংদা শক ১৮৫১ দা জোনষ্টোন-দা কৌশিল্লী। (হৌজিক স্কুল অসিদা অস্থুম লৈবি)।

যাম্না ফনা হৈবা ছাত্রনি। বৃত্তিদ কংদুনা তমখিবনি। অতম্বা বিষয পুম্নমক্ত ইফদ-ফববগু মশানা যাম্না নীংথিনা হৈখিবা অমদি ওজাশিংনা শকখঙনফম ওইখিবমক্তি বাঙ্গলা-নি। মতম অদুগী অফাওবা বাঙ্গলাগী লাইবিক অযংবনথৈ নৈনখি। তস্থুম্ন অনৌবা বাঙ্গলা সাহিত্যগা নীংথিনা শকখঙনখি।

মৈতৈরোল অমদি মৈতৈ সাহিত্য হিঙ্গৎনবা হোৎনবনা পুন্সিগী ব্রতনি। মৈতৈরোন্দা রাস, শয়ন, খুবাক-ইশৈগী ইশৈ লেংই। মানা ঙমজবমথৈ হোৎনদুনা, লৈজবমথৈ পুথোক্লুনা

মৈতৈরোন্দা বাস কৎলি, শয়ন তৌই অহুগা খুবাক-ইশৈ লিংখৎলি।

মাগী মতমগী মমিৎ-পাঙবা পূন্নমক খোম-হনা মৈতৈরোল অমদি মৈতৈ-সাহিত্য সেখাগী, অদুগা লৈবাক্কী সেমগৎপা য়াবএখৈ সেমগৎনবগীদমক মিত্র-সমিতি হায়বা খূৎ অম। সেম্মী। য়াকাই-বোল, ললিত-মঞ্জুরী পত্রিকাদা কায়দনা ই। মিংনাইদবী অদুগা জ্যোতিংগী সম্পাদক ওই। চৎলিবা মৈতৈ-সাহিত্যগী খোঙহৌদা চোংথোকখিবা খূমাবা লাইবিক-ইবশিংগী মনুংদা লুচিংবনি। অচৌ-বা কাব্য অমা কবি অমা ইবগী রাথল তৌদনা করম তৌরে হায়রগা অঙাংশিংগী লাইবিক রাৎলোইদগে হায়বত্তুদ থনখি। ফিদম, রাথল, ছাত্রমচা, কান্নবা রা, রাথলগী ঈচেল, থায়নগী লৈরাং, সাহিত্য অহানবা, অতুগা গ্রামার, কম্পোজিসন, ট্রেন্স-লেশন-নচিংবা লাইবিক মচা মচাদা ইতুনা অঙাংশিংগী অরাৎপা মেন্নবদ হোৎনখি।

কাব্য মশানা পামজবনি। অঙাংশিংগী য়েংবদা লৎনহুনা থম্বদনি। শেহ্লোদবা পূংফমদদি মাগী মখুত্তা তাদনিঙাই করি লৈ! অসীগুম্বা শেহ্লোদবা পূংফমশিং অসিদা লবঙ্গ-লতা, মথুরা-বিরহ, বীরেন্দ্র কুমারী, নব-মালিকা পোকখি। মখোয়সিগী মনুংদা লবঙ্গ-লতাদি মঙাল উবে।

## লঙ্গব--লতা

ইবা— ললিত-মঞ্জুরী পত্রিকানা মপাল ফনা চৎলিঁডৈদা মাগী-দমক্ত ইবনি। শক ১৮৬০ গী অদূরাইদনি।

ফোঙবা— শক ১৮৬২ গী অদূরাইদা অহানবা মঙাল উই।

মথং-- মাধবীগা লৈখল তিন্নবা মাগী মথংদা থাবা লৈপাল-নি।

মওং— কংলৈরোলগী তাংকম অমনা ফিভম ওইবা, রাথন্না চাই-থোক্নীংবা চাইথোক, চাইশিন্নীংবনা চাইশিল, ভাবোকী নুংঙাই-নবা সেম্বা রারীনি! রারী-ওংদা অসীবু বঙ্গ-সাহিত্যনা 'ঐতি-হাসিক উপন্যাস' হায়না কৌনৈ।

উৎলিবা মৈদিঁঙ খাগেম্বগী সনা-হাক্তক্তা ওইখিবা পামু-নুংশি মরম— অনিগী নুংশি-খোঙফম-নি। লালগী ঈচাউদা খোঙথেংনবা, লালগী ঈরৈদা খোঙদিন্নবা, লালগী ঈহৎদা খোঙদাম্নবা, লালগী ঈথিলদা খোঙ্গায়নবা, অরা-পোলোইনবা পামু-নুংশি অনিগী পুন-শি রারীনি।

মীওং— নিপানা লবঙ্গ কৌই; মৈদিঁঙ খাগেম্বগী ফরুং কৈরোয়-লাকপগী মচানি। নুপীনা কুঞ্জলতা সনা-নি; মনাও-ইবুংঙো খ্বাই-রাকপগী কোন্দা নাইতোম-শাৎপী লৈরাংনি।

লৌবা—বঙ্কিম-যুগীয় বঙ্গ-সাহিত্যদগী মওং লৌবনি।

বঙ্কিমগী 'মৃণালিনী' দা পাঠান-না খোঙনেৎনা লপত্রে-হাইরবী

বঙ্গ-ভূমিগী রাবীনা নিংথৌমচা হেমচন্দ্রগা মৃণালিনীগগী মুং-মঙাল শিনবগী মপাউনা ঈবৈননা চেনবা, রমেশকী 'রাজপুত-জীবন-সন্ধ্যা' দা নিংথৌমচা অমরসিংহগা ভীল-লুপীমচাগগী চৎনবিনা পলংইনা ঈথাইনা। চেনবা মুংশি-মপাউ-খোলগা মোগলনা খোঙনেৎববী চিংোডগী মপাউগা ঈতিন্ননা চেন-বা, দ্বিজেন্দ্রগী 'চন্দ্রগুপ্ত'দা মলয় নিংথৌগী মচন-লুপীনা চন্দ্রগুপ্ত নীংজব-ঈচেলগা, মগধগী রাজাগা ঈবোয়ননা চেন-বা · · · · · অসীনচিংবা বঙ্গ-সাহিত্যগী নীংথিজববা ঐতিহাসিক উপন্যাস শিংগা শক খঙনবা কনা-। 'লবঙ্গলতা' দা মথোয়গী মঙাল তারিবা উদনিংঙাই লৈ।

লবঙ্গ-লতা অনীগী নুংশিনবা খোঙফমদা হকথেংননা নুংশি-মুংঙোল পাউদয়বা অমুক্তংদ মপীবা, তাঙনা পীরবা মতাং অদূ-মক্তমশু মবোন্দদি য়ৌনা, রাইহৈদদি খজিক্তংদনা রাবোই-শিন্নহনবা -- নুংশিদ-নুংশিবা থম্মোইগী মুংঙোল মপাউ তম্নিংঙাই রাহে লৈতে, মুংঙোল মাগী পোইবৈ য়েং হুল্লকপা শাহুন্দনা মাগী মচু ফোংডি হায়বা অরাংবা খোজেগী রাখলগী মঙান্নি।

কুঞ্জলতা সনানা অবোইবদা হায়রকপা "· · · · ইপুবোইবনা মণিপুরদা থোকউ হায়বা রাথং পিবিরমদ্রে অহুনা মপোকসিমা লোইহ্রি ফাওবা · · · রামনগব অসিদা ইপুবোইবা ঙাইবা তারে।" রাহৈনা মহাকাব্য-যুগকী লুপী-ওইবগী অরাংবা খোঙফমগী মঙাল ফোঙলি।

লোন্দা লেম্মি। লোন-ওং অসী ভাবোরুগু উই, থোর্জ্জে লোল— মশানগু 'ফিদম' গী ৱাহৌদা ৱাখি— বঙ্গগী কালীপ্রসন্ন বিদ্যাসাগরগী লোনওংদগী লৌবনি। দর্শনগী লোন্দা ওইবনা হিরম অতৈগী ফীজোল ওইরকপদা চুশিন্নবা থর-থরদং ৱাংলপ-ৱাংলপ তৌরকপা হেক হেক উবগুম তৌই।

মিংথোল— মিংথোন্দা ৱারী-পুরিবা অনীমক্কী মমিং তারিবা অনী তাফম্মক থোকই। করিনা! অনীমক্কী খোঙথাং অম্মানি; অসী-মনা থরা হেঞ্জিল্লিদনা হায়নীঁঙাই থোইদোকপা লৈতে।

ৱারী অসী পাবদা অপাবা থম্মোয়-নুংদা ৱাহং অমনা মকোক হেক হেক হাইগৎলকই, ততুনা হংলবই- নংনা পারিবসী লবঙ্গ-লতা অনীগী নুংশি-খোংফম্না নত্রগা ৱারৌ পূক্লো-চাউবা অশোয়বা য়াইস্কুল লাকপগী মপুনশিরা অমদি মনাও শাথিবা থরদং— পোক্মিন্নরুবদগী ঈরাং হৌনা পূক্লিং খোয়শাউনা পাল্লবা খাগেম্বগী হাকতক্লা?

মসি থোর্জ্জনা খূৎফম অমত্তং হেঞ্জিনখিবদগীনি। মচীল-মনাও কায়নরকপগী লংজিল থিসি। অদুদা ৱাহংগী পাউথুম ফংগনি।

'নুপী হাঙবা অমস্থং লৈপাক কায়নবগী মরূ হুনবা'দা য়াইস্কুল লাকপা খ্বাইরাকপদা লাকঈ। করিগী? "লবঙ্গ-লতাগী

বিথিনা শেম্বা লৈপুন অসি কায়দবা য়াত্রা হায়হুনা সনা পুক্লিং খঙগে হায়বগী— অতৈ পুম্নমক্কী মথক্তা মনাও ওইবগী অতাংবা মুংশিবা লৈ লৈতে খঙনবগী মবমগী।

য়াইস্কুল-লাকপা করিগী খ্বাইরাকপগীদা লাকই ? ময়াম্বনা মাবু মুংশি মুংশিদে খঙ্গে লাকই। করিনা? লবঙ্গদা লতাসনা পীবা পীদবনা। লতাসনা পীদ্রে, ময়াম্বনা মাবু মুংশিদে খঙলে, শাউরে, অস্মুম অস্মুম কায়নরক্লে-- লাম্থোক্লরে! অদুনা লালগী রাহৌ লতা পীদবগী নত্তে, লতা পীদহুনা ময়াম্বনা মাবু মুংশিদে খঙবা অদুনি।

য়াইস্কুল লাকপগী ময়ম পীবদা মখাগী শরুক "অতৈ পুম্ন-মক্কী মথক্তা ...... খংনবগী মরমগী।" অসী হেঞ্জিল্লমদ্রবা," অদুগা পল্লিবা মতাং অসীগী রাবোইদা ইরিবা "...... মনাউ ইবুঙোনস্থু মজা ইবেম্মবু লবঙ্গদা পীহন্দবা য়াদে হায়না থোইনা খনবস্থু তৌবমদে।" রাহৈ অসীগা অনী অসী য়াওরমদ্রবা থোক্লবদি মিংথোলগী মতুং ইন্না রাবী জর-জর অহুম চংখিহুনা অপাবা থম্মোইনা রাহং-লম্মোইদোবনি। করিগী ? লাম্না পামু-মুংশি অনীগী খোঙফমদা তাংখ্রগদোবনি; মখোয় অনীগী খোঙফম্না লান্দা তাংলম্লবোইদোবনি। খংবদংদ খম্মবদা হেক্ত মথঙ্গনি।

লাল করিগী থোকই ? য়াইস্কুল-লাকপনা শাউই। করিগী শাউই ? লবঙ্গদা লতাসনা পীয়ু য়াদে। রারীনা পাম্ফম থোক্তা।

অসী ওইরবদা লবঙ্গলতাগী রাবী ঈপন্দনা চেম্বদনিঁঙাই করি লৈ। হৌজিক্তি করি তাবে! লাল কনিগী থোকই? য়াইস্কুল-লাকপা শাউই। করিগী? ময়াম্বনা মাবু নুংশিদে খঁজী। করম্না? লবঙ্গনা লতাসনা থাজসি হাযবা তা-বিদে। লবঙ্গ লতাগী রারীগী ঈচেল ঈথম্মদ্রিববা। রাবৌ-প্যক্লী-চাউবা য়াইস্কুল-লাকপগী পুনশিগী ঈচেল ওন্দ্রিববা অমদি শাথিবা মনাউ পোক্নিন্নবদগী ঈবাং হৌনা পানখিবা থাগেম্বা হাক্তক্তী রাবীদ-রাবী তাদ্রিববা!

তদুগা লতাসনা হাযবগা মযাম্বনা নুংশি নুংশিদে খঙম্বগা রাবেংদা অনীথোক্না উববশু অম•া অমগী মবম ওইখা, থাব্রাং মনীংতম্না চৎপা রাবেং নত্তবনা অনীমক লানগী লংজিন্নি হায়নি-ঙাইশু লৈতে। তদুগী মথক্তা রা বাইগী রা " · মজ্বা ইবেম্মবু লবঙ্গদা পীহন্দবা যাদ থনবস্ু শৌবম'দ" অসীনশু লতা হায়বনা মরম ওইদুনা ময়াম্বগী মবুক্তা য়াইস্কুল লাকপনা খঙে লাকপনি হায়বশু •শেংনা তাক্লি।

অদনা থম্মোইনা রাহংদনাঁঙাই কবি লৈ। মিংথোলগা রারেংগা পানগী ভাবোক্তা চুনবা উববশু নুংগী ভা.বাক্তদি চুনদ খঙদনীঁঙাই কবি লৈ!

'মাইবীরা লাইবেম্বীবা' মত্তাংদা লবঙ্গ-লতা অনীনা নুংশি-পাউবৌনদুনা থম্মোই-নুংগী মপাউ তম্নবকপা, লবঙ্গনা লতা থৌ-রকপা, লতাদনবু মবুক্তা য়ুংনা মাবু মনুংশিরবদি উদবা থুংশিল

অমনা মৌবানীগী সুংশি- খোঙকমদা খুরৌ ফনা চেন্দুনগু মমৈদদি খোঙদিন্নবগনি, সুংশি পম্থুংনগনি উৎলকপা মতাংদা রাহৈ অমত্তং হেক্তিনখিহুনা ভাবোক্কী সুংঙাইবগী ঈচেন্না পন্থিং অমত্তং থেংনৈ।

‘হুপী হাঙ্গৈবা অমসুং লৈবাক কায়বগী মক্ষ হুনব” মতাংগী রাবোইদা খোর্জেনা ইবি— “লাইগী নোংদম্না অনী অহুনা · · · · মচিন মণাউগী কায়ননবা মবম ওইররে। · · · · লতাসনাবু মধুদা পীবা তাখিরম্মি।” খাইরাকপনা মধুগী মিচঙ ওই, য়াই-স্কুল লাকপনা লবঙ্গগী চঙ নিংঙাই শাংদানরকপা সুংঙাইন-রক্লদবা, মমৈদা লতাসনাবু মধুদা পীবা তাররকপা অদুনা লবঙ্গলতা অনীমক্কী অরাবা ওইবক্লে।

‘মাইবীবা লাইরেম্বীরা’ মতাংদা লতাসনানা সুংগী অরাবা “যেৎচফম ওইবিবা লবঙ্গ পাম্বীনা তুথ্রবদা ঐগী চংনফম লৈতে-লৈপাক্তা মবী চত্তুনা তাববদি কুমগী ঈহৌরকপদা তীম্না চীক্তুনা · · · · · মাংলবগনি।” ফুদোবকপদা নাথুপ্না লৈরম্বা লবঙ্গনা “করম্না মাংগনি?” “তাইবংপানবদা লবঙ্গ পাম্বীবু অমত্তরা? · · · · অমা শিখ্রবসু · · · মালী অমনা · · · · · · অমুক থাবিরবদি লতাগীদি কবিসু শোক্তবা য়াঙ্গৈ।?” খুম্লকপদগী লতানা “· · · যেচ্চবিবা অহুদগী হন্দোকপিববদা কবম্বা উবীনা নীংথিনা হিংবা ঙম্বগে · · ·।” হন্নকপা, লবঙ্গনা “মশানা য়ুংঙবা ঙমদ্রবা উরীদি মালীনা শিনবা ইনবা থোকই।” থোম্লকপা, লতানা নিপানা

মুপীগী অৱাবা খঙফম থোক্কে "উৱীগা পুকচেলদি মালীনদি খং-লোই মালীনীদি কনাগুম্বনা খংবস্মু খংদে ।" থারকপা, লবঙ্গনা লতা-গী অৱাবা উবদা লবঙ্গ পাম্বীস্মু লতানা য়েন্ত্রবদা লৈফম খংদে ।" চঙশিল্লকপা, লতানা মপাগা মতোলগা অনীগী লালওইনগদৌ-রিবা মকায়না অছু উছুনা মৌবানীগী নুংশি-খোঙফম কায়নবদা মতাগদৌরিবরা খনবদা ৱাখিবনা "লবঙ্গগা য়েৎচরিবা নুঙ্গাইৱৈ হায়বী লতাগা থাইনবা তাবিমাল্লে ।" সোল্লকপা, লবঙ্গনা মাদ-নবু মরেপ্প-বদি করিমত কায়নরোই উত্তুনা "লতা অদুনা অতৈ অতোপ্পা পাম্বী অমদা য়েৎনীংদে হায়বা উববদি নত্রগা খংলবদি থৌজাল হৈবা কনানা লবঙ্গ পাম্বী অমা অমুক থাররোই হায়বস্মু কনানা খংবা ?" হায়না পুকথেম্নকপা অসীদা 'লবঙ্গ পাম্বী অমা অমুক' হাযব-সিদা 'অমা' অসী য়াওশিনখিবদগী লবঙ্গগী ৱাকমদা ফুম্নিবা লতা-সনানা মঙোন্দা নত্তনদি মধুদদি লৈবা মঙম্মরোই হায়না শিগে মরেপ্পবদি খ্বাইৱাকপনা ইচানা ময়াত্রবনিনা কমদৌনি হায়বা ৱাখল অমা তৌৱকপস্মু ময়াই হায়রিবা অসী কায়দ্রিবরা ! লবঙ্গ পাম্বী অমুক হায়না লৈৱম্নবদি ভবোক্কী নুংঙাইবগী ঈচেন্দা করি পন্নিঁডাই লৈ !

'মাইবীরা লাইরেম্বীরা' মতাংদা লতাসনাবু ঙংহল্লিবা ইছে 'চীংদা শাৎপা ইঙেল লৈ' অসীনা মশক-মতম-নাইবা কংলৈরোল ইছে ওইবনা, খোর্জ্জেগীদি নুংঙাইবগী ঈৱাং অমদা তাউখিহুনা

মইশিনখিবনি, মতম নীংগা মাংগা থঙদোক-থঙজিল শান্নরে। ইছৈ অসীদি পাইখোম্বগী নত্রে চম্বাইবোংবগী হাক্তক্তা পোকপনি; অদুগা শকহল্লরিবনা মখোয়গী মংক্কী নিংথৌ অমগী হাক্তক্তনি। অদুনা লৈবাক্কী কংলৈরোল ইরকপদশু, মৈতৈরোলগী সাহিত্যগী ইতিহাস ইরকপদশু লম্মুক্রকম অমা ওইদনিঁডাই করি লৈ!

অসীগুম্মহনা 'লম্বাল-খিযা হাংাবিগী ইমুং' মতাংদা খুলগী মীয়াম রারী সাবদা য়াওবিবা "শা মমাংদা অচৌবা মকোক তাগনি হায়ম্বহুবু ঙরাংদা নখোয ঐখোযগী মাংদা হেক মখোক-ইদোসে" রাহৈ অসীদি কুইন্টন-না মাগী খোঙলোযশিংগা কংলা -মাংদা কুলচন্দ্র হাক্তক্তা তুবদুবুনি থঙনবনা আ মথক্কী নিংথৌ তবাগা মঙা তাকুক শুবগী লৈবাকপু ডাঙনহল্লুরিবা অসীসু 'ইঙেল লৈ' গীদা কায়বা মকায় অদু খোর্জেনা অমুক হঞ্জিনবনি।

মৈত্রবাক, লৈহৌঙৈদগী চীংগী পল্লোন্নুংদা লৈরবশু— মী-রমগা শম্নবকপগী রা মশাগী অমদি মীবমগী কংলৈরোন্দা ফংডি। মপালগী লমশিংগা শম্নবনা মশাগী মপোক্কী মচু অসুম অসুম ওল্লক্লবশু ওল্লেদনা হায়বা থঙদনা ওল্লকপনি। মাগী মচুনা থঙ-ওন-ওনবসি য়াম্নবদা ঙসিদগীদি চহী চনীযাঙ্খে অদুরাইগাদ মওইগনি। অদুনা থাগেম্বগী হাক্তক্তা অদুফাওবদি য়ুম্বাল-কৈবান্দা, লৈবাক-নিংথৌ-মপান্দা, লাইনীং লাইসোন্দা মৈতৈদা-মৈতৈ মওই-বগুম অদুম মংগৌরি। অদুনা শৈব—শাক্ত ধর্ম্মনা ঈয়ৈববদ

নত্তনা কুইনা ঈরীতুনা লৈররবমক্তদা শিববু চীঁঙ লাই মতীক চাউবা; দূর্গাবু লাইখূরেম্বী, পাম্ফোইবী অসীনচিংবা মিখৈনা নম্না অতুম মখণ্ডনবা মতম্নি। অদূনা খাগেম্বা হাক্তকী লান্মীনা 'জয় দূর্গা মায় কী জয়' সোন্দূনা লাঙ্গংবা, মাগী ফম্নাইবশিংগী মনুংদা, হাজারি, কুৎ, মেঙ্গরনচিংবা হাপ্পা অসী মৈত্রবাক্কী কং-লৈরোল থিরবা তুংগী মীরোলগী লম্মুক্লফম অচৌবা অমা ওইফম থোকই, করিনা! শক শতাব্দীগী ১৯গী মী মীমক্ল করম্বা,-- লৈবাক্কী খূমাবা সাহিত্য-সেবীশিংগী লুচিংবা-অমনা ইবনি।

লৈবাক অমগী মিং য়ূম্লোন্নবা লৈবাক্কা থোনগল্লি। মৈত্র-বাকমক্কা কাছাডবু ময়াং, ত্রিপুরাবু তখেল, অসামবু তেখাউ, ব্রহ্মদেশবু অরা ··· অসীনচিংবা মিংথোল পীরি। অদূগুম্মহনা লৈবাক অতৈনগু ঐখোয় লৈবাকপু মাগী মাগী পূক্লিংনা রাখন্না পাম্নবা মতুং ইন্না কনানা মণিপুর, কনা অমনা মেখলী, অতৈ কনা অমনা কছে (কটে), অমুক অতৈ অমনা কিরাট ······ অসীনচিংবা মিংথোল কয়া পী। অদুবু লৈবাকশিংনা মীনা থোনবা মিং অদূ থোইনা শীজিন্ননবা উদে। অদূনা ঐখোয় লৈবাকসু খাগেম্বগী অদুরাইগ-ফাওবসিদি ঐখোয়গী শাগোন্নজরকপা মিংদ-না অতুম মচৎনৈ। অদূনা খোর্জেনা নুংজেংবু বিন্দুসরোবর হাযরুতুনা ঐখোয়গী নাপন্নিংঙাই. নুংঙাইননিঁঙাই থোইনা লৈতে। নুংজেংমক্কী মিখৈনা থায়নঙৈদগী হৌনা বিন্দুসরোবর ওইবক্ল-বগু খাগেম্বা হাক্তক্তদি নুংজেং অতুম হায়নবা ফংঙি। মাগী

বিন্দুসরোবর হায়বা মিংদা অসী মঙোন্দগী থীধরকপদা মঙাস্নুবা নিংথৌ গরীব-নবাজগী হাক্তক্তা ইথিবা বিজয় পাঁচালী-দা থোনবা নত্রগা থায়নগী মিংফম নীংসংনবা ওইনা উই। অদূনা মাসী-মশু, লৈবাক্কী কংলৈবোল-নশু সাহিত্যদগী ইতিহাসনশু লম্মুক্কফম ওইনা তৌই।

শকফম অমগী শকওং, লম অমগী লমদা, মতম অমগী মওং ···· অসীনচিংবা থাবদা খোর্জেগী অঙকপা মগুন্নি। অদুম্নদি ওইববদা শেহ্লোনবা পূংফমদা অমমমদং হোবকপদা ফজবগী শকক ফনা য়াম্না তাহৎলি-- কুঞ্জলতাগী শক্তম নীংথিবা থারকপদা খোর্জেনা ইরি— "  যুবতী ওইবগী কলা ···· মশিং অমতা রাত্তনা ···· কাযাৎ থৃদিংদা নোংথাংগী ঈচেনগুম চেল্লম্মি। ··· কুচু ··· সনাগা পান্দমনিংই, ····· সনা-মক মাল্লবদি ফজদবস্থু য়াই। ··· কুচু য়াম্নদি ঙৌরগা ঈ থাংদবদি নত্তে, ··· য়াম্না ঙৌবা হায়বা অসিনা ··· (কৗহন-খিহুনা) থীহনবস্থু ঙমদে। মায়থোং ·· কোইরপ তাই ·· ·· থাগা পান্দমনিংলবস্থু য়াগনি। মরোল থোক্লবা মিৎসনা থম্বাল অনী অহুনা ··· পূম্নমক্কী থম্মোইবু ··· কৌবি। হৈরবা মীনা তুরি পায়রহুনা য়েকপগুম্না ··· কোইবপ তৌবা পীগুম অনী অহুনা লাং ওইহুনা নুংশি থংবা ··· লতাগী পুক্কিংবু য়েং-শিনহল্লোই হায়বস্থু কবম হায়গনি? কৌদনা কৌবা মাল্লবা লৌনম চাউববা চিম্বাল অনী অহুনা ···· পূম্নমক্কী মিৎয়েংবু

মঙোন্তদা চিংশিনগে লাক্লরি। য়ুম-লোন্নবী চাইরুংনা শাউরং-নবগুম তৌরি। ...... 'শাউরংনবগুম' হায়বা ৱাহৈ অসীনা ফজনা য়েক্লকপা লত্তাগী শকফম তনকায় কায়। নিংকী মওং পীগুমগী মত্তা, চীনবান চীনওং পীবিবা মওং অসীনা ভাবোক্কী মিত্তা লত্তাসনানা নীংথিববা মোমোন্নবা মায়থোংনা হেক ফাও-রকপদা চাইরুংগী অশোয়বনা ফজবা মাগী শক্তম খ্যাউ মাঁতি; নীংথিবা পূম্নমক্কী মনি তাফম থোকপা চাইকুং কবম শাউরংনগনি! চাইকুং থীবা শক্তম অমা উদফম থোকপ্রা! অসীগুম্বা অশোয়বা মতাং মত্তাংদা হেক চেক থেংনৈ।

অসীগুম্বা ৱাথীদা নুংঙাইবা উৎকে হায়রগা প্রকৃতিগী নুংঙাইবা শকফম, অৱাবা উৎকে হায়বগা অৱাবা শকফম ·· অসীন-চিংবা খোঙ্জেশিংনা য়েক্লৈ। খোঙ্জেলনা 'নুংশিবগী জয়' মতাংদা লৈবারা কাং-খোং চাইগদৌবগা হৌবল্লবা, লবঙ্গ মশাস্থু চেন্নবা মাগী মথরায়না ভাবা লত্তাস্থ চেন্নবা মশাগী তৌফমস্থু লেপ্পা ৱাশিল্লরবা, মাগী নুংশি-খোঙফম্না কবিদা তারগদৌরি অঙ্গুশু খঙবা উম্মডুরবা পূক্লিংগী অৱাবা, অবাঙবগী লমথৈ লৈরক্তুরবা মতমদা, মতুংগা চান্নবা প্রকৃতিগী শক্তম অমা পীরকপদা ইরি--'প্রেম ফরবা হুইনা কপ্লক্লি'। হুই মশানা শাহিং-ঙাহিং চাবা মপোক্তা পোকপনি, মঙোন্দা প্রেম ফরবা লৈথেৎ অমা হাপ-চিনবদা কনেম্নবা থোক্তনিঁঙাই করি লৈ! অদূনা লবঙ্গগী

থম্মোই মুংশিবনা জয় ৎেগদৌরিবসিদা তা-য়োন্নবা পান্দনিংঙাই কবি লৈ! ভাবোক কনানা থনবসু য়াই— হূইগী মরম পূম্নমক যত্তবা য়াই; অদুবু মঙোন্দা মপূ-নীংবগী অশেংবা শক্তম লৈবনা প্রেম যত্তে হায়বা থক য়াবোই; প্রেমগা ভক্তিগা লৈফমদা খেন্নবনি • • • • অসীনচিংবা। অদুবু মতাং অসীদদি অরাবা থম্মোইগী শক্তম প্রকৃতিগী মপানগী শক্তম্না উৎকে থোরাংবা ওইবনা মাসী খল্লুনিঙাই থোইনা উদে।

'শগোল তোংবা পাথং অতুবু কনানো' মতাংদা লতাসনাগী লীক থাবকপদা 'যন্ত্রপরেং' হাপ্পা, নিংথৌবুদি অয়াম্বা মতাংদা য়াম্নগী ওইবা মিঙ্গৌ 'লাইনিংথৌ' না কৌহল্লগা নিংথৌনদি ৎোপুবগাদা 'দ্বাবি' গা হায়না ঙাঙহনবা, খুরু-খুদক কুন্দুনা ষণ শানা খুং ভোড় ৎৌহনা-নাচিংবা তিন্নবা য়াদবা রাহৈ কয়া শীজিন্নবা, হেৎলুবদা পঙ্কান-কান-নদবা 'জননী জন্মভুমিশ্চ • • • 'কীর্তি যস্য ••' নচিংবা হাপচিনবা, তোয়না শাজিন্নখিহনা ঙাং-থোকপদা চূনববা রাহৈ নত্তবা 'প্রতিহিংসা' নচিংবা রাহৈ শীজিন্নবা

অসীনচিংবা রারীগী মচু লাংনিংঙাই কয়া কয়া খোর্জেগী শেহ্লোদবা পূংফমদা হাইজিনখিহনা রারীগী মচু থরা থরা হেক হেক মবক মবক্তা লাংডি।

পরেং অসী মতাং অসীরাইদা অসুম মরোইশিল্লসি। মপূং

শান্নরিবা মীওং খরগী য়েক্লিবা শক্তম কদায় ফাওবা পানবা, কদায় ব্রাইদা শোয়বা য়েংলসি।

লঙ্গব—

খোর্জেঙ্গী খূংয়েক ফজৈ; চুম্নদ নম্তে, থেংনা ফজৈ। লাইয়েকপা মখুৎ হৈখ্রবশিংনা শক্তম অমত্তদা শক্লোল থোক্পা য়েকপগুম মঙোন্দশু মানা শক্লোল অনী তানা য়েক্লি। নাক্তগী য়েংলগা কুণ্ডলতা সনাগী ম্নুংশি-ঈথৌ-লাংলবা, নুংঙোল-কঁঙাও-নরবা পাখং অমা উই; অদূগা য়েক্তগীনা লৈবাক-নিংথৌ-নীংলবা মশাগা লৈবাক্কা অনী মুন্না খঙলবা, মীগী তৌবিমল খঙলবা, মশাগী নুংঙাইবা য়েংদবা অথৌবা অমা ওইনা লেপ্পি।

অহানবা 'লৈরাং অহ্ কনানো' দা মাগী শক্লোল-পুবা শক্তম অসিগী মমি অমা খোর্জেনা উংলি। অদূ উবদা ভাবোক পনবা য়াদে— লামায় অমদগী অমা, লাতম অমদগী লাতম অমা চেন-থৈ।

মাগা শগোল-থক্তা থেংনৈ। শগোল খূরুপ থায়; শাজৈ নমথা নমথা থাই; নুংশিংকী মমাঙদা থৌই। লৈবাক্কী অরুবা থবক অমা মকোক থোংনা পুরি, নুমিৎ ভাদ্রিদৈদা য়ৌদবা য়াদবা মফম অমা য়ৌগদৌবনি, অদূগা নুমিত্তি ফনা য়াম্না লৈথ-খ্রবা মতম্নি খোর্জেনা তম্মি। থৌরিবা খূথৌ, থবক্কী মওং, মতমগী মতা অদূ উবদা শগোন্না মরক্তা লেপ-লাক্লগনিকা হায়বা খন্নীঁঙাই লৈতবনা ভবোকস্থ অছুম পঙইন্দা মইল্লি।

খ্বাইবাকপ-কোন মপা যৌবে। খ্বাইরাকপ-কোনগী তোর্ব্বান-গা তাইনবা লৈকোন্দা বসন্ত-লৈবাং অতৈগা কুঞ্জলতা শাৎমিন্ন-বম্লে। শগোল লৎকক তৌরে। করিগী তৌদনীঁডাই লৈ! ফজবা উবদা মিতাদনিঁডাই কবি লৈ! মিতাবা পোৎশক উবদা লমদন্নীঁডোইদৌবা কনা য়াওই!

মতাং অসীদা খোর্জ্জেনা মাগী অঙকপা মগুণ ফোঙবা হৌরে। লবঙ্গগী শক্তম হৌজিক অনী থোক্লে—লতাসনা উবদা পাখং-লবঙ্গ লমদন্নীঁডে, অদুগা অথৌবা-লবঙ্গ লৈবাক্কীদ খনবনা মিকুপ অমতাওবা পন্নীংদে। থবক্লা চৎসি থৌই,মাঙদা লাক্তুনা চৌংন্তি, অপাম্বনা ডাইখোঁ থাম্মি, তুংদা য়ান্দুনা থাম্মি। মা-লেম্নদি ঈচিংলক, থাজনদি ঈখাম্নক ঈপাক্লা লীচিং অনীগী মরক্তা ঈথক-ঈথক্না খাঙলম্বদগী ঙম্লক্তনা খোঙনুংদা ঈওন-ঈওন্ননা চাংজোদা ঈয়ৈ-ঈয়ৈননা খাঙবগুম লবঙ্গ নুংগী নুংঙোল ঈয়ৈ চাবক্লে। মদুগী শাফুনা মানা তোংলিখা শগোলদা পাল্লে। 'লম্নী থো লমহুম হন, তবা থো মাপন হন" খাঙলক্লে। মমৈদা থৌনা ঙম্লে, শগোল চূপ্লী থাখবে।

অথৌবা-লবঙ্গ লৈবাক্কী থবক লুদা থোং শাজৈ নমথা নমথা থা শগোল নুংশিৎকী মমাঙদা থৌবি; অদুগা পাখং লবঙ্গ শগোল শযাং-থক্তা লতাসনাগী রাখন্দা লুপ্তুনা তন্তনা হংলি--"লেরাং অহুবু কনানো?"

ভাবোক নাক্ক-য়েংকা হাই পাখং লবঙ্গ অমুক য়েং, অথৌব লবঙ্গ অমুক য়েং মাঙ্গোয় খুতুং লীহনা পন্থুংফম য়েংবা হৌরক্লে।

'মণিপুর রাজ দরবার' থেংনরে; লবঙ্গসু মাগী পন্থুংফম য়ৌরে; নিংথৌদা হঙ্গৎলক্লে — "... খাগিনা লান্দাবক্লে; চীঙ্খ চীঙ্খাংদা লানবন শাহনা লৈরে, .... মী পুম্নক ... শিংহনা থমখে। .... কোন্নুং ভান্না পাউ ... পুবিবা মী থিকম খংদ্রে। ... কনাগী থৌইনশিন য়াওদনা ... পন্সেম পন্থৌ ... তাক্লমদনা লৈবাক্কীদমক ... খরাই থারবসু থাখ্রগে .... চেঙ্গরক্লিবা অসিনি।"

লবঙ্গ অথৌবনি হায়বা মচু ভশেং ভশেংলে; ভাবোক্কী নুংঙাইবা তনহেল হেল্লে। করিনা! হান্নদি ভাবোকী চিংনিঁঙাই অমত্তং লৈরম্মি-- "লবঙ্গগী অথৌবা শকফম অসাবু মশানা থৌদ-থৌবা শকফম-লা নত্রগা কোক-খোনবিবা মখোনা অচম্বা কনাগী চৈথা কোন্নবা শিম্থা ওইহন থৌনিংঙাই লৈতবনা অথৌবা সাহনা শক্কী, অপাম্বগী পল্লোল লান্দুনা য়াঙ্গাই চূপ্পী থাখিবরা!" চিংননিঁঙাইনা মুৎখ্রবদা নুংঙাইবগী শবক্না করি হেন্দনিংঙাই লৈ!

শক্তম অমতনা রারীগী মকোক্তগী মতোনফাওবদা শাক্লাল অনী থৈনা থৈনা শাম্নরকপা উবদা ভাবোক কনাগী পূক্নিং মুন্দনিংঙাই লৈ!

লবঙ্গ, লৈবাক্কী খবক মকোক্তা থোং, য়াঙ্গোই খূরুপ থা, মুনিং তাদ্রিবৈদা কোনুং যৌদবা য়াদে চেল-লকবৈ, নুমিৎমক্তা লৈবক্কি ফাও লতাসনা উবদা লমদনখিসিরা খনখিবা, লমদন্দ্রব-মকস্তু য়াঙ্গোই-শয়াং-থক্তা "লৈরাং অত্তুবু কনানো।" খন-না খন-না চৎখিবা, লৈবক্কী অবাবা উবদা মশাগী খৌবাংবা নম-ছু-। মী কনাগী থোঁদা য়াওদনা লাল চঙলে—"লাল অসিদ' লবঙ্গস্তু কনা অমগী খোঁদা যাওদনা চৎখিবস্মি ·····।" 'থাগিগী লানফম'দা খোইজ্জেনা ইবি। লৈবাক্কী দমক্ত থাগী মাযোক্নরি—"লবঙ্গ ····· থাগিগী লামীশিংবু থিংবা লাক্নবস্মী।" শক্লি 'নিংথৌ থাগে ী'দা খোইজ্জেনা।

অদৃগা অমুক লান্দা যৌবা, নিংথৌগী মনাও অথৌবা অশিংবা খাইজ্জাকপা নক্তা মানা লানগী পোমিৎ উনা শোরবা অমদি মানা অঙকপা হেংবাং পীবা উবদা "ঐনা······ ক্ষত্রিয়মচা ওইবগী সনাতন ধর্ম্ম যংবা হেক ঙম্বমক্তদা ··· জন্মভূমি অসীবু শিন্নযম লৈরোইগত্রা হাযদুনা ব্রাবনু ··· নহাক্নস্বা মবৈপাক নুং-শিবা থাজবা যাবা ইনাও অমস্তু ফংজববা অসিদদি কোক্লে।" হাযনা থাগৎলবা লবঙ্গ নুংশি-কঁঙাওনবা পাখং ওইদুনা লতা-সনাগী মতুংদা বাকনী কাবী, ঔগ্রী চোংঙি, যেংসি 'নুপী হাঙ্গবা অমসুং লৈপাক কাঙ্গবগী মক্ক হুনবা' মতাংদা "চিঙ্গোই বাকনী লাক্লে, অনীমক মাংগা ভুংগা চৎমিন্নে, হবিবোল য়াওশং মৈথাবে, অনীমক থূৎশন্নুনা চোংমিন্নে।" অমুবস্তু য়েংসি-- 'মাইবীবা

লাইরেম্বীবা' মতাংদা করিস্নু খণ্ডব্রবা নাচুংব্রবা নুংশি-রাখন্দা তৌরবা পাখং ওইনা লতাসনাগী মনাক্তা ফম্লি-- "লবঙ্গ পাম্বীস্নু লতানা য়েত্রবদা লৈফম থংদে।"

পাখং-ওইবা লবঙ্গগী শকফম নীংথিনা উরে। অমুক অথোবা লবঙ্গগী শকফম খবদংদগা য়েংঙুথিসি, 'নুংশিবগী জয়' দা চৎসি। লবঙ্গ নুংশি কঁওাওনবা নুজা ফীজি যান্দুনা বাকগী কাবা খুজেং পালোইনদুনা ঐগ্রী চোংবদু নত্রে; মশাগী রাখল থাদোকপা ঙম্বা, মীগী তৌবিমল কাউদবা নীপা অমা ওইনা, নুংশিবগী পোমিৎ উবা মী অমা ওইনা রাখল তৌবি— "····ঐবু ইপাশক্লা য়োল্লবা···যাইস্কুল-লাকপদি? ···ঐগী মবমগী নুংঙাইবা পূম্নমক মাংগদৌবি। নিংথৌগী মিচংদা যাওবদি···? ··ঐগী·· লেবিবা কিভম···কায়দবা যাই, ···মাদু মী-ওইবগী লীচৎ নত্তে। থোৎবান্দা তাববা···চিঙ্খংপিবগা ··· চিঙ্খৎপিবিবা ··রাইবা ? কন্নদে। ···বুঞ্জলতাসনা·· ঐগী থম্মোইগী কুণ্ডগী তশেংবা লতানি; ···নুংশিবগী তত্তনা শাংদোল্লবা য়োহ্লিং অমনা চিংশিনগদৌবি, ···। ঐনা মাদু থদংপা ঙমগদ্রা? ওইথোক্তবনি।"

মাগী খোঙ্গুল ভানা থৌববা শকফম অরোইবা 'মণিপুরদা লানগী শেমশাবা' মতংদা পীরিবা নীংথিজৈ।

মাগী থম্মোই-কুঞ্জগী শেংলবা লতা নিংথৌগী মচানুপী লতা-সনা মতোল য়াইস্কুল-লাকপনা মঙোন্দা পীনরে ; পীনবদ ঙাইরি; য়াইস্কুল-লাকপদি লানগী খোঙশানগদৌরে। মচাগা মমাক্কা অনীগী য়াববা খূবৌ-চেল্লবা খোঙফম নীংসংলু অদুগা নৌনা খোঙদিন্নজবদ ঙাইবা উ "লবঙ্গ .... অসিদা ঙুপী অঙাং ... শংতুনা লৈহৌ ... .।" হায়বকপদা অথৌবা লবঙ্গ খুন্নি— .... ঐবু লোইবিবা ঈশ্বর অসিনা য়াদবনা মাতু ঙমজদ্রে ; ... ধর্ম্মগী লম্বী থন্দ্রবদি ... নিংথৌনা চানবা, অচৌবা খূভম ... থাদোক্কুনা লাকপা ঙমফম থোকপগে, ... ননাইনা মাং-জৌননা . . . মহারাজদা পত্র কৎলুগনি।" য়াদ্রে চৎলে ; 'তৌ-বুলগী লানফম' দা মাযোন্দনা তুরে।

অসুম্না শক্তম অমত্তনা শক্লোল অনী থৈনা থৈনা শান্নবা, অমদি শক্লোন অনীমক্না ভাবোক্কী পূক্লিং হুবা ঙম্বা খোর্জ্জেগী মগুণ উবদা ভাবোক কনা মুন্দনিঁঙাই লৈ!

অমদনা নীংথিরবা লৈকোল অদুগা অমদনা তমথীবথা লান-ফম, অমদনা নুংশি-মোমোন-মীনোক অদুগা অমদনা শুক্না থারবা চিংয়াং, অমদনা নুংশি-হীক্লবা খোঞ্জেল অদুগা অমদনা অখাক-অরাউনরবা খোনফম, অমদনা মেঙলবা থম্মোই অদুগা অমরোম-দনা নূং-থোল্লথা থম্মোই- শক্তম অমতদা পান্দুনা শান্নবা,

শক্লোল অনীমক শীংহুম মফৈ অমফাওবা হোদনা য়েকপা অঙকপা খোর্জৈনি।

খোর্জৈগী খূৎফম লবঙ্গদা পানবগুম কুঞ্জলতাদশু অহুম মপাল্লি।

কুঞ্জলতা—

মথরায়না তাবা মফমদা পূক্লিং-হকতাং কৎনা লেপ্পী নুপীনি; নুংশিবগী দমক্ত অৱাফম পুবদা করি নাচুংদবী নুপীনি। থোৎ-লবা নৌরবা, মেঙলবা নুজা ওইবা থম্মোই নামিবা ফুঙক পয়ানা অৱাক তম্না শীংলাকপগুম নুংগী অৱাবা পূন্নমক মু দা লাকশিন্দুনা থম্বী নুপীনি।

অহানবা 'লৈবাং অদু কনানো' দা মাগা থেংনৈ। মপাউদি অমত তাদে, অদূবু লবঙ্গবু উবদা নুংশিজে, মাগী শগোল লম-খামজে হায়বা খোর্জৈনা শামিন্না অহুম মতাকই। লবঙ্গগী শগোল লতাসনানা লমথাম্নমদ্রবদি ঙহাক খংলেপ্পরম্নবশু অহুম মচেনখিগদোবনি। থাজনা ঈথামদ্রবদা ঈপান্না কনি থোইনা শাথিনা ঈওনফম থোক্কে; ঙহাক ঈথক-ঈহাইনবগা অহুম মৱোইজগদোবনি। লবঙ্গগী শগোন্না "লম্মী থৌ লমহুম হন' চেন-বদনা লম্নীদা, হনবদনা লম অমা থোই হল্লিবা লতাসনানা লমথাম্ননি খঙদনীঁভাই করি লৈ! লতা লবঙ্গবু উবদদা নুংশিখি হায়বদা পঙচিং-চিংননিংঙাই থোইনা লৈতে।

'শগোল তোংবা অহুবু কনানো' মতাংদা খোর্জেনা লতা-সনাগী মপাউ তম্লি ; মহাক্না লবঙ্গবু উবদা নুংশিজখিবা, মানা নুংশি-ঈখৌ লাংজবা, মাগী লম্বী য়েংহনা লৈজবা ফোঙলি— "ঙসিস্থু ঙবাংগী মতম অহুনি ; ...... লতাসনাস্থু . . . লৈকোন্দা থোর.ক্ল। পূম্নমক ঙবাংগী মতৌগুম্মি। . . . য়াঙ্গংলবী ইম্ফাল তৃবেলস্থু ঙবাংগুন্না খোইখোইনা চেল্লি ; লতাগী লাংতক্রবা মিৎস্না থম্বাল অনী অতুস্থু অদোমদা চিংনা চিংনা য়েংলি ; . . . ঙরাংগী মতৌগুম শগোল লাকপরা হায়হুনা য়েংলি।" " . . . কবোক-লৈদা, অমত্তা চিখদনা খূজং ফাওবদা হংই— শগোল তোংবা অহুবু কনানো।"

হৈরবা খোর্জেনা ৱাহৈনদি ৱামাঙবা য়াই শগোল খোঙফম্না খোয়দানজবা অনিগী মপাউ তম্বনি হায়বদা করি লাম্নিঁঙাই লৈরি! লতা মথৱায়না তাজবা লবঙ্গগী দমক থৱায় হকচাং পূক্লিং য়ূংনা লেপ্পী নুপীনি খঙদনিংঙাই করি লৈ!

'ৱাহৈনদি ৱামাঙবা য়াই' ভাবোক কনাগুম্বদা ঙক্লপ থোক্লিং-ঙাই লৈ। করিনা! খোর্জে অয়াম্বনা ৱাহৈ মখল মখল লেংহনা পামু-নুংশিশিংগী মপাউ তম্বদনা মথৌদাং ওইনৱিবনি। অহুদি করিগী খোর্জেসিমদি ৱানম-মি! মশানা মুংশি-কাঙলোন কয়া হৈজ-শিংজদহুনা মবুক্লিং থুংনা ফোঁঙমদা য়ৈশিনগে ময়ৈ-শিল্লব্রা। নত্তে।

নুংশিবা মখল অনীনি; অমনা ‘হৌমিন্নরকপনি’ অদুগা অমনা নৌনা হৌদোক্মিন্নবনি। পুনশি-খোঙফমদা লমখাং লমতৎ খূদিংদা চেংলৌ কয়া শবথেংনৈ; থোইনা থম্মোইদা পাল্লুদে। তাঞ্জা তানফম অমদা শক্তম কনাগুম্বা অমা অনী থেংনৈ। নুংশিনিংঙাই ওইবা মশক মতৌ য়াওদ্রবমু থম্মোইনা খঙহৌদনা নুংশিরুদবা ঙমদে। কন্নিগী! লাংঙোল খোঙদিন্নখিবনা পান্দা শকখঙনদ্রবশু নুংদদি থরায়গা থরায়গা শকখঙনৈ; নোংমা মাগা ঐগা পুনশি অমগী খোঙফম অমদা খোঙদিন্নবম্বা নীংসংনৈ; অদূনা নুংথুপ্তুনা লৈরম্বা নুংশি নুংঙোল্লকই; নুংশি, নুংশিনৈ। অসীগুম্বা হৌমিন্নরকপা মনুংশি রাগী মতেং চঙদে। নৌনা হৌদোক্মিন্নবা মনুংশিগীদি পাউপুনিংঙাই রাবোল চঁডি।

খোর্জেনা লবঙ্গ-লতা অনীগী মনুংশি অহানবা মনুংশিদা থম্বনা রানমখিবদনি। অদূগা অমনা, নুংশিবনা অযৌবা রাহৈনা ফোঙবা তারবদি মচু মবই। নুংশিবা খঙদে, অরাবা খঙদে, নুংঙাইবা খঙদে, অয়োবদি মবোল লৈতে। নুংশিবনা লমযৌববা লৈমায় খোঙবী লৈহোৎনা নুংশি মবেপ তম্বনি, লুকুক অহৌক খোঞ্জেন্না নুংশি-থাক্লোন তাকপনি, লৈয়েং মাদি মঙফানবনি। কবিনা! পাউদম্নিংঙাই লোনফংদে।

অদূনা নুংশি-চৈহৱুমনখিবনা খোর্জেনা লবঙ্গ-লতা অনিগী নুংশি-খোঙফমদা মবোল অসুক লীকখিবনি।

লতাসনাগী মশক মতাং য়েনা থিরুদ্রবগু অরোইবা 'কুঞ্জ-লতাসনাগী খোঙ্গুল লীবা অমস্তুং ময়াং ঙম্বা' মতাংদা--মাগী রাঙাং অমতং তাবগা মাগী মশক মতৌ তরু তরু তরং তরং হেক্ত ভাবোক্লা খঁডি।

মতোলগা মপাগা মনাই হাক্তন্নবগীবু ওইরবস্তু অমগীবু ওইরবস্তু কায়নরে; মতুং ইনবা লৈবাক ঈরাং হোরে। মতোল য়াইস্কুল--লাকপা ময়াংদা চেল্লে। তৌবিমল খঙবা লবঙ্গ মশাগী নুংঙাইবা, য়াইফবা পূন্নমক থাদোক্তুনা মাগী মপুনশি য়াইস্কুল-লাকপদা কখোক্লে, মাগী অরাবা শরুক য়াখরে। লতা মমাং তান্না মপাগী কোন্নুংগী নুংঙাইবা, মমা-মপাগী নুংশিবা-থাক্লুনা লবঙ্গগী দমক ইল্লে। নোংদমথীবী ওইবনা মপুরোইবা তৌবুলগী লানফমদা তুরে। মপানা মাবু খোঙ্গুল লীরক্লে। মাবু নুংশিজরবা মানগু নুংশিজববা মপাবুং য়েংছুনা লতাসনা রাইজংলকই—"পাবুং·····! পাবুংতোনবুদি নিন্দা তৌবিগনু; ··· ঐবু চান-বিবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। ঐগী নুপী ওইবগী পুক্লিং লেপ্পা অমস্তুং সতাগী রাশক ঙাকপীনবগীদমক······ মীনা তাথীবগী ··· লৃম্নবা ভার ··· পুখ্রবনি। পাবুং ··· না ···· পাবুংতোনবু নুংশিবিয়ু। ···নুপী ওইবগী পুক্লিং অকনবা অমনা থৌইনশিন ওইদুনা তৌকবা ··· সনা চবণনা ক্ষমা তৌবিয়ু। ··· পাবুং-তোনগী থোগল ইনখিবা লুচিংবা পুন্নমক তৌবুলগী লান্দা তুরে

···তাজরে; ···ননাই ঐহাক লুখ্রা হায়বা অত্থ ওইরে। ···ননাই ঐহাক্তি মুপীগী জাত্তা পোক্লবনিনা···মমা মপা-মকপুম্ম মপুরোইবনা হেনফম থোক্লে; ···ননাই ঐবুদি ইপু-রোইবনা মণিপুর থোকউ হায়বা য়াথং পিবিরমদ্রে অহুনা মপোক অসিমা···ননাই ঐহাক রামনগর অসিদা ইপুরোইবা ওায়বা তারে।"

থরাই হকচাং পূক্লিং কৎনা মপুরোইবা নীংলবী লতাসনাগী শকফম উবদা ভাবোক কনাগী নুংঙাইবা ঈথক হৌরোই! অছৈ-খূমাবা বাল্মীকিগী শিদ-ঈরা শিন্থরবা খোর্জেগী জনক-কোন্দা পোক্লবী, রঘু-কোন্দা শাচ্চবী, মপুরোইবগী অরা শরুক য়ারবী, মপুরোইবগী মিংচৎকী দমক বন্দা উকু থাংজেৎনা উরু মোনথাংনা লেল্লবী, মপুরোইবগী দমক্ত হকচাং লৈরোল চল্লবী জানকীগী মপাউগুম লতাসনাগী মপাউখোল ভাবোক্কী থম্মোইদা পাল্লি।

অরাব-মৈচাক থাগোন্না চীংগী পল্লোন রাংমদা রামনগরগী থাংপোক মচা অমগী মনুংদা মপুরোইবগী দমক পুনশি পন্থুং য়ৌবা ওাইরবী কুঞ্জলতাগী শকফম ভাবোক্কী থম্মোই শুমদনাঁ-ওাই করি লৈ! অওকপা খোর্জেগী খূৎয়েকনি।

## শানোংবা-য়াইস্কুল-লাকপা

নিংথৌ-পানবা, পাম্বোমগী পাঙ্গন্না লৈবাক পুনবা মতমগী মৈ-থোক্লবা নিংথৌমচা-দ-নিংথৌমচানি। নুংশানা অফুনহুনা

মৈহৌরবা নুঙ্গায়-কুয়োম্নরবা চীংমায়না ফুল্লি-উরাংনরবা, নাশং-নাপূংনরবা উপাল' লম্ভক কায়দোং পীবগুম মাগী থদ্রক-থদ্রক লাউরব, ক্রক-ক্রক লাউনা কল্লবা থম্মোইনা মুংশিরুবা, চাল্লুবা কয়াগী তূংনফম ওইরবা নিংথৌমচা-দ-নিংথৌমচাগী শক্তম্নি। ফরগা ঈশিং, ফত্রগা নুং অত্তেকপা, শাউরগা মৈগুম্বা, থৌনা-দমা হিংবা, থৌনামা লোইবগা মপুনশি লোইবা, হায়দোকথিবা রাফমগী অমদি মায়থী-ফিরুক হাংমবগী দমক্ত থরায় পোম্থানবা নিংথৌমচা-দ-নিংথৌমচাগী শকফম্নি।

'নুপী হাঙ্গবা অমসুং লৈবাক কাঙ্গবগী মরূ হুনবা' মতাংদা থোর্জিনা ইরি- "ইডা থাগী অমাবস্যা মুমিৎনি। মম্বনা শুক তরেৎ সুনা মমথে। নোংনা মীকপ মীরাউবগুম্না ··· শিম্থরি। অসুম্না খুদোং থীরবা মতম অসিদা কনানো ··· চৎলিবসে? ··· য়াইস্কুল-লাকপনি। থৌগল-থাওমৈ পুবা ··· অমতং নত্তনা অতৈ কনা য়াওদে। ···পূক্লিংদা লাংতক্করিবা অমা ময়াম্গুং খ্বাইরাকপদা হঙ্গংকে হায়হুনা—লবঙ্গ-লতাগী বিধিনা শেম্বা লৈপুন ···কায়দবা য়াবরা হায়হুনা ··· পুক্লিং থংগে হায়বগী · ·।"

নিংথৌগী মনাও, মতীক্লা মগুন্না নিংথৌমকুম পাল্লবা নিপা মহাক্লা অহিংদা, সূক সুনা মম্লবদা নোংনা মীকপ-মীরাউ তারবদা মানা মুংশিরুরবা লবঙ্গগী দমক্ত মথরাম্ন মুংঙাইতবনা অনীশুবা মনাই য়াওদনা ময়াম্গুং খ্বাইরাকপগীদা চৎলি। কয়াদা মচা-মনাই চাঞ্জখ্রবা!

মথক্কী পরেং অসিদা খোর্জেনা শমথরি— "অতৈ পূন্নমক্কী মথক্তা মনাও ওইবগী অতাঙবা মুংশিবা লৈ লৈতে থংনবগী মরমগী।" মহাক মশানা ময়াম্ববু মুংশিনা নীংজনা চচ্চবনা ময়াম্বনস্তু মহাকপু মুংশিবিরমগনি, নীংবিরমগনি হায়না মানা নীংদবা ঙমদে। মানা হায়জবা ব্রাকম ময়াম্বনা মাবু মুংশিবিবদগী য়াবিফম থোবই হায়না কন্না থাজজে। ময়াম্ববু কয়াদা মানা মুংশিজরিবা।

মহাক্কী অমেঙবা শরুক থরগীমথৈ উরে, অকনবা শরুকস্তু অমুক য়েংসি।

মহাক্না "হন্দক খাগিগী লানফম অসিদা ······ লবঙ্গনা তৌখিবা··· অসিদি য়াম্বুং মহারাজনা পীবিথ্রবা মনা পূন্নমক অদূনস্তু মতিক চায়... নীংদে" দা হায়জবদা ময়াম্বনা মাগী মরা লৌনীংদে হায়বা মতাঙ্গুম "······মধূমক য়াওরমদ্রবস্তু মৈতৈকোন্নুং হায়বা ব্রা অসি···· লৈবম্লরাইদৌবনি।" খূম্বীরে; অতুদগী অমুক মহাক্না "···লবঙ্গনা··· লৈপাক্কী··· য়াম্বুং মহারাজগী তৌখিব্রা··· থল্লুরবদি ······ ঐগী ইচা ইবেম্মা কুঞ্জলতাসনা অসি মঙোন্দা পীহুনা লুহোংলবতদা পেনগনি।" হায়জবদা ময়াম্বনা ইচা থাজববু নংগী নথৌ লৈবরা মতাঙ্গুম "মধুনা··· তৌখিব্রা··· থল্লুবদা ঐগী ইচ' সনাহল অসি মঙোন্দহুম পীসিরা··· থল্লম্মী।" হায়হুনা খুম্বীরে। "···লতাসনাবু মধুদা পীবা তাথিরম্মি" শমথৈ খোর্জেনা।

ময়াম্বনা মহাকপু থোইনা মুংশিবিবা মতৌ উদবা, মাবু

থোওইদবা, মায়থীবা পীবগুম তৌখিবসিদগী মুংঙাইথিদবনা অমদি মতুগী মলোম্না নুং অতেকপদ-অতেকপা ওনখরে।

ময়াম্বগী হিরু-হঞ্জবনা মাগী হি থুগাইরকপদগী হিছুৎসু লৌ-রোই, হিমনসু লৌরোই, ফোৎপসু য়ারোই লেপখরে। 'শানোংবা হিঙ্গায় অমসুং হিগায়র।' দা খোর্জেনা ইরি—"হি অতু নত্রবদি .... হিরুহঞ্জবনা মাতুগী মতিক থোকপা যংজসনু।"

কয়াদা কনখ্রবা মাগী থম্মোই!

'মণিপুর রাজদরবার' দা ময়াম্বুং নিংথৌনা থেম্বা হৌনবমখৈ থেম্বদা কান্নদে; নূংদা ঈশিং চাইবগা অন্নানি। থেম্বমখৈ থেম্লবদা য়াদ্রতুনা ঐ নিংথৌনি হায়বতুফাওবা উৎলবদা মানা নাচুংবা লৈতে; মানা হায়দোকখিবা রাফম অদূদ চু পায়দুনা লৈ। ইরি খোর্জেনা— " .... মঙানি অসিগী মনুংদা হিরুহঞ্জববু হাত্তবা য়াদে।"

ময়াম্বুং অনীগা মাগা থেংনবদি নূংগা য়েরুমগা কাওনবনি হায়বা মা খঙদবা নত্তে। হায়দোকখিবা রাফম ঙাকপা ঙমদবদি মঙোন্দা শিবগা চপমান্নৈ। হিংনা শিবদগীদি শিনা হিংবনা পাম্বা মহাক্নি। 'লাইরানা পাল্লগা পাল্লে, হকচাংনা কেম্লগা কেম্লে' অয়ুংবা পূকচেননি। কয়াদা চেৎখ্রবা কয়াদা কনখ্রবা, কয়াদা থৌখ্রবা পূকচেল!

'অকনবগা অকনবগা তিন্নবা' মতাংগী ৱারোইদা থোর্জেনা ইরি— "কাছাড়গী নিংথৌনা করিগুম্বা লৈফম পীবিরোক্ত ··· হায়রবদি য়াইস্কুল লাকপনা থৱাই য়াম্না ৱানা অমম্লুং তৌনীংদনা মহারাজগী মথক্তা খুৎলাই পায়বা তাই।"

ৱারে ৱানা, খুদোং থীরে খুদোং থীনা থৌনা শাগোন্নবা তোক্তে।

অমুক 'তৌবুলগী লানফম' মতাংদা মাগী অরোইবা শকফম য়েক্লি— ··· নোংশাগুম ফুজিল্লক্লে। ······অরাইবা শানোংবা নত্তে। ······পুং অমা য়ান্নরে। ··· খগেন্দ্রজিৎনা মনাও অতোম্ববু চংনা ফাগে থল্লম্বা······ কায়বা তারে। শানোংবা ··· তুবে।"

থৌনা শাগোন্নবা পোকপা, থৌনা শাগোন্নবা হিংবা, থৌনা শাগোন্নবা শিবা শানোংবা য়াইস্কুল-লাকপনি।

মাগী অচেৎপা পূকচেল, অথৌবা শাহুল মশাদগীদি ফবা উরবগু লৈবাক্কী নিংথৌগী ফত্তবা ওইনা থোকথিবনা মতোন্দা থাগৎনিংঙাই লৈতে ভাবোকনা থনফম থোকই। অদুদা মতোন্দা অরানবা পক্কন-কন-বা শীবা-য়াদবা মরম অচৌবা অমা লৈ। 'লংঙুবনা রাবণ পুল্লবনা সমুদ্র' পাউরোনবগুম অশেংনমক লানবদি খ্বাইরাকপনি। য়াইস্কুল-লাকপগী মরায়বকমক্করা, নিংথৌগীনরা

নত্রগা লবঙ্গ-লতাগী ৱাও তমখিবনরা লৈবাক্কা মনিল মহাক-থংদগী নাইবগুম থোকখিবনা অমদি ময়াম্বনা খোংদনা চীকপগী হূনা হূকাখিহুনা থোকপনি অয়াম্বনা উদবনা মাগী মচু থীনা মকপনি। অতুদগী হেন্দোক্কনা হৌজিক ফাওবদা ৱাকায়-সূবা মীবু 'শানোংবা হিগাই' হায়না পাউবৌনববনি।

মথকৱাযদা লৌখৎখিবা 'নুপী হাঙ্গবা · · · ' মতাংগী মচীল মনাওগী ৱাফম মুন্না য়েংঙকপদা য়াইস্কুল-লাকপনা ৱাবৌদফম থোক্কে। খ্বাইবাকপনা মচা লবঙ্গদা পীনিংত্রবশু মনাও য়েংহুনা নুংশিবা ৱাহৈ থাবা যাই— নচানি খন্নসি, য়াম্বুং লৈবিবনিনা ইচীল-ইনাওনদি ঙমদেদো · · · অসীনচিংবা হায়বা য়াই! অদুদি থম্মহুনা মাগীদি শীংনবনি, থৌওই-উশিত্তবনি।

অদুগী মথক্তা 'লৈবাক কাঙ্গবগী মযোল চোংবা' মতাংদা নিংথৌনা হায়রকপা "শোয়দ্রে মাহুগী দমক্ত হৌজিক যুমকাঙ্গবা তারি। ঐদি মাহু থংদবনিনা নংনা মধুদা লতাসনা পীসি হায়-ৱবা অদুদা যাখিবনি।" ৱাহৈনা খ্বাইবাকপনা মনাও থৌওই-দবনা মনাওনা নুংঙাইখিদবা মৱম অসীমদি লৈ নীংসংদে অমদি নিংথৌদা তাক্কে হায়বা তাকই।

অদুদগীশু অমুক হেন্না 'মনিপুব ৱাজদরবার' দা মনুংদা মচীল মনাও অহুমদা লোইশিন্নগদৌবা ৱাবু পুথোক্কনা মনাও য়োল্লি।

মওং পুম্নমক অসিদা য়াইস্কুল-লাকপগুম্বা মপোক্লা, মতম্মা ঈ অশাবনা তুমিন লৈবা লুই।

য়াইস্কুল-লাকপগী লাম্থোকপগী মরীদা নিংথৌগু শরুক ইপু-পুদবা নত্তে। 'মণিপুর রাজদরবার' মতাংদা মানা থেম্বা য়ারক্ত্রবদা মথন্দা "ঐনা হায়বদা অমুক্তা হিক্তোক্তবা ইনাওনি, মাসিগী অর্থ করিনো!" হায়না খন্থরকপা অদুগী রারেপতি ঐগী ইনাও অসী নিংথৌ সেমগে নীংলেদনা হায়না লেপখি হায়বা মহাক্কী 'লৈবাক কাঙ্গবগী ময়োল চোংবা' মতাংদা ঙাংলকপা "... মহাক্তা নিংথৌ শেমগে হায়বমক্তগী তৌবরা?" হায়বা রাঙাংনা তাকই। অসীগুম্বা মাগী মবুক মাংবা অসীনা তাই-শিন্নবা লম্বী মতম চানা থিহৌদবদগী তঙাই ফদনা থোকখিবা লান্নি।

অকোনবদা পনখ্রিবা মতাং অসীদা খ্বাইরাকপনা খুমলকপা "মহাক্তা নিংথৌ শেমগে হায়বমক্তগী তৌবনি হায়বসি থাজবা ঙমদে। মহাক অসিমক ময়াম্বা নীংলবা অমসুং লৈমনিংথৌ থংলবা মী অমনি।' হাযবা রাফম্মা য়াইস্কুল-লাকপা ময়াম্বশিংগী দমক্ত অমদি লৈবাক্কীদমক্ত খনবা নীপানি হায়বা তাকই। মথোয়গী অশোয়বদনা কায়নখিবনি হায়বদা পঙলান লান্নিং-ঙাই উদে।

অসুম অসুম ওইহুনসু য়াইস্কুল-লাকপবু কনবা য়াদবা

শরুক অমদি লৈ। মানা মযাম্বগা মুংঙাইনদবা মরম ময়াম্বুং নিংথৌদা ফোঙদোক্লবদি অমুক রানং-লাম্নংনদবা য়াই।

শানোংবগী মীওং, মতমগা চপ-চানা চুনরবা শক্তম, উবদা ভাবোক্লা খোর্জেজগী মগুণ থাগত্তবা ঙমদে।

লবঙ্গ-লতা নীংথিজবা লাইরিকনি। মৈত্রবাক্কী কংলৈরোল-গী পন্দুপ অমগী মঙাল নীংথিনা উৎতুনা ভাবোক্কী কুইনা তুম-খুল্লকলবা থম্মোইবু য়াকাম্বদা নত্তনা লাইবিক অমা ওইবগী তোংঙাল তোংঙালবা মহাউ মখল মখল মঙোন্দা পী। সাহিত্যগী মহাউ মাপলগী মনুংদা অবিবগা তুজুংবগা অনী নত্তনা অতৈদি লাইবিকসিগী লমাযদা তুংহনা লৈ হায়বদা লান্নিংঙাই উদে। লবঙ্গ-লতা অনীগী মুংশি-নুংঙোল মপাউখোল, নীপাওইবা লবঙ্গগী অথৌবা শকফম, মৈ ওইবা শানোংবগী অশাবা শক্তম মপুবোইব-নীংলবী লতাগী হিক্লবা থম্মোইগী মপাউখোল, খোর্জেজগী ঙক্লবা খূৎযেক, মতাং মতাংদা নোক্লীংবা রাফম—তোঙান তো-ঙানবা মহাউনা ভাবোক্কী মবূক থল্লবা রাবীনি।

মসী মৈতৈ-সাহিত্য-জগৎ-নুংগী নীংথিজরবা উমং অমনি। মসিগী মনুংদা চঙখ্রবা ভাবোক্লা খংহন হন্দোকপা রায়। মফম অমদা লৈবাং কুঞ্জলতাসনানা লৈশক্লা মিৎলম পুল, লৈনম্লা পূক্লিং সুম, লৈচুনা উমংগী শরুক অমা ঙাল ফ্গায়না শাৎলি। মফম অমদা লৈনম লৈথোং মুন্দ্রিবনা কঁঙাওনরবা খোইমু লবঙ্গ লৈ-

খোং লীনা লীনা পাইরি। মফম অমদা অমুক পামেল লবঙ্গ উকাদা ; উৱীগী জাত্তা পোল্লবী কুঞ্জলতা হাইনা হুম্না যাঞ্জবী। বাকপাক অমদা কোরৌ শানেংবগী অয়াকপা মঙাম্না মিৎ-তরং হৌরি। অচীকপা উমংগী শরুক অমদা তূমা কায়রবা চেক্লা নবীন-না নুংশি-নুংঙোল্ল-কঁঙাওনা লৈনা লৈনা পোম্বী ইন্দুরেখা মশুংলাং পাইরি। অমুক মফম অমদা তূমা কায়রবী ঙান্নু থঙ্গোং লন্তাসনানা নুংশি-নুংঙোল তুফল্লনা কাম্লনবগী লান-ঙমদ্রবা তোর্ব্বাল চাংজোদা তাহুনা লৈরি। .........

কনানা থাহুনা লোইগনি!

মতাং মতাং চানা খোর্জ্জেগী মতীক মগুণ শকখে; অমক-অকায় উৎখে। হৌজিক অমতংদগা লৈরি। মসি চিংখহৌরবদি খোর্জ্জেদা লঙদনিঁঙাই ওইররোই।

খোর্জ্জেগী অঙকপা গুণ অমা—মী অমা, হৈকোল অমা অতৈ করিগুম্না অমা থারকপদা ভাবোক্লা লাইরিক পারি হায়বা হেক্ক মকাউহনবা, মাগী মশিত্তা, মমাঙদা, মীশক পোংশক অদূ শংশংনা হেক্ক মরেপহনবা মাগী অঙকপা গুন্নি।

য়েক্লি লবঙ্গগী শকফম--- "মঙানগা মরেপকা মরেপ্পা ঙমই। য়াম্লবদা চহি কুনমঙাদগী হেল্লোই। মথোক কারকপগী...... নীংথিবা পূম্নমক ... থোংল নৌরবা ... কায়াৎ খূদিংদা নোং-থাংগী ঈচেলগুম্না চেল্লি। .... লময়োবা পুলৈকুচু অহু

উক্নুরবদি কনানা · · · কামদেবমক্কি হায়নিংঙোইদগে ? অ.য়কপা মাল্লবা প্শিগুম অনীগী মথাদা তত্তনা মরোল লোল্লবা মিৎসনা থম্বাল অনী · · · ? অমুনবা তয়ানবু ঙমজনবা ওইরবা চীন-বান্দা মতম পূম্নমক্তা অর্থ য়াওনা মোমোন নোকপগী ফীভম · · ·।”

অমুক কুণ্ডলতা সনাগী শকফম থাবি— “ · · · নীংথিজনবা · · · লৈরাং অমা লৈরি— কুণ্ডলতানি। চহি তরামিপাল্লা মপুং হেক ফারকপদা · · · যুবতী ওইরগী কুলা পুম্নমক মশিং অমত্তা রাত্তনা কায়াৎ খুদিংদা নোংথাংগী ঈচেলগুম চেল্লি। · · · কুচু · · · সনাগা পান্দমনিংই। য়াম্নদি ঙোরগা ঈ থাংদবদি নত্তে; · · · মায়থোং কোইরপ তৌই · · · থাগা পান্দমনীংলবসু য়াগনি। মরোল থোক্লবা মিৎসনা থম্বাল অনী · · · হৈরবা মীনা তুরি পায়তুনা য়েকপগুম্না · · · কোইরপ তৌবা পীগুম অনী · · · · কৌদনা কৌবা মাল্লবা লৌনম চাওরবা চীনবান · · · মিংয়েংবু · · · চিংশিনগে লাক্লরি। নাকোং অনীদা সনাগী নাইন অনীনা মিকুপ নাহুম য়েংতুনা চোংথরগে হোৎনরি। · · · থোংনা মুরবা শম্লাং · · · লমহেন্নসু শাংদে। কপ্লাক য়েবদি ফজবগী মরীদা পামদবা কনাগুম্বা চোংথোরকপসু য়াই · · · কাপমুক হল্লি”

ভাবোকী পুক্নিং মুন্দানিংঙাই করি লৈরি! শকুম্না শংশং ফাওদনিঁঙাই করি লৈ!

খোর্জেনা য়েক্লকপা শক্তম খুদিংনা ভাবোকী মাওদা থরাম্বনবা শকযম ওইনা লেপ্লবগুম মানা থিল্লকপা মফম মিৎলমদা ফাওদনি ঙাই লৈতে। ফীজং-কুম্মৈদা পোৎলমগী পরেংনা মথং মথং তরু তরু তরং তবং ফাওরকপগুম মানা লূনা পরেং চা-না লেংখৎলকপা পোৎলমশিং তশেং তশেং মিৎলমদা থন্না হেক্ত মতাৱৈ, পূক্নিং হেক্ত মশুন্মি।

'শগোল তোংবা পাখং অহুবু কনানো?' মতাংদা খোর্জেনা খ্বাইরাকপগী কোল য়েল্লিবা য়েংসি।

"···খ্বাইরাকপগী লৈকোল···য়েংননবা পোৎ অমা ওইনা থোকখি। মাংদা ইম্ফাল তুবেন্না খোইখোইনা চেল্লি, ···তুবেন্দগী···হেক চংবা য়ানবা পীক্লবস্থ চুম্লবা লম্বী মচা অমা লৈরম্মি। লম্বী অহুগী নাক যেৎ ওইদা নেম্লপ তৌবা তয়াম্বা লৈগী জাৎ-- যাতি, যুতি···বসন্ত ...ওইবনা হৈবাং লৈরাং···ঙম্না অনৌবা যেন্নীং হুললে; অরাপ্পদা গোলাপকী ফৈদোমদা অশংবা মনা মবক্তা পোম্মোম শাৎলবা লৈরাংনা·· নিংখিজবি। খোংজোম যবনা মতম চাদনা শাৎলবা তখেল্লৈনা ···পূক্নিং শুম্মাৎনবি। তিংথংগী মনা মরক্তা···কেতকীস্থ ···পুম্নমকপু ঙাওহল্লি। লম্বী নাক য়েৎ···মফম চানা থাবখা লৈরাংগী ঙাৎনা লৈতেংলবা লৈকোল অনী অহুগী ময়াইদা চপ-চানা ওন্দুনা তৌববা পুখ্রি--পুখ্রিগী চিথেক মরিদা মাংজোননা

শিঙ্গারৈ। মরক অদূদা লল্লপ লল্লপ · · · মশা হাইথরবা কবোক্লে। চিথহৈদে · · · মতাগুম · · · হাওরৈ, ময়াংলৈ · · · ফৈদোম মচা মচা য়েন্নি। · · · শনারৈ · · · লৈবাক্লে · · ·। লৈকোনগী অকোয়বদা চিগোংলৈ · · · অয়িংপগুম মনা অমত্তা · · · · · হেঙ্গংতে। · · · লৈকোন্না হেক খম্বদা শঙ্গাই শুমাং লৈ —খা ব্রাং খরা লাপ্পা কয়া চাউদবা হৈরাং পাম্বী · · · অমতম্ শংনা লৈজবা ফংদে--কনাগী মথক্তা খোঙ্গনমেলৈ, কনাগী মথক্তা স্নেরুমলৈ, মথক্তা মৈলৈ লৈস্না নোংজুমপান কদাম্বা লৈনুংশি। · · · শঙ্গাই শুমাংদি? বৃন্দাম নাপীনা কোয়রি; কুন্দালৈ · · · হাইথ হাইথনা শাংলি; বৃন্দাগী খুবম মনাত্তা কামিনী কুসুম · · · · · · মনা অমতা চোইথোক্তনা য়ুংলি; নুঙ্গাবৈ অনীনা তন-স্নেং য়েংপিরি। শঙ্গাই মাঙ্গোন · · · · · মধুমতীনা য়েত্তুনা · · · · · · কুঞ্জবন · · · ওইরি। · · · · ·”

কয়াদা লূনা ফজনা খোর্জ্জেনা ভাবোক্সী মাওদা থিনখ্রবা লৈকোন্নো!

লতাসনাগী মতা ইন্দুরেখাগী শাহুল খোর্জ্জেনা ‘নঙুংলাংগী লৈপাক কায়রনিকো সনাহল!” দা নোক্লা নোক্লা য়েক্লিবা কন্নাদা নুংঙাইখ্রবা অমুক য়েংসি।

“· · · · · · নুপী ওইবগী হৈনবী শুনা ফজখগুম্না রা ঙাংবদা · · · · হৈশিংই। ব্রাহৈগী লান্দা, মরৈগী তেন্দা, কোচিগী লোন-ব্রকপদা · · · নীপা নুপী পূম্নমক মঙোন্দা মায়থীবা ফংখ্রবা

ভাক্তনি। মতম অহুদা··· লুহোংবা অমতদসু মাবু···বার্জেন চীথবা লৈখিদে। ···ফনা হৈশিংখ্ৰবা ববগী লাম্মী অমতসু মাগী মমাংদা তুদবা য়াওখিদে। ইন্দুরেখাবু য়াওরম্লবদি বরগী কাংবু অমতনা মাগী খুনিং চাদবা, মাগী খুজিনগী দাগ ফংদনা নত্ৰগা কোয়েং শেগাইদনা হল্লকপা য়াওখিদে।”

খোর্জেনা নোকপদা য়াওয়োইদোবা ভাবোক কনা লৈ!

মতাং অসীমক্তদা খোর্জেনা পীরিবা মুপীগী তোর্বাল দববার মশাগী মমিং থোবা মগুণ উৎনা উৎনা ভাবোক্কী নুংভাইবা ঔথক পীরি। ইরি—

“···লতাগী অমসুং ইন্দু অনীমক্ক···য়োরকপদা··· তোর্বান্দ····মুপীগী দরবার ফম্মে—মৌনহা, মৌয়াংথাং, মৌহন, লৈশাবীগী জাৎ সুনা তিনখে্র। বসন্তগী মতম ওইবনা কনাগী মচিন্দসু রাচোই অমতা য়াওদে। মৌয়াংথাং কনানা মপুয়োইবনা কোম্ববগী, মৌনহা কনানা···পাখং কনাগী, মৌ অহন কনানা মপুরোইবনা লীকপগী, কনানা মচা ওক্তবগী কনানা মচা মশক ফজবগী, কনানা মচানুপী থাজবগী, কনানা লৈকাইগী মতু মরা খৎনবগী, কনা অমনা ঙরাং নুংদাংগী ইনশাংগী রারী—····হিদেন অতু কৈথেল মচা অমা ফম্মে। লৈশাবী অহনগী জাত্তি···মৌয়ামগী মরক তিনবা লায়; ···মচাগী কাংবুগীদি ইকাইবনা ওইরবসু, অর্থ শংদবনা ওইরবসু···তিল্লুবা

ফংজগ্রে ; ·········অতৈ পাম্বৈ লৈজদহুনা খোঙামগী লৈহাও অগ্নি, লাইশ্রমগী চিনিচম্প্রাগী ৱারী শাহুনা পেন্নরি।······অসিনচিংবা।”

খোর্জেনা মুপীগী মওং কয়াদা নীংথিনা উখ্রবা। ভাবোক্লা মুংঙাইতনিংঙাই লৈবরা।

নায়ক-নায়িকা অমগী মুংগী মপাউ ৱাহৈ অমনা ভাবোক্কী পূক্নিংদা থক পাঙ্লনবা ঙম্মি—

‘শগোল তোংবা অহুবু কনানো’ মতাংদা লবঙ্গী লম্বী খোৌরাংনা য়েংহুনা ঙাইরবী লতাসনাগী মবূক্নিংগী খোয়রাংবা ভা-বোক্তা ৱাহৈ অমতনা ফাওহল্লি— “লমগী চেক্লানা ঙাইহাক চাক-তারগা চীকমাংনখিবগুম্না মাংখ্রবা অহুবু কনানা কনানো হায়বা খংগনি।”

নোংদম্বনা লৈপুল ওইয়ু তম্লবা অনীনা নোংমা পুনশি লম্ম-থাংদা শকথেংনখিবা, নুংশি-মখোঙদি মুন্নখিদ্রিবা, থম্মোই থম্মোই-নদি খোৌরাংনা ঙাইনৱকপা শোয়দনা লমওক্নরখিগনি হায়বদি মীওইবগী অমম্বনা উবা ঙমদবা তাঞ্জাদা মুংঙোল মুংশি-ইখৌ-লাংলবা থম্মোইনা কয়া অৱাবগা লোয়ননা লেনফম খোক্পগে হায়বহু কয়াদা নীংথিনা ৱাহৈ অমতনা ফোঙখ্রবা।

লাইরিক্লা পীনবা ফিদম মওং অনীনি। অমনা—মসীগুম্বা মওং চংলবদি সংসার অসিদ স্বর্গগী মুংঙাইবগী মঙাল কনা নীংথিনা তাবা য়াইনা হায়হুনা খোর্জেনা মানা নীংবা শককম

অমা লাল্লগা ভাবোক্কী মাঙদা থিল্লী. অদূগা অমনা— চাক্কী ঈশিংগী তশেংবা মী অমগী শকফমদা অৱৈব। নীংখিবা মওং অদু পুথোক্কনা ভাবোক্তা পী।

লবঙ্গ-লতা অকোনবা মওংগী ফিদম অসী পী। লবঙ্গগী মী অমা ওইনা হরাউবা, নুংঙাইবা, অপাম্বা অমদি নুংশিবগী শক্তক অহুম ময়াবা, নিপা অমা ওইনা মাগী ওইবা মরূপ মপাং-শিংদা তৌফম থোকপা অহুম মতৌবা, তদূগা লৈবাক্কী মী অমা ওইনা লৈবাক্কী মফমদা মাগী তৌফম থোকপা তৌবদা অকিবা, নীংজিংনবা, অমদি মশাগী ৱাথল্লা খুবৌ-বা লৈতবা, অথৌবা শকফম্না ভাবোক্তা নিপা অমা ওইবগী চৎনবিংতাই লম্বী উৎলি। অমুক কুঞ্জলতা সনাগী, নুপী অমা ওইবগী মাগী মথ-ৱায়না তাজরুবা মফমদা অৱাবা নুংঙাইবা অনীদা পৱায়-হকচাং পুক্লিং য়াওনা লেপ্পা, মপুৱাইবগী অৱাবা নুংশিবনা মবৈবাক্কী অমদি মাগী ওইবা শকফম কয়াগী নুংশিবা লীচিং থাডহনা নুংঙাইবা তুংওইনা অৱাবনা নম্বোনা মপুবাইবা কায়নফম রাম-নগরদা নুপী ওইবা মপুনশি লোইখিবা, শকফম উবদা নুপী ওইবী কনানা চঙজৱোইদৌবা লৈ! মবায়বক থীবা শানোংব, য়াই-স্কুল-লাকপগী ময়াম্বা খ্বাইৱাকপনা খোংদনা চীকপদগী কা-খিবনা হু মচু ওনখিবা শক্তম উবদা ভাবোক কনানা জগৎকা মন্নুং মপাল নাইবা শকফম করি উদনীংঙাই লৈ।

লবঙ্গ-লতাগী অরূবা অহেনবা, অশোয়বা অঙাম্বা পূন্নমক মতাং মতাং চানা উৎথে। হৌজিক থম্মীঁঙাই অমত্ত মঙায়রে। মাগী অফ-ফত্ত অনীনা নাক্কা য়েৎকা খম্থনরকপদা কনানা হেল্লি অমদি মাবু করম্বা থাক্তা থম্মীঁঙাই ওই।

মাগী পোরোলদা খরদং শোয়খিবা, মতম-নাইবা পোৎশক্কা মতম চাদনা শীজিন্নতুনা ফীজোল মতম খঙদনা ফিজেৎপগুম থোকখিবা, মশানা মথন্দনা তাউশিঞ্জরকপা নত্তনা মীরৈবাক মবোল চাইশিন্দুনা লোল-গী নীংথিজবা হাৎখিবা, লোনগী মশা-গী কোন্ননা লাকচবা খোন্থাং কায়খিবা ··· অসিনচিংবা অমকপ-শিংনা থোর্জ্জেগী খূৎয়েক নীংথিবা ময়ামগী ঈংলবা লূরবা মঙাল অমদি মঙোন্দগী শিন্থরকপা রস, মকহনবা মাঙহনবা ঙমদে। ময়িহিং কারবগুম কানা, থাজনা ফজবগী ফিদম ওইতুনা ঙানবগুম লবঙ্গ-লতা মৈতৈ-সাহিত্য-জগত্তা মঙাল্লগনি।

লবঙ্গ-লতা সাহিত্যগী অৱাংবা থাক্তা মচল্লগনি।

# মরীসুবা মতাং

—00—

## শ্রীতলজিৎকী থাদোকপা

**শীতলজিৎ—**

শক ১৮৩৫ গী লাংবন্ থরা-অরেৎনি-পানবা, নিংথৌকাবা-সুমিত্তা অহানবা মুমিং উয়ই।

নোংপোক চেল্লবী নম্বুল-না নাগ-তুরেলগা ঈচিন্নদুনা থাবম হেক লৈথরকপদা য়েৎলোইননা কোল্লিবা রাহেংবম-লৈকাইগা য়েংক্লা ওইগা ফম্নদুনা তোর্বাল ঈচিক লাংলিবা কাংঙবম-লৈ-কাই হায়না খঙনবা লম-তুপতো মহাক্কী পোক্লফম লৈকাইনি।

মৈদিঙু চৌরজিৎকী মচা, মমা লৈমনা কুম্মাং অহুম নাউ-পুদুনা পোকখিনঙাই মৈত্রবাক্কা মহাকপু সনা-চহী-অহুম হায়না খঙনখিবা চীঙ্খোঙ নরেন্দ্রসিংহনা পোকপা অঙৌসনাগী, মচা লছমন সনানা পোকপনি। লাইনীং-পরৈ-চেৎপা, অরা-অনং-খঙবা, পীন-হৈবা, পীজ-পীথক-ফবা নীংথিবা গুণ কয়ানা মাগী ওইবদগী মৈত্রবাক্কী লৈরক-কোঙ্গাংদা মাগী মনম নুংশিনা চৎথিবা, হৌজিক-মকসু মনম মুত্রিবা রামলাল পালগী মচানুপী কামিনী মহাকপু পোকপী য়াইফবী মমানি।

পোকপদগী মমা-পাম-গী কবোক ওইবনা অয়াম্বা মতমদা মমা-পোকপা মপুগীদা লৈরকপদগী মহাক মশাগী চহিনা নিপাল চণ্ডলকপদা অপোকপীনা নোঙ্গাথ্রব মতুংদগীদি অতুম পোক্মিন্নবা মামশিংনা কোনখিছুনা কৈশামথোংদা লৈখি।

অহাংবা মযুমদা মপী শকথণ্ডনৈ। কৈশামপাৎ এল, পি, স্কুলদা মতম খরদং তম্নগা কৈশামথোং এল, পি, স্কুলদগী নিম্ন-প্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষা পাশ তৌতুনা চঁঙা ইউ, পি, স্কুলদা ক্লাস থ্রী তম্মী। ক্লাস ফোরদগী সিক্সফাও বেঙ্গলী এম, ই স্কুলদা তম্নগা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা চঁঙী। স্কুল অসিদগী শক ১৮২৪ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রবেশিকা পরীক্ষা পাশ তৌই। মথংদা গৌহাটী কটন কলিজদা লাইরিক তমখি। ফোর্থ ইয়ারদা মশা নারকতুনা চহী অমা পম্থরগা শক ১৮২৯ দা কালকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি, এ, পবীক্ষা অনার্সকা লোয়-ননা পাশ তৌই।

বি, এ, পবীক্ষা পাশ তৌরবা মতুংদা মাগী মামশিংনা অপোকপগী মমিংদা কচ্চবা মরল্লাই রামলাল পাল হায় স্কুলদা এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর ওইতুনা চঁঙী। স্কুলদা লৈনা লৈনা 'ললিত-মঞ্জুরী' অদুগা 'তরুণ মণিপুর' কৌবা চেশিংনা সম্পাদক ওই-তুনা লৈবাক্তী সেবা তৌবা হৌই। মতুংদা 'মণিপুর মতম' কৌবা মরল্লাই চে অমা ফোঁঙি। চে অসী অনীস্থুবা লাঞ্জাউনা লাক-

পফাওবা হিংডম্মী ; চে ফংগুক্তবদগী লেপখিবনি। অসোমদা মরৈবাক্তা থবক পঞ্জাউ অনী পায়না পায়না মপালগী আনন্দ-বাজার, অমৃতবাজার, আসাম ট্রিবুন, ষ্টেটসমেন অদুগা হান্ননা এ, পি, আই হায়না খঙনবম্বা হৌজিক্কা পি, টি, আই কৌনববা পাউজেল-থুং, অসী পুম্নমক্কী পাউ পীবগী থবক লৌই।

লাল-না 'মণিপুর মতম' লেপ্পবদা মহারাজকুমাব জয়সিংহগী ট্যুটর ওইহুনা অজমীঢদা চংলি। মথংগী চহীদা অনীশুবা লাঞ্জাউবা মণিপুব য়োরককপনা থবক লেপখি। অস্মুম্না মাগী মপুনশিগী থবক্কী অহানবা খোঙ্গোয় পবেং থুংখি।

লাল মতুংদা মহাক্কী থবক্কী অনীশুবা খোঙ্গোয় হৌই। তম্ফাসনা গ্যাবল হায় স্কুলগী তেংবাংবা ওইনা থা ৬ ওজা ওই ; মথংদা ইম্ফালগী লমখৈদা চিদাই ওইনা লৈবা কাঞ্চীপুর পোলী-টেক্নীক স্কুলগী মতম তদুগী প্রীন্সিপাল মীনকেতনগী মবমদগী হায়বিবা স্কুল অসীদা হায় স্কুল সেক্সন্দা মতম খবা হেড মাষ্টব-গী থবক পুই। মতুংদা ধনমঞ্জুবী কলিজগী খোঙহৌদা প্রোফে-সারশিং লাকত্রিঙৈদা অরিবা লোকেল গ্রেজুয়েটশিংনা তেংবাং পীবদা হিষ্টরী সেক্সন পুই। লাল-না মুংলুববা মশাগী স্কুল হিঙ্গংপা ডাইবা ওইনা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা চহী অহুমলোম এসিষ্টেণ্ট টিচার ওই-তুনা লৈরম্লগা হৌজিক চংলিবা চহী অসীগী মনুংদা মশাগী রাম লাল পাল হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইখ্রে ; হৌজিক অতুম লৈবি।

হায় স্কুলদা তম্মিভৈদগী হৌনা খোর্জে পায়বা হৌরে। ইহান হানবা শৈবেংনা হৌই, 'শিবা' কৌই, য়াকাইরোল পত্রিকাদা মিংলোংননা ফোঁগী। কলিজদা লৈরিভৈদা 'মিনর্ভা এণ্ড প্লুটস' কৌবা ইংগ্রাজীগী রারী মচা অমদি মশক নাইথি। রারী অদুগী মশাগী ফজবনা মহাকপু মতুংদা মশক-নাইবা খোর্জে অমা ওইবগদৌবি হায়বা তাকপদা নত্তনা মৈত্রবাক্তা অনৌবা মতম অমা লাক্কদৌরে হায়বগী মাঙজোনবা পাউ ওইবনা নিংথৌদগু লৈবাক্তগু ঈরাং অমা হৌখি। নীংদম পঙচেল চেনবা নিংথৌ-পুনশি তোল্লোমগদৌরবোইবে হায়বা খঙলে খঙনা খঙদ্রে খঙদনা খ্বাইগী পূক্নিংদা পানখি।

'মণিপুর মতম' না লেপখিবা লৈবাক্কী অমাঙবা অমা ওইনা উরবগু তশেংবমক্তি লৈবাক্কী যাইফবনি। করিনা? মহাক্না পাউজেল-চেদা লুপতুনা লৈবম্লবদা ঙসি মৈত্রবাক্না মাগী লাইবিকশিং ফংলম্লবোইদৌবনি। মহাক্কী মপূনশিগী খোঙফম ওনবগা লোয়্নন-লোযননা মৈতৈ-সাহিত্যনা যাইফবমদা কায় হায়বদা থোইনা লান্নিঙাই লৈবোই।

হৌখিবা চহী তবামুকসিগী মনুংদা মাগী লাইরিক ফনা য়াম্না মঙাল উবে। শৈবেংদা—কেতুকী, ইথৌ-লাংবা অদুগা বাল্মীকি, অসেম্বা রারীদা—থাদোকপা, ইমা অদুগা বোহিণী, রারী মচাদা —লৈনুংশিগা লৈকোননুংদাগা অনী, মীথোই-খোঙ্গুল লীবা লাই-

রিক্তা-সুভাষচন্দ্র বসু, অদুগা অরিবা লাইরিক্তা-অহন বা মরোলগা কোন্নবা নরোত্তমদাসকী লালসা—মখোয় অসী ফোঙলে।

তসিগী মথক্তা, অঙাংগী দমক ইবা মৈতৈরোল অমসুং ইংগ্রাজীগী ইতিহাস মচা মচা এসে, রচনা, কী-বুক কয়া কয়াসু তত্তনা ফোঙলী।

ফোঙদ্রিবা লাইরিক্কী মন্নুংদা মপূং ফারবা অসেম্বা ৱারীদা—'চিত্রা' নে 'লমজেল' নে 'এক্টর' নে অমুক লৈরি। অদুগা ৱারী মচা মচা শৈরেং মচা মচা কয়াসু লৈরি। মখোয় পূম্নমক অসীসু অনৌবা কয়াগা লোয়ননা পঙথোল থীন্দনা মঙাল মউবরগনি।

মরল-না সমুদ্র পশ্চিং ওক্তঙাই লৈনা লাইগী নোংদম্না লায়বচংতনা পান্নবী কুন্থীগুম য়াইথীরবী মৈতৈরোল মতীক লৈবা মচাগী প্রেমনা মহিংলবগনি হায়না ভাবোক্না আশা তৌরি।

থাদোকপা—

ইবা— শক ১৮৭২ গী অদূৱাইদা ইবনি।

লোইবা— শক ১৮৬৪ দা অহানবা মঙাল উবনি।

অহুমশুব— মৈতৈ সাহিত্য-লৈকোলগী অসেম্বা ৱারী পবেংদা অহুমশুবদা থাবা লৈপান্নি।

মওং— নিপানা মপূং শান্নবা ৱারীনি। খোজেনা থম্লিবা নিপানা সদানন্দ নি।

কর্ম্ম জগত্তা মীওইবনা মপূং ওইনা থাংনরিবা খোঙকম—উৎলিবা মশাগীদ-য়েংবা, মীগীস্যু-মশাগীস্যু-অনীমক-য়েংবা, অদূ-মরম— গা মীগীদ-য়েংবা—অহুম অসিগী মমুংদা খ্বাইদগী অরাং-বনি খঙনরিবা অকোনবগীসিনা মপূং-মবম্নবা ব্রারীনি।

লাইরিক অসীনা অহানবা মঙাল উবা মতমদা ঐগী খোর্জ্জে-না ইখবে—

"থাদোকপা—অঙাং ওইবা কোলোমগী অহানবা খুথা ওইব-বস্যু, অঙাং ওইবা কোলোম মহাক্কী হৌনছা, জগৎনা হঞ্জিন হঞ্জিন পাউদমজবনা মুংঙাইবা অমদি অশিংবা থানরিবা, (শাবী-শানৌ অনিগী, বাসন্তী লৈকোন্দা থেংলবা অহিংগী তাংলৌগী অমম-অঙান অনিনা অবোৎ-অফোং শান্নবা মরক্তা, নুংশিনবা ঈরাংগী থেক-খোইগী পাউদমজবা লৈতে। শিন্দম্নকপা তুরিগী অহানবা খুৎহাই ওইরবস্যু মালং ফৌরোই তুংইন জগোষ্ট শাবী লৈবাংগী নত্রগা ইমুংগী লিক্লা ফৃববী শীঙেলগী শক্তম তমজকুবা লৈতে। শৈদম্নকপা খোঞ্জেলগী অহানবা খোন্থোক ওইরবস্যু লৈবাং লৈখোং য়ৈবা খোইমুগী নত্রগা বসন্ত-লোয়ীন চেক্লা কোকিলগী খোলহেক খোন্দা তমজকুবা লৈতে। পিরাংনা ব্রাখৈবা প্রেম, নিংবা কাম্নবা সোর মপীনা পংখৈ-ওইবা নুংঙাইবা মফম অসিদা মনম চঙদে।

থাদোকপা কর্ম্ম-গীতানি। মকত্রবা তশেংবা নুংঙাইবা ঈখৌ-লাংলবা তেংবানগী কর্ম্মগী অচুম্বা লম্বী তাকপনা মহাক্কী উদ্দেশ্যনি।

নায়ক ওইবা সদানন্দগী রাহৈ অমত্তং থৌরম খুদিংমক্কা তত্তনা লাউরি ।—তেংবান, তশেংবা নুংঙাইবা পাম্বা ? পাম্বা থোক্লবদি কৈদৌনুংদসু নশাগীনি হায়না কবিগুম্বা অমত্ত কঙ্গিনগনু, নংগী লৈজবা অপুম্বা অমদি নংগী থৱাই হকচাং পুক্লিং হায়তুনা লৈরিবা পূম্নমক জগৎকী মফমদা য়াওদনা য়েঙ্হোকউ–থক-খা অনীদা লেঙ-দবা মুঙাইবগী মপু ওইগনি। তেংবান, ঈখেং-চাইদবা মেল কনা তোংনিঁঙি, কনা লেঙদবা কোকথোন হাপনিঁঙি ? জগৎকী অৱানবা পূম্নমক ঙাকপিয়ু, পঙতুনা তৌবনি কনবিয়ু। অপাম্বা লৈতবা উৎ-ফুল ওইতুনা জগৎনা নখোঙ খোঙবী চুপকনি , ঈংলবা বাজাগী মপু ওইগনি। পাঙ্গন্না লৌবা লৈবাক্তি তত্তনা কায়বা নাইবনি ; প্রেম্না লৌবা লৈবাক্তি মৱা চূম্না তাবনি।

খোঙথাং খুদিং মিৎয়েং লানবদনা মথৌদাং ওইরবা, কাউ-জন থীবদনা হৌনছা ওইরবা তেংবানগী বর্ম্মগী লম্বী তাক্কে নিংবনা কর্ম্ম লৈত্রবা ভগবান্না কর্ম্মগী অরাফম পুদুনা মনাই অর্জ্জুন্দা তাক্পিখিবা কর্ম্মতত্ত্ব খ্বাইগী ওইববসু অপনবা কয়াগী মখা পোন্দুনা অয়াম্বনা ঙসি ফাওবদা মহাউ খঙবা ঙমনদ্রি। ঙসি অতুম ওইব কর্ম্মতত্ত্বগী বিভূতি সদানন্দবু গ্রন্থকর্ত্তানা খ্বাইগী মফমদা পীনরে।”

ভগবদগীতাগী মঙাল লাইবিক অসীগী লামায়দা তারিখা মঙাল–গীতাগী মঙাল থবদং যংলবা থম্মোইদা পান্দনিঁঙাই

লৈতে! পুরাণনা বেদগী মরোল রারীননা ফোঙবগুম গীতাগী যোগ অমগী মশক অমবু রারীদা পান্থোকপদনি। যোগনা কর্ম্মযোগনি: অদুগা মশক্কা অনাসক্তা হায়বা মাগী শক্তমদুনি।

"জগৎ, করিগী পোকই? নুঙাইবদগী! করিনা হিংনৈ? নুঙাইবনা। করিদ পাম্নৈ? নুঙাইবদা। করিদবু তম্নৈ? নুঙাই-বদবু। নুঙাইবদগী পোক্লকবা, নুঙাইবদনা হিংনরবা, নুঙাইবদা পাম্নরবা, নুঙাইবদবু তান্নরিবা মীওইবনা নুঙাইবা মাগী মায়-গৈদা থাংনরিবা খোঙথম্বু যোগ হায়বদনি। যোগ অহুম্নি; অমনা জ্ঞান, অদুগা অমনা উপাসনা কৌই; অনী অসী নত্তবা অদুবুনা কর্ম্ম হায়না খঙনৈ। কর্ম্মগী মশক অহুম্নি; তৌহৈদবা তমা, তৌনদবা অমা অদুগা তৌনফম থোকপা অমা। অকোন-বগীসিনা থোঙ ওইদুনা নুঙাইবগী মায়গৈদা থাংবা খোঙফম অদুবু কর্ম্মযোগ হায়না খঙনৈ। কর্ম্মযোগনা খোঙফম্মবা মীওং মপূংদা মথল অনীনি: অমনা ময়ম কয়ানা মওংনদুনা চেল্লক্লিবা কর্ম্মগী ঈচেল, ঈচেল মাগী অরেপ্পা মশক খঙবা ঙম্মুবদগা ঈয়েংশিন্না থবক তৌরুবনা মশা ঈচেন্নৈ; অদুগা অমনা মহাক্কী পুনসি-কোন্না চেল্লফম থোকপনা চেল্লরিবা কর্ম্মগী ঈচেল—ঈচেল মাগী ঈথোঙ, ঈওং, ঈতম খঙবনা ঈপন্দনা অতুম মচেঙথি বদ থৌরাংঙী। অদুনা মশা ঈচেন্নদে। অহানবগীনা ঈবোং চ বা

নূংপাক্লা ঈচেন্নহূনা নোংম-নোংমগী নূংশক নূংঙং ওল্লকপদ নত্তনা নূংফম তত্তনা হোংলকপগুম মশক অস্থুম অস্থুম ওল্লকই, মখুভম অস্থুম অস্থুম কায়রকই ; অদুগা অকোনবগীনা কর্ম্মগী ঈচেন্না থেক্লীংবা মফমদা থেক, হন্নিংবা মফমদা হন, লৈনীংবা মফমদা লৈ চেঞ্জবদা মশানা ঈয়েৎনরুবদনা মিপাইরুবগু লৈতে, থৌশারুবগু লৈতে অদুগা য়াম্না খোয়দাশিল্লুবগু লৈতে। গঙ্গানা ঈওং পুম্নমক্তা কুমজা কুমজা চুপ্পা মখোঙ কোন্না চেনবদা সনজীংনা রাংনা চাউনা, চীংদ-চীং-লেম্না য়েংহুনা লৈবগুম মাগু অতুম ইনুং নুঙাইনা লৈখোকই। অহানবনা মশাগীয়োমদগী থবক তৌই ; অদুগা অকোনবগীনা থবক্কীরোমদগী থবক তৌই। অকোনবগী থবক মতৌ অসীবু অনাসক্তা কর্ম্মযোগ হায়রুবদনি।

লোল— লোন্দা চম্না লূই, লায়না মরোল শুই। থূমাবা খোর্জ্জেশিংগী লোলওংদগী তোপ-তোপ তাই।

থূমাবা খোর্জ্জে অয়াম্বগী লোল, লোন্দা পুদা য়াম্না ফজরবগু সংস্কৃত অমদি বাঙ্গলা রাহৈগী—চাউরে চাউনা, পীক্লে পীক্লা--নম্বো অমমম ইকোন্দ-কোন্ন-বনা নম্বোনবা শক্তমগী মফজদগী হেন্দোকপা ইঙম-ঙম্নদে। খোর্জ্জেসিগীদদি মীগী মরোল কৌবা ঈচঙ-মচঙখিদ্রে হায়বা নত্তে। করিগী চঙদনিঁঙাই লৈ ! সমুদ্র ঈরম রাংমগী মালেম লমতূপ কম্না কয়াদগী ঈহৌরকপা সংস্কৃতি-সভ্যতা কয়া কয়াগী ঈচাউদনগু ঈরায়ররিবা লমদম অসিদা

য়ুস্লান্নবা লৈবাকশিংদগীনদি করি য়োঁদনিঁঙাই লৈ। করম্বা ঈচাউনা ঈচাক হান্নমদনা ঈহনখিবা লৈ। ঐখোয়গী হৌদোক-মিন্নজরক্লবা লোল অসীদা মতম্না মাগী য়াওল য়াওল খুদিংদা অতোপ-অতোপ্পা লোন্দগী মচাক কয়া কয়া য়েপখ্রবনি, য়েপ্লবনি অমদি তক্তনা য়েপ্লিবনি। অদুনা চঙফম থোকপনা মাগীদগু অতুম মর্চঙী। চঙবদি চঙলগা রাহৈ অয়াম্বনা মৈত্রবাক্কী ঈশিং-নুংশিৎ কুইবপ চারহুনা মৈতৈবোলগী শক্তা পুদাগা মচু-নজরবা ঙাক্ত ওইনা তৌই। অদুগী মথক্তা রাহৈশু পঙয়াম-যাম্না হাইজিন্দে অদুনা তোপ তোপ নম্বো অমা তোপ্পুবগুম থোক্তনা মশক পঙ-নাই নাইদবা পোৎয়েপ মচা অমা ওইনা অতুম মরৈজে; লোলগী মশাগী ওইজবা ফিভম অতুম মরৈজে।

লোলওং অসী উবদা ভাবোক্লা মৈতৈবোল-দ-মৈতৈরোল তাবক্কদৌগুম্বা লোলগী য়াওল অমা উবগুম তৌই। শিংথোল— মিংথোল রাবীগা চুনৈ। মীগীদ-য়েংন-থাংবা খোঙ-ফম্না রাবীগী মথরায় ওইবনা লামায় খুদিংনা, মশাগী রাখল নুঙাউনহুনা মশাগী ওইজবা অপূম্বা মীগী দমক্ত থাদোকপগী মপাউ মথং-মথং অমমম--লাচন্নিঁঙাই ওইবনা--লাচনবঙাক্লি। অদুনা থাদোকপবু 'থাদোকপা' থোনবদা করি অমুক খন্ননীঁঙাই লৈফম থোকই।

**সদানন্দ,**

মুঙাইবদ পান্নবা, নুঙাইবদ থিববা, নুঙাইবগী মখোঙ শে-

রান্নরা খঙবনা মুঙাইবা ঙমদ্রবা, মুঙাইবা কৌবা ফংদনা রানা খোঁঙাওননা পুনশি-খোঙলোইনবদনা মশিঙ্গাং ওইরবা জগত্তা দর্শন-না তাক্লিবা অরেপ্পা মুঙাইবগী অওইবা মখোঙ, অচুম্বা লম্বী তাকপা শকফমনি।

"সদানন্দ লাইরবা মচা অমনি," খোর্জেনা রাহৌই। রাহৌ অসিনা ভাবোক্তা করম য়ৈ? লাইরবা, লন-নংববু খঙ-নৈ। অহুনা, সদানন্দ লন নংবা মীনি খঁঙী। লন-নংবনা লন পাম্ফম থোকই উই। করিনা! জগৎ, মহাক মহাক্কী অরাংপা মপূং খ্বাই অতৈদগী হান্না, হেন্না মিতাই। ফংবা য়াবা পোৎ-লমদি লায়রহুনা ফংবা লৈররোইদোবা পোৎলম ফাওবা মিতা-দবা ঙমদবা জগৎনি। মশক রাৎপনা নীংথিবা শকফম ফংনিঁ-ঙাই লৈব্রা? লৈতে। অদুবু ফজবা শকফম মানা মিহোদবা ঙমদে--মিহৌই। অদুগুম, মপোক তোল্লবা মীনা ওইররোই-দোবা অফবা মপোক কল্লকই; মহৈ হৈত্রবা মীনা ঙম্মরোই-দোবা মহৈ পাম্মী। অদুনদি, লন-নংনা পোক্লবা সদানন্দনা লনদা মিতাদনিঁঙাই বরি লৈ! অদুবু মাদি, তাইবংপাল শেফাৎলবা হায়বহুরা, লন পামদে; চুম্নদ পামদবা নত্তে, মঙোন্দা মনম ফাওবা চঙদে।

মহাক্কী থবরুবা পূনশিগী অহানবা খোঙফম মাগী মরুপ ধর্ম্মা-নন্দগী মনাও লাইরিক তম্বীবনা হৌই। তম্বীমল থাদা

লুপা তরামঙা ফঁঙী। ফঁঙীবা শেনফম অসিদা 'ঐদি লুপা মঙারোমদমক লৈরগা ওকই' হায়দুনা মশাগী লুপা মঙাখক্ত মখাকই। অরেম্বনা মানা পীফম থোকই খনবা মফমদা পীথো-কই। মথংদা খুঞ্জা-মচাশিং তম্মী। 'ধর্মানন্দগী মনাও তম্বী-রিবমখে·····চানবা ওক্লি। ······ লৈকাইন। করিমতা পিবিত্র-বসু য়াগনি।' হায়দুনা মশাগী শেনগারম ককচগদৌবগী মহোৎনৈ। মমৈদা লৈবাক্কী অঙম্বা ওইরে; থাদা তলব লুপা চামঙা চারে। 'মহাক্তি·· ·· লুপা ২৫ দগী হেন্না শীজিন্নরমদে। অসিদগী মতু মধুগী তলবসু পিবিবনি।' থোর্জেনা ই। অহেনবা শেল লীশিনবশু নত্তে; মানা পীফম থোকই থোকই খনুবা মফমদা লোইনা য়েন্থোক্কই।

লল, নুঙাইবগী মকনি জগৎনা খঙমৈ। খঙনফম থোকই। করিনা? লন-নংবগীনা উনাগী থাংপোক, লল-লৈবগীনা নূংগী ফুবা দালাল; লন-নংবগীনা উনা শীংনা, লল-লৈবগীনা অহাউবা নীংথিবা পোৎলম; লন-নংবগীনা উকু, লশিংফি, লল-লৈবগীনা কব্রং-ফি; লন-নংবগীনা মশাগী মপাম্বোম অনিদ লল-লৈবগী-না পাম্বোম চামা চামা ····জগৎনা উই। লল য়াওদনা জগৎ কনা হিংবা ঙম্মী! লল লৈতনা জগৎ কনা পানবা ঙম্মী! ভীষ্মদেবগুম্বা জগৎ-রাংম লাল্লবা চীনবান্দগী ফাওবা তানৈ— 'মীওইবা ললগী মনাইনি; ······।' অসিগুম্বা ললনি।

অহুম্নদি ওইরবদা লল মশাদা অচৌবা অশোয়বা অমা লোয়চেন্নে। মখোঙ য়াওবনা মাবু জগৎনা খোঙনাইবা থোল্লী। লল, নোংমনা অমগীদা, নোংমা অমনা অমুক অমগীদা, অমুক নোংমা অমদনা তৈতে অমগীদা—পোত্থাবা লৈতে; কোয়রে লৈবদনা মাগী মথৌদাংনি। মাগী পোত্থাংফম, মাগী পোলেপফম কনানা খঙ্গনি, কনানা হায়রুগনি! ঙসি মুঙাইবা কোকথোংননা লাকই; হয়েংনা নম্বোননা মচৎথি। অদুনা মাগা কোন্নবা মুংঙাইবনা লৈতানিঁঙাই করি লৈ! মাবু অরেপ্পা মুঙাইবগী পংথৈ চল্লুনিঁঙাই করি লৈ! ননগা মরুপ্পবা মীগী ঙসিগী শঙ্গাই -মীনোক হয়েং খুদাং-পিফম্মা পোলোইররোই করি থাজনিঁঙাই লৈ!

লল অরাবা অহুম লোয়চেন্নে। মাবু পামলুরবা মীওইবনা অরাবা মরোল অহুমদু চাদনিঁঙাই লৈতে। মানা লাক্লি-ৎঙদা মাগী লম্বী য়েংবদা মপুম-থিত্তবা কনা লৈ! মানা লাক্লবদা খোঙনাইবনিনা নোংমা চথোকখিনি খনবদা থম্মোই-তথক্তবা কনা য়াওই! মাগী মশক উরবদা অথোইবা পাম্বনা থম্মোইকংদবা কনা লৈ!

লল, মাবু পামজবা থম্মোইগী লল-নংবা কোকপা ঙমরা? ঙমদে। ঙবাং লন-নংলম্বা মী ঙসি লল ফংলে। মাগী লননংবা কোকলবরা? কোক্তে। ঙবাংনা লল লৈতবনা লল নংথি,

ঙসিনা অথোইবা লল য়াৎপনা লল অতুম মনংঙী। হয়েং অথোইবা লনতু লাক্লবগুম অমুক অহেনবা লল লৈতবনা অতুম মনংগনি। জগৎ, লল ফংদ্রে ফংদনা ফংলে ফংনা, অতুম লল মনংঙী—মনংতুনত মরৈ—নংনা নংনা অতুম মপুনশি খোঙলোইনৈ। অতুনা লল লাইরবা কোকপা ঙমদে; লাইরবা কোকপা ঙমদবনা লল-লৈবা পোকপা ঙমদে। লাইববগুম লল নংঙী, য়ায়. ইনাক খুনবগুম লল নংঙী, য়ায়। তদূনা জগৎনা লল পায়বদগী ইনাক খুনবা মিথ্থেনরিবা কাওবু অসীগুম লাইরবা মথল অমনি হায়-বদা করি লাননিঁঙাই লৈরি। লাইরবা, মবূক থন্দবনা করি লৈতানিঁঙাই, মুঙাইনিঁঙাই লৈ।

লল, মালেম-পূংসিদা লৈঙোই-পূংগী মুংশা-তরংনি। মুংশা-তরংনা কৈদৌই। ঈশিংগী মশক মিত্রংনৈ; ঈচেল সাই। মাগী মিত্রংনবা ঈশিংনা ঈশিং-পাম্বা শজিবু মুমদোকই। শজি ঈথৌ-লাংবনা মাগী মায়ৈগেদা তমশিল্লী· খারৌ-লাইরৌ চেনবমখৈ চেল্লগা ঈফংনদনা কংনা য়ানা মথরায় থায়। ললসু তদূমঙাই। মালং-পূংসিদা মহাক্না মুঙাইবা মিত্রংনৈ; মুঙাইবদ পামলবা মীওইববু শুম্মী। মীওইবা মঙোন্দা মুঙাইবা শেরান্ননা তাল্লি। মখোঙ লান্না থিবগী হৌনশা ফংফম থোক্তবনা মুঙাইবদি ফংনদনা য়ানা খোঁঙাওননা পুনশি খোঙলোইনৈ।

লল, ললগী মরম অমা ওইরবসু লল-দ-লল হায়বহুদি

নত্তে। করিনা! মহাক পায়বা কনামত লল-নংদবা লৈতে। মহাক্না লল-দ-লল হায়বত্থু ওইরবদি মহাক্না লৈবা মফমদা ৱাত্তবা, পাদবা অমদি মদূগী মতুং ইনবা লৈতাবা নুঙাইবা ভুংদনিঁঙাই করি লৈ।

অদূদি লল-দ-লল করিনো? লল-লৈষনা কনানো? জ্ঞান, প্রজ্ঞান, বিজ্ঞানবু লন, লল-দ-লল কৌনৈ। করিনা! মখোয়গী মপু ওইরবা থম্মোইগী অৱাংপা লৈতে। করম্না? মখোয়গী, মখোয়-দগী মঙাল্না মালংগী মালংচৎ, পোংলমগী পোংলমচৎ, অরেপ্পা, লেঙদবা নুঙাইবগী শকফম তশেং-তশেং, তরং-তরং উবা ঙম্মী, খঙবা ঙম্মী। অদুনা অরেম্বা ৱাথলনা মহাকপু শুক্নত্তে। অরেম্বা পোংলম্না মহাকপু চিংবা ঙমদে। মহাক্না মখোয়গা তাউনা তিনৈ; কৈদৌঙৈদা, করিগুম্বদা মখোয়দা লুপশিল্লুবা লৈত্তে, থমদবা য়াদবা মরীদগী হেন্না থমদে। অদুনা মখোয়গী ঈথক চাদবনা অৱা-অনংনা ঈথক ঈপোম্নরবা জগত্তা লৈনা লৈনা ঈংনা, লৈক্তানা, লেঙদবা নুঙাইবগী মঙান লাংতুনা পাল্লি।

লল-লমচৎ মুন্না খঙলবা, লল-দ-ললগী মপু ওইরবা থম্মোই কনানা খোঙনাইবা, অরেপ্পা নুঙাইবা পীবা ঙমদ্রবা, অমরোম-দনা অৱাবা, অনংবদা মহাপশিল্লবা লল-সনা, লুপা, হি, য়াই অমদি মখোয়গী শক্লোল শেলদা অপাম্বা হাপলুনিঁঙাই করি লৈ!

জগৎ, করিগী ৱায় ? অপাম্বগীদমক্ত ৱায়। ফংনবদি ঙম্ব্রা ? ফংঙী কনানা হায়রুনি। শক্লাইদবা, মিকুপ খুদিং শকহোংবা অপাম্বনি। হৌজিক মশক অমা ওইনা লৈ, হোৱেল শকফম অমা ওইনা ফাওরকই ; হয়েংনা শকঙং অমা ওইনা লাকই। অপাম্বগী শক্তম খঙবা ঙমদনা জগৎ পুনশি-খোঙলোইবা ঙাক্লি। মঙোন্দা মিত্তাক্রুরবদা মাগী মিত্ৰংনা স্নুমত্থনা লোয়চেননদবা থম্মোই কনা লৈ ! মাগা থানবা ঙম্বা কনা লৈ ! মাগী শক্লোল চামনা কুঁড়াওনদবা কনা লৈ। শুক্রাচার্য্যগী শাপনা মতম চাদনা অহল ওইরবা যযাতি নিংখৌনা, মশাগী মথোক-কাবা মতম লোইনা নুঙাইহৌদবগী নীঁঙমদবনা শাপ কোকপীনবগী হন্না হন্না আচার্য্যদা হায়জরকপদা মহাক্না নুংশিবিরত্থনা 'শাপতি ভৌগ্রব-নিনা চাদনা কোকপা য়াররোই ; নংনা মথোক-কাবগী নুংঙাইবা মপেন্থ্লোদ্রবদি নচাশিং অয়াবা তমগী মথোক কাবা মতম ৱায়-জরু ; ঐ যোগশক্তিনা নঙোন্দা থংজিনবিগে ; অৱায়বা অত্থনা নুঙাইজৌ' তাকপিবদগী মচানিপা পূরুগী মথোক-কাবা মতম ৱায়ত্থনা অপাম অপাম্বা চাত্থনা নুঙাইরকপদা, চারগা কোকপা নাইদবা, চার-চারগা অহোই-অহোইননা নোংম-নোংমগী অপাম্বগী শক্লক্তনা মহেনগৎলকপা উবদা মমিৎ পাঙলক্তুনা হায়থিবা 'চার চারগা অহোই-অহোইননা চানীংবদ মহেনগৎপা, পেনবা কৌবা নাইদ্রবা অপাম্বনি' হায়বা ৱাফম্না অখণ্ড-অউ-শিংনা পাউরৌ-

নতুনা অপাম্বগী মখা পোন্দুনা রাবদ লঙজরবা জগত্তা অপাম্বগী শক্তম তাক্নবি; মাগী তশেংবা শক্তম উত্তুনা অরেপ্পা নুঙাইবগী মথোঙ, লম্বী উৎনরি।

নুঙাইবা, অপাম্বা লৈতবা অমদি অপাম্বা থাদোকপা ওম্বদনা যংঙী। অপাম্বগী মখা পোনবা থম্মোই কনানা কৈদৌঙৈদা করিগুম্বদা নুঙাইবা ফংবা ঙমদে।

দর্শন-না জগত্তা তাক্লি।

ঈহেল পাম্বা লৈত্রবা, মশাগী লৈজরিবা ফিভমদা লেঙদনা পেপ্তহনা লৈজববা সমুদ্রদদা ঈচেলগী শাগৈনা ঈহোক্লিনবদ মথং-বগুম, অপাম্বা লৈত্রবা, পেহৈল্লববা থম্মোইদদা নুঙাইবনা চেনশিল্লী, তুঁঙী। পাম্নাইবা থম্মোই কৈদৌঙৈদগু, কৈদৌন্নংদগু নুঙাইবা, লৈতাবা ফংদে।

দর্শনগী মঙাল-লাংবা খোর্জেনা অথঙবা ভাবোক্পীনা—কাউজনখীবা জগৎনিনা—নীংসংননিঁঙাই, অদুগা খঙদবা অমদি খঙদ্রিবগীনা মরৌশিং ওইনজতুনা নুঙাইবা মশক খঙনা পুনশি খোঙফম্নজনবা দর্শনগী মঙাল শকপান্দুনা সদানন্দ পুথোকপনি হায়রুবগী অমুক করি কান্ননিঁঙাই লৈরি!

অসীমস্ত অসি ওইবে। মথং করি অমা উৎলকই অমুক য়েংসি।

'......সদানন্দনা কলিকাতাদা... ..তমলিকৈদা মপা লৈতে'

খোর্জেনা পাউদম্মী। 'লুহোংবা মতুং থা অময়োম লৈরগ…
অরাবা অমুক তারম্মী। লুনা থমজরবী মমা ….. তাইবংপাল
থাদোকতুনা …… চৎখ্রে।' তমথে।

মপাগা মচাগগী মরী, মমাগা মচাগগী মরী অমুক করি
হায়রুনিঁঙাই লৈরি! মপা-মমা ওইবনা মচা ওইবগী মফমদা
তৌবা পান্দমনিঁঙাই লৈতবনা, মচা ওইবনা মখোয়গী লম্মন চাউনা
তোনমনবনা জগৎনা মখোয়গী মগুণবু শৈশক্লে— 'কোয়ৌ মানা
য়াংবরা! পম্হৌ মানা মরাংঙী। মাসেম মানা লুম্বরা। পলেম
মানা মরুম্মী।'

তসীগুম্লবা মপা-মমা কায়নবদা খোর্জেনা সদানন্দগী মচীন্দা
অরাবগী আঃ উঃ অমতা হাপ্লগু তৌদে; অদুগা মৌবানীবু হিংনা
থমতুনা সদানন্দনা য়ুমদা য়ুম অমগী মী অমা ওইনা থবক তৌ-
রকপদা মচা অমা ওইনা মপা মমা ওইবগী মফমদা তৌফম
থোকপা তৌহন্দুনা ভাবোক্তা ফিদম অমা পীবম্লু মহাক্না তৌবা
লৈতে।

জগৎ, মপা-মমা কায়নবদা রাদবা, কপ্তুবা লৈব্রা! লৈতে।
সদানন্দ জগৎনি। মহাক কপ্তুফম থোকপ্রা, রাদফম থোকপ্রা?
থোক্তে। অদুদি করিগী রাবা মতৌ উদে, কপ্পা মখোল তাদে!

জগত্তা লাকপা কনা হন্দবা লৈ! লোইনা হল্লি। খরদং

অকোন-অহালগী রাদনি। শোয়দনা থোক্লবা, থোক্লাদোবা, রাহূনা কপতুনশু মথোক্লগদৌবা ৎবক্কীদমক করি রারুনি ঙাই লৈ। হনখি হায়হূনা চাননা মমাঙখ্রববা? মাঙখিবস্থ নত্তে। থরায়না থরায়-মপূংদা, হকচাংনা হকচাং-মপূংদা তিনখিবদনি। ঙরাং পীক্না মাঙদা চৎলম্বা শকফম ঙসি চাউনা মাঙদা লেপ্প-দনি। করি কায়নবা লৈ! অমুক মহল্লক্ত্রবরা? হল্লক্তবশু লৈতে। ঙরাং মপা-মমা ওইনা চৎখিবা ঙসিনা মচা-মশু ওইনা অমুক মরাকই। করি থেংনদবা লৈ! মশক মওল্লরবরা? ওল্লবশু নত্তে, ফীজোন্দা মওল্লকপনি। করি থানবা লৈ! কায়-নবদ কায়নবা নত্তবা, উনদবদ উনদবা নত্তবা, থেংনদবদ থেংন-দবা নত্তবদা করি রারুনি ঙাই লৈ!

দর্শন-না করি তাক্লি?

পোল্লবদা শিবা, শিরবদা পোকপা শোয়দ্রবনি; শোয়দ্রবা থবক্কী দমক করি রারুনি ঙাই লৈ!

শিবা— হকচাংদগীনি; থরায়গী নত্তে। শিরগা পূম্মাঙ-মাঙখিবস্থ নত্তে; লৈব-পোৎলম্না মাঙবস্থ লৈতে; লৈতবনা লৈরকপস্থ লৈতে। শিবা— য়ূমহোংবদনি; হোংবদস্থ অনৌবা নত্তে। অঙাং-ওইবা হকচাং থাদোক্তুনা মথোক-কাবা হকচাংদা, মথোক-কাবা হকচাংদগীনা অহল ওইবা হকচাংদা, অমুক অহল-ওইবা হকচাং অদূ থনমহূনা অনৌবা হকচাং অমদা থরায়না

হোংবদনি। অফোনবগী য়ুম্নাং অসীদনা খরদং কানবা অদুগা অহা-বগী অতৈদনা কুংশিন্না থোকপা অদূদগী ৱানি। তন্তুনা থোক্লিবা, অনৌবা নত্তবা থম্মক্কীদমক জগৎকী পোমিৎ উনা চৎপা কনানা ৱারুনিঁডাই লৈ!

থৱায়— পোকপা নাইদ্রবা, শিবা হায়বা লৈত্রবা মহাক্নি; হুন্দবমুক্তীনা মরোইরনি, মতুংদা অমুক লাক্লয়োই হায়নীঁডাই লৈত্তবা মহাক্নি। মৈনা চাকপা ডমদ্রবা, ঈশিংনা পৎপা লৈত্রবা, মুংশিৎনা চুপ্পা য়াদ্রবা, খূৎলাইনা লোইশিনবা ডমদ্রবা মহাক্নি। অবিবশু মহাক্নি; লেডদবসু মহাক্নি; মালং-ঈথক-চাদবশু মহাক-তনি। লংলানা লীক্লাং পরেং পুবগুম জগৎ পুবা মহাক্নি। ঈপাক্কা, ঈপাক মাগী মশাদশু ঈপাক মানা কোল্লিবা লাইজ ঈরৗক খূদিংদশু, থক্কা থানবা- অতিয়ানা মিফাও-মিতম শান্নব-গুম জগৎ মাগী মশাদা, মাগী পোৎলম পুম্বদা মিফাও-মিতম্মনা শান্নবা মহাক্নি।

থৱায়-হকচাং অনীগী দর্শন-না তাক্লিবা অথুপ্পা মরোল নীং-থিনা খোঙ্গুল তারবা থম্মোই কনানা অৱাবগী মথা পোল্লুনিঁডাই লৈ! অসাগুম্বা নীংথিবা মরোল অসী থি-নজসন্নু হায়বগী খোর্জেনা সদানন্দগী মচান্দা অৱাবগী আঃ উঃ, মিৎলুদা মুডাই-তবগী পি হাপ্লুবনি খন্নদনিঙাই করি লৈ!

মথং অননা করি লাকই?

'····এম, এ পাশ তৌহুনা····সদানন্দ থুংলরে। মগুণ্না মী পুম্নমক্কী মিত্তা···মহাক লুখ্রাবী মচা ওইনা···· নত্তবগুম উরম্মী।' 'অসৌ অপিশক···অপুম্বনা সদানন্দদা মচা কৎকে হায়দুনা···মশা মশা লাকতুনা হাইজরে।' '···· মখোয়দগী হেনবা অঙম-অথৌগী মচানুপীশিংবু···মপা চাদে হাইনা···থম্লম্মী।···মখোয়গদি মপা চাবা অমস্থং লাইরবগী অৱা-অনা থংগদৌবা ইমুং য়েংহুনা···মুখরা···লৌগে হাইনা লেপ্লমলে।

খোর্জেজগী মরোল অসীনা ভাবোক্তা কবম পাললী? সদানন্দ মহৈ হৈরে: মীনা মাবু লুনা তৌনরে; অদূবু পিদোন্না হৌরকপা মহাক্কী পিদোনবা রাখল মহাক্না থাদোকপা লৈতে হায়বা উই।

নাপন্নরবা, নাপন্নগল্লবা জগৎনি। মশক ফজবনা মশক্কী, মপোক ফবনা মপোক্কী, মরল লৈবনা মরলগী নাপন্নজব জগৎনি। সদানন্দ মহৈ হৈরে: মহৈগী নাপন্দনিঁ ভাই করি লৈ! মাদি লাইরবা মচাগু মচানি, হেম্নবু নাপন্নিঁ ভাই মবম লৈ! করিনা। লাইরনা তোন্না হৌবা মীনা য়াইফ-মরুপ্নরক্লবা মতমদা কা হেন্না নাপজ্ঞগল্লি। অহুনা 'লাইরবনা শেল পাংবা, অতোনবনা চৈ-গাবা কনানা কোল্লুনি!' জগৎনা পাউ.রানৈ। অদূবু, সদানন্দ-দদি নাপল চঙদে।

মৈনা মকপনা করিগী ? মৈখুগী। কোরৌনা শিখনা করিগী ? লৈচিলগী। মক্লাইদ্রবা মৈঙাল, শিনাইদ্রবা কোরৌ মঙান্না মৈখু-লৈচিল লোয়চেন্নরুরগা শিথবগুম হুংগী মম্লাইদ্রবা মঙালগুম নাপল মরুপ্নরগা মমশিল্লী। মঙান্না মমথরক্লবদা মীওইখনা মাগী থবক্লবা পুনশি-থোঙফমদা থবক ভৌরকপা মতমদা মশাবু থবক্কী মরমনি কাউথোক্তুনা থবক মাগী মপুনি থল্লকই। অদূনা মহাক্না তৌরু-তৌরুবা থবক, মহাক্না চৎলু-চৎলুবা শাজৎ অনীগী মমিনা য়ৈরুনা থরায়গী মচু লাংঙী। রাহুনা উল্লবা হুমিৎ-না কৈদৌ-ঙৈদা মক্তবা লৈ! 'ইঙাল লৈবা ঐহাকনি' ঙানবা ঙম্বা! 'ইতীক লৈবা ঐহাকনি' মতীক ফুদোকপা ঙম্বা! ঙমদে। অদুগুম থরায় নাপলগী অমম্বা মমি লাংলবদা মাগী শাগোন্নরবা মঙীক-মঙাল ফুদোকপা ঙমদে। চুম্নর ফুদোকপা ঙমদবদ নত্তে, ফী-জোন্না, শকসেম্না মীওইবগী শক্তম ওনবগুম নাপন্নবা রাথল, নাপন্নবা থবক্না মহাক্কী শকওং শক্তম লাক শকহোং-শকহোং-নবা মালংনৈ। অদুনা দর্শন-না তাক্লি—

নীংদম্না চেঞ্জরবা থবক্কী ঈচেলবু ঈথিংতুনা পুনীবা মায়-গৈদা ঈথৈ পুনবা নাপন্নরবা থম্মোইনা থৌরাংঙী। যিংঙমদবা ঈচেন্নীনা ঈথিজনি থৌরাংঙবা থম্মোই ঈচেল-ঈনম চাদবা লৈতে। ঈয়ৈ-ঈচেল-চাবা নুংনা নুংফম মাগী কায়, নুংশক মাগী ওল, ঈচেলগা ঈরোয়-ঈরোয়ননা লেনবগুম নাপন্নবা থরায়

মহাকস্থ মখুভম তত্তনা কায়, মশক্তম তত্তনা ওল মালং-ঈথক-ঈপোম চা মালংনহুনত মরৈ··· ··।

নাপন্নরবা থম্মোই মশাদবু মরাচৈ; অতৈ অমবু মানা য়েংঙ্বা লৈতে। মানা মশাদা মঙাল হাপকে থৌরাংলকপদা মহাক্কী থৌবাংহুনা কোঙ্ক্লিকপদগী জগৎ কনা কনাগুম্বনা অমদি কয়া কয়ানা মহাক্কী মপাল-মচুম চাকুবশু য়াওবা য়াই। মহাক্না মশাগীদ ময়েংবা, মীগীদি য়েংনা চত্তবনিনা খোঙফম মতা চাকুবা খরনা নুঙাইকুরবস্থ জগৎ-মপুংনদি কান্নবা থোইনা ফংনদে। পান্দা জগৎকী সেবা ওইনা থোক্লবস্থ নুংদদি মশাগীদা ওইবনং উজাউ লুকক য়েং কোরৌ-লৈচিল লানশীংনরবা চীংজাউনা কৈদৌনোংদা চীংমায তূনা কোরৌ-মঙাল লাংবা ফংদবগুম মহাকস্থ লৈতাবা নুংঙাইবগী মঙাল মশা পুন্নাং-লাংবা ফংদে। নুঙাইবগী মহাউ খরদি খঁঙ্ মনীং থুংনা চাবদি ফংদ খৌবাংনা পুনশি খোঙ-লোইনৈ। উজ্জয়িনীগী মপু ভোজনিংথৌগী মঙগী ৱারী, ৱারী অসিদা লীবিবা—নোংমা ভোজনিংথৌনা মমঙদা সনানা, লুপানা, মণিনা, মুক্তানা হৈওইননা পাল্লবা হৈপাল অমা থেংনরুবদা হৈখোঙশঙবদগী জগৎপু নুংশিবা, জগৎকী-সেবা-তৌবশিংদগী দমক্ত লাইনা থাবনি খঙহুনা হৈহেক্কে তৌরুবদা হৈশঙবনা নহাক্তি হৈহেকপদি থম্লহুনা হৈখোঙ চঙবফাও য়াদে থিংলক-পদগী শাউবনা 'ঐহাক উজ্জয়িনীগী মপু ভোজনিংথৌনি সনজীংনা

নমঙানা কুমারীনা খুদানা, লাইজ-ঈপাক্লা খোঙহাম্না পাল্লিবী জম্বুদ্বীপনা য়াইফজরিবা ভোজ ইহাকথং নত্রা ? ঐগী সমুদ্র-পম্ভিং-ওক্লবা ইরল কনানা চাদুনা তুম্মী। ঐ নত্তনা হৈচাগদৌবা অতৈ কনা লৈ ?' হায়রকপদা হৈপান্নবনা 'ভোজনিংথৌ! জগৎকী মপুনা মীওইবা নখোয়গী নফমদা নহাক নহাক্লা পামজবা শকফম লৌহ্নুনা ঙাল্লী হায়বা কাউরবরা ? অরাপ্পদা লৈরিবা মন্দির অসিদা নংনা নহালমথৈ লাচ্চরিবদো কনানো খঙলুখো' হায়রকপদগী মহাক্লা মন্দিরদা জগৎকী শকফম লৈরমগনি নীং-বদগী থাজবা খোঙথাংনা চৎতুনা য়েংঙুবনদি মশাগী শকফম্না সনা-তাংবল মথক্তা রাংন-চাউনা লেপ্তুনা লৈরম্বা উরুহ্নুনা না-পন্নরবা মথম্মোই মশক খঙ নীঁঙমখিদবা—মরোম্না পাউরৌনহ্নুনা নাপন্নরবা পুনশি-খোঙফমগী পোলোই অখঙ-অউশিংনা জগন্না তাক্লি।

সুঙাই দ-সুঙাইবা পাম্নবা থম্মোই কনানা নাপলগা মরুপ্ন-রুগদৌবা লৈ! অদুনা দর্শন-না উৎলিবা সুঙাইবগী মখোঙ-মরম পাউদমজনীংলবা খোর্জেনা নাপল-ফীজোল ওঙ-ওইনরবা সদানন্দগী শকফম য়েকপনি হায়বদা করি থোইনা হেন্দোক্লিঁ-ঙাই লৈ!

অমুক অমনা খোর্জেনা করি উৎলি ?

থবক্লবা মীওইব-পুনশিদা থবক মফম অনীনি—অমনা

য়ুমনি, অদুগা অমনা লৈবাক্লি। অদুনা খোর্জেইনা সদানন্দবু য়ুমগী মী অমা ওইনা অমুক, অদুগা লৈবাক্কী মী অমা ওইনা অমুক ভাবোক্তা উৎলি।

য়ুমদা সদানন্দ য়ুমগী মপুনি। য়ুমগী মপু অমা ওইনা মহাক্না মহাক্কী শেগা থুম্ন শিংবু য়োকফম থোকই। অদুবু মহাক্তি মহাক্না য়োকফম থোকপী মুথরাবু য়োকপদি থম্লদুনা মহাক্কী মপান্দুম তাংডী- 'মুথরানা ফীরোল শাদুনা কৈথেন্দা······ হাকুরগা শেন্দোং থর থর যংলকপা নুমিত্তা · · · চাই, কংলক্তবা নুমিত্তা ব্রত কৎলি।'

মহাক্না মথৌ পুবা ওন্নবা করিমত্ত হোৎনদরা? মহোৎনৈ —'থবক থিবনি হায়না · · · · কোইচৎ মচৎলি।'

করিগী মহোৎনদুনতা মতোকই, যংননবা তানবা য়াদরা? লৈবাক্কী লোনচৎ অওম-অথৌ খনবা মাগা পামদে। ফঙ্গেনা মহায়রবদি মশানা পানজদ্রিবা লোনচৎ অদু মা চৎপা তাই। মদুদি মাদি তৌনীংদে—'মমান্নবা কয়ানা চাবা শেৎপা নিং-থুংন-থুংনমক থবক থিবনি হাইদুনা অওম-অথৌশিংগী মনাক্তা কুন্দুনা লৈনবা য়াম্না য়াওই। মদুদি সদানন্দদি · · · য়াম্না পামজরমদে। মাবু অওম অথৌ খন্নবা কনাগুম্বা মাবু নুংশিবশিংনা হায়রগা · · · · খুমদোকই—" · · · অওম অথৌনি · · · লৈরিবসি লৈবাক্কী মনাইনি। মতিক চাবা মীবু মখোয়না থবক হাপফম থোকই।

অতুদি নত্তনা মথোইদা থল্লব। মীবু মতিক চাই হায়রিবা অঙম অথোদি ঐহাক থঞ্জনীংদে'।

মহাক্না লৈবাক্কী লোনচৎ পামলুদবা অমদি চৎলুদবনা করি করি থোক্লরে? অমনা—মীনা মাবু মুংশিনদরে—'......অঙম্বা অমতনা মাবু য়েংনিংবা লৈরমদে।' অদুনা মহাক থবক ইন-থাং অমত ফংবা কৌবা লৈত্ররে-'.... সদানন্দনা ......থবক মচাসু অচৌবসু অমত্তা ফংলমদে' অতুগা অমুক অমনা—মুখরা নীংবা কায়রে, মরোল লোল্লক্লে--'.....ইপা ইমাগী ইচ্ছা অতুগা ঐগী ইচ্ছাসু ইপুরোইব। নংবু সেবা তৌরগা .....নপান চাজবনি। ... নংগী সেবা তৌবসু ঙমশল্লকত্রে। নপান চাগত্রা হাইবসু চরাসু নোংমা নোংমগী হেল্লে। অতুনা ঐ ইপামদা নোংমা নিনিদং লৈরুখিংগে ...।'

মুপী য়ুমনি। মুখরানা মথোঙ পাল্লবনিনা সদানন্দগী ময়ুম কায়বা তারে। মহাক্তি য়ুমগী মপু ওইবগী হৌনবা ময়ুম্না কায়গদৌবা উরবদা কন্নবা থোরাংদরা? থোরাংদে। করিগী? মহাক্কী ময়ুম কনবা তারবদা মহাক্না পামদ্রবা লৈবাক্কী লোনচৎ অঙম-অথো-খনবা তৌব' তাই। অদুনা মহাক্না ময়ুম কনবগী রাখল তৌরুদনা লায়না মুখরাবু থাদোরকই—'মতুনা নংগী মুঙাইবা ওইরবদি য়াম্ন কৈ, ঐ করিমত্তা হাইদে।'

য়ুম অমগী মপু ওইনা লৈবাক মমান্নবনা চৎপা লোনচৎ

চংজুনা অঙম-অথৌনচিংবা খল থবক ইনখাং অমা পান্নবা হোংনজুনা মহাক্না য়োকফম-কোনফম থোকপী মুখরাবু কোন্দূনা মযুম কায়দনা লিঙ্গেনা খন্দবা, লৈবাক্না চংলিবা লোনচং-তা তাজুনা মযুম লিঙ্গদৌবগী শরুকপুদি কায়জখরগা কায়জখিসনু মতাগুম মহাক্কী যুম হায়বদু ওইরিবী মুখর'না মখোঙ পাল্লরব-ফাওবদা কবিসু নাচুংদনা চংখিনবগী ময়াথং পীবা সদানন্দগী শকফম অসীনা খোর্জ্জেনা ভাবোক্তা কবি উৎকে থৌরাংলী?

থবক্লবা মীওইব-পুনশিনা ফিদম্নজনবা কর্ম্মযোগনা খোঙ-ফম্নবা পুনশি অমগী শকফম উৎপদনি। কর্ম্মযোগীশিংনা মরু ওইনা থবক করিগী তৌই? লোকসংগ্রহগী দমক তৌই। জগৎকী মশিং পাঙনবা অমদি হুণ্ডাই-বা য়াইফনবদ য়েংজুনা তৌবা থবকপু লোক-সংগ্রহ হায়রুবনি। লোকসংগ্রহগী দমক্ত থবক তৌবনা মখোয়না পোৎলম অনীদা মিৎয়েং কননা থম্মী। থবক্কী মশক অমা, অদূগা থবক্কী মওং অমা।

মীওইবগী পুনশি খোন্না চেল্লিবা থবক্কী ঈচেল ঈবোং অহুম্নি। অহুম অসিগী ঈনীং-ঈবোই অমত তিন্নদে। মখোয়গী ঈনীং যেংজুনা অখণ্ড-অউশিংনা মখোয়বু তোঙাল তোঙাল মিৎশ্রে-রম্মী। অমবুনা তৌহৈদবা, অমবুনা তৌরাইদৌবা, অদূগা অহুমগুবদূবুনা তৌগদৌবা থোক্লম্মী। অহানবগী পন্থে অনী অসিদা তাবা থবকশিং অমাঙবা অহুম অহুম লোয়চেন্নৈ।

মখোয়দা চঙ্‌বা মী, মীদ্‌গা থেংনরুবা মী, অনী অদ্‌না খুল্লিং-লুবা লৈবাক কায়দনীঁডাই, মাঙদনীঁডাই লৈতে। অদূনা কর্ম্ম-যোগীশিংনা পথ্মে অনীসিগী থবক কৈদৌনুংদা, করিগুম্বদা শোকলুদে।

মীওইবা মশাদা শাবূক, মীবূক, লাইবূক– লীচৎ অহুম লোয়-চৈন্নে। শাবূক অমদি শারমচৎকী মপূং ওইবা মতৌ মশাগী-য়েংবনি ; অদূগা লাইবূক অমদি লাইরমচৎকী মপূং ওইবনা মীগী-য়েংবনি। অনীগী শরুক থর-থরনা মীবূক অমদি মীরমচৎ ওই। অদ্‌না মসীদা মথক্কী লীচৎ অনীগী মশাগী য়েংবা, মীগী-য়েংবা--মতৌ অনীগী শরুক য়াওই। মরোল অমা ওইনা হায়-রুবগা মীবূক অমদি মীরমচৎকী মপূং ওইবা মতৌ মশাগীস্থ-য়েংব-মীগীস্থ-য়েংবনি। মরম অসী লৈবনা, মীওইবা শাবূক্না চাউরে লাইবূক্না পীক্লে শাগী মচু লৌই—মখোঙ-অনী-পানবা শা মথল অমা ওই, শারমদা কূম্মী ; অদ্‌গা লাইবূক্না হেন্লে, শাবূক্না ভারে লাইগী মঙাল ফংঙী, লাইরমদা চঁঙী, লাইগী থূভম কায়।

তৌহৈদবা পংথৈদা তাবা থবক মীওইবগী লাইরমচৎ হাৎলি। হূ্রানবা পংথৈ অসীদা তাবা থবকনি। মসীনা শিন-ফমরবা মীনা করি তৌই ? মীপোৎ লোঞ্জা-লোন্থুপ্নে। অদ্‌না

করি লাকই? মতম পুম্বদা অকি-অখংদগা শাগোম্নে। করিনা! মপুন্না খঙঙক্কদরা কি; মী অতৈনা উরক্কদরা থুকই। কিনাই-দবা থরায় অকি-অখং লোয়চেন্নবদগী মতিক-মঙাল মাঁঙী--মাগী লাইরমচৎ শি। শিনাইদবা কোরৌ মঙাল নিংথম-লৈচিলদা শিদবা লৈবরা! অমনা, মহাক্না করি তৌই? মী অতৈগী হিংনবিঁঙাই হাৎলি। হাৎপা অদ্না মরম্মতুনা মী অতৈদা মহাক্না অরাবা, অনংবনচিংবা কয়া কয়া পী। মদ্না মঙোন্দ করি লাকই? মশাদা লৈবা মীনুংশি মাঁঙী! মীনুংশি মরম-নিপান্নরবা লাইরমচৎকী মরম অমনি। মাসীনা শিবগা ঈরোই-ননা লাইরমচৎ শিথদনীঁঙাই করি লৈ! তস্নুন্না মরম মওং কয়াদা তৌহৈদবা পংথৈদা ভাবা থবক্না মীওইবগী মাঙনবা শীল্লি।

হূরানবা নুংশিবা ইখঙ মখঙদ্রবরা? খঁঙী। মমা মপা নুংশি, নুপী-অঙাং-নুংশি, মাগী ওইবশিং পূম্নমক নুংশি। মহাক্না মশাগী অমাঙবা কয়া কয়াগা লানশিংনতুনা তাল্লুরিবা পোৎলম মশাগীদ নত্তে, মখোয়গীস্নুনি থ্বাই পূম্নমক্না খঙনৈ। হূরানবদ নত্তে তৌহৈদবা থবক্না শিনফম্নরিবা, শিনফম্নরুব মীপূম খূদিং-মক হায়রিবা মীওংশিং অসীবুদি নুংশিদবা থরা তাঙনা মখোকই। মখোয়বু নুংশিদবা ঙম্বা কয়া কয়াগী মপাঙস্নু তায়। অদুবু পাক-চাউরবা জগৎ অসীদা হাইদোকতুনা য়েংঙকপদা য়াম্মন্দবনা

লৈত্তবগুম লোৎবদা পণ্ডকায় কায়দে! রত্নাকর-নারদ-মপাউদা তাকু রত্নাকরনা নারদদা হায়রকপা 'ঐনা নীংথিনা হায়রিঙৈদা নহাক্না নপোৎ-নচে লাম্হৌকহৌদ্রবদি নংগী ফত্তম করিমত লৈতে। করিনা! ঐ মচা অমা ওইনা অহল ওইরবা ইপা-ইমা অনী কোল্লি, য়ুমগী মপু অমা ওইনা ঐগী তালোয় শেল্লি, মপা অমা ওইনা মপাঙ্গল লৈত্রিবা ইচা পিশক পিশকশিং য়োল্লি; ঐনা নংবু নুংশিহ্নবা থাদোক্লবদা হায়রিবা পূম্নমক অসী চন্না হেনবা তাই, মদূদি ওইবা য়াদে। অদুনা ঐনা নংগী নপোৎ-নচৈগীদমক নথন্নায় ফাওবা হাৎপদা করিমত নাচুংবা তৌরোই' রাহৈনা হূরানবা খঙদে, তাকু খঙদে, তৌহৈদবা থবক্না শিন-ফম্নবা পূম্নমক মাগী ওইববুদি নুংশিবা ঙাক্লি হায়বা পাউরোনহ্ননা অথঙবশিংনা জগত্তা তাক্লি। অদূদি নুংশিবা খঙলিবা মখোয়গী মশাদা লাইবমচৎ লৈতে করি হায়রুনি ঙাই লৈ? লৈ হায়-নীঁঙাই লৈতে। করিনা! অসীদি তচাক্তত্ত লেংপানবা পূম্নমক্তা লৈবা লীচৎনি। শারম, চেক্রম, তীল্লম, পূম্নমক্তা লৈবা লীচৎনি; উরম-ব্রারম নারম-শীংলম ফাওবদা লৈবা, লৈতব য়াত্রবা শাজৎনি। অদুনা নুপী-অঙাংনচিংবা মাগী ওইবশিংবু নুংশিবা থম্মোইদা লাইরমচৎ মীনুংশি লৈ হায়রুবগী করি কান্ননীঁঙাই লৈরি!

হূরানবনা চিংবদা মীনুংশি ইরৈ মরৈত্রবদা পূন্নাগ্না করিগী মুভক্ত পুথোকই, উপন্যাসনা করিগী দেবী চৌধুরাণী উৎলি অদুগা

অযোধ্যা-প্রদেশনা করিগী রাধা কুঞ্জরী পোকই! সুভক্ত হূরাল্লী, জগৎকী থরায় পূম্নমকপু মুংশি—মথরায়দগী হেন্না মুংশি, মশানা চাগদৌবা মথোয়দা য়েংম্বাকই। দেবী চৌধুরাণী হূরাল্লী লূট তৌই; অফংবনা জগৎ য়োক্লে, জগৎপু মচাদৌনা মুংশি, মচা-মক্লি থল্লী; জগৎ মাগী লক্ষ্মী য়েংহনা লৈ, ইমা ইমা পেননা কৌজ। রাধা হূরাল্লী, লূট তৌই, মী হাৎলী; জগৎ য়োকই; জগৎনা মমানি নীংলৈ; 'ইমা ইমা' ফীজি য়াম্লে। মীমুংশি লৈতে, মথোয়গী মশাদা লাইবমচৎ য়াওদে করি হায়নীঙাই লৈ!

সুভক্ত-নিস্বর্মানি; ধবরবা ভগৎ মাগী মথৌ লৈত্রবনি। করিনা? মহাক্কি জগত্তা লৈনা লৈনা জগৎ উদ্রবা ব্রহ্মদা মউববা থরায়নি। মঙোন্দদি থবকসু ব্রহ্মনি, থবক তৌবসু ব্রহ্মনি, থবক-তৌরিবসু ব্রহ্মনি অদুগা থবক তদু লৌরিবসু ব্রহ্মনি। অদুনা মাগীদি মহাক্কী মপুন্নশিগী যজ্ঞ হায়বদি থোকোন্নবা পুনশিদা থৌসু ব্রহ্মনি; থৌ তৌবসু ব্রহ্মনি, থৌবুসু ব্রহ্মনি, থৌ লৌবি-বসু ব্রহ্মনি। ব্রহ্মদনা তৌথিবা, ব্রহ্মদনা ওইখিবনা মহাক্না থবক তৌনা তৌনা থবক্কা মরী লৈনদে, থবক তৌদে। মহাক্না ওইরিবা হায়ববু মহাক ব্রহ্ম মুংশি, ব্রহ্ম নীঁঙি, ব্রহ্ম উই, ব্রহ্মগী মশক্কি—জগত্তা লৈনা লৈনা জগৎকী রাংমদনি। সুভক্ত করিগুম্বা থবক অমত তৌদে। তৌদবনা কনা অমতগী মপোৎ লোঙ্গা লোম্থুপ্লবা তৌরুবা লৈতে।

দেবী চৌধুরাণী—নোংচুপনা মরল হূপ্পা মুনবিথ্রবী, চায়াম পোকপী, মপাঙ্গল চাউরবা মচাগী কাঙলুপ্পদি অমম্বা ঐ:গী মকম থুপ মপাংখোমগী পাঙ্গন্না, মরৌশিংনা তানবা পূন্নমক লোম্ফূপ্পনা থম, মপাঙ্গল লৈত্রিবা মবোয়-মনাউশিংবু হন্না য়েংঙুবা লৈতনা মবুক মবুক্কীদ য়েংখি, মচা মপাঙ্গল-লৈতবা অমদি লৈত্রিবশিংগী দমক্তা থারৌ-লাইরৌ খঙদনা চেল মচীঞ্জাক তাল্লবী ভারত মাতাগী শক্তম ঋষি বঙ্কিমনা যেকথোক্লুনা মমাগী অরাবা ফী-ভম মচাশিং অতৈদা উৎপদনি। মুনখ্রিবা ভারতকী লন-থুম পাঙ্গল লৈরগা লাম্বা ভৌহুনা, লৈত্রগা লৌশিংনা পাম্বৈনহুনা হজিহ্নৌনবা তাকপদনি। ভারতনা মপাঙ্গল শোল্লবনিনা ইপোৎ মুংখে্র হায়হুনা পাকবা ঙম্মোইদৌবনিনা অবোনবা, অথুপ্পা লম্বী উৎপদনি; মীপোৎ নত্তে, ইপোৎনি অবোনবা লম্বীনা লোঙ্গানবা থোক্লোই; পানগী জগৎকী হিংনীঁঙাই লনী তিঙথংবু তিঙথংনা হনবা, লৌনম্বু লৌনম্না থৎপনি লাউবদনি। মীপোৎ লামলুবা নত্তনা ইপোৎ হজিন্নবা হোৎনবা হূবানবগী পঙ্খেদা কবি তানিং-ঙাই লৈ! অদূনা দেবা চৌধুবাণীনা চৎলিবা লোঙ্গানবা শাজৎ জগৎকী চৎননীঁঙাই ওইহুনা চৎলিবা শাজৎকী পঙ্খেদা তাবা শাজৎনি।

রাধা কুঞ্জরী-দেবী চৌধুবাণীনা চেগী থোর্জেগী শক্তম, অদুগা রাধা কুঞ্জরীনা লুগী তোংগী শক্তম—অদূদনি। নোংচুপকী

মহাকথংদগী ভারত মকু হুরে। ভারত মচা চরা হেল্লে। মচীল মনাও মুংশিবা খঙদবা ময়াম্বা সাবা পুম্নমক্না মরল মুল্লিবা নোংচুপকী মখোঙ চুপখ্রে। মপাঙ্গল লৈতবা অতৈদি কংলগদ্রা? কুঞ্জরী চোংথোক্লে—মাগী ঙমজবা শক্তিনা মুনখিবা মরল হঙ্গিন-হুনা চরা হেল্লবা মচীল-মনাও য়োক্লে। অসীদা, মাগী লোঞ্জা-নবা শাজৎ হুরানবগী পংথৈদা তানীঁঙাই করি লৈ!

সুভক্ত হুরানদে দেবী চৌধুবাণী, রাধা কুঞ্জরীগী থোৎং হুরানবা নত্তে। মীমুংশিদগী মফম, মতম, মওং য়েংহুনা তৌফম থোকপা তৌবদনি। অদূনা তৌগদৌবা পংথৈদা তাবা থবক ঙাক্লি। হুরানবনা শিনফম্নবা ওইরবদি মথোয়দা মীমুংশি লৈরোইদৌবনি।

অমনা—

জগৎ-সিদা মশা মশাদনা মশা মশাগী অরায়বা খুমুক ওইবা পোৎলম খরা থৌরম খরা লৈ। মশা মশা নত্তবা খুমুক অতৈ লৈত্রে হায়বদি নত্তে। মশা মশা অদূনা মখোয়বু কন্ন-দ্রবা, খুমুক অতৈহু লাম্মুবা তারবদা অকায়বনা মাঙজৌনরকপনা হাল্লী—হানগল্লী। লম্মৈগী মতীঙ লম্মৈনা থোকই, হুগী মৈচাক হূনা কোক্‌কই, তিঙথংগী চৈনা তিঙথংনা কল্লী। অদুগুম মীগী মরৌ মীগী মরৌনা ঙম্মী। অদূনা লম্মৈনা তাল্লগা লম্মৈনা ওক্লে;

হ্না কারগা হ্না মূংনৈ ; তিঙথংনা য়ুবগা তিঙথংনা হন্নৈ ; মরৌ উরগা মরৌনা থিংনৈ। করিনা? থুমুক অতৈ ভাইনরিঙৈদা অমাঙবনা হাঞ্জিল্লক্নদৌবা য়াম্না লৈ। মসীদা অউবা থম্মোইগা উদবগা রাখন্দা, মিংয়েংদা খেন্নবা অমতং লৈ। 'লৈম্নেনা তানবা' হায়বা থবক অদুনা 'লম্মেনা ওকপা' হায়বা থবক অদু পোক-চবনি ; থবক্না থবক অতুম পোকচবনি অউবা কাঙলুপ্পা উনৈ। অদুগা লম্মেনা তানবগী থবক তৌরকপনা মথেংয় মশানা লম্মেনা ওকপগী থবক অদু তৌরুবনি ; থোক্লক্লিবা থবক্কী মতীকচাবা থবক মথোয়না তৌরুবনি উদবা কাঙলুপ্পা নীংনৈ। মাঙগী কাঙ-লুপ্পা থবক্তা থবকপু কথোকথিবনা থোক্লিবা থবক্কা মশাগা মরী লৈনা লৈনদে। নুংশিৎ— মহাকথংগী উজ্জাও কয়া তুই। মঙোন্দা শোকপা কায়বা লৈবরা? লৈতে। মহাক্কী মতেংনা খোঙবান্দবা হৈপাল-লৈপাল, উপাল-রাপাল কয়া কয়ানা মাংলেম কোঙ্গায় শন্না শাগে তানৈ। মঙোন্দা অদুনা করি ওই? করিস্ত ওইদে। মহাক্না মরম্মতুনা থোক্লিবা থবক থোরম পূম্বনা মাগী মশাগী ফীভমদা করি পানবা লৈ? করিস্ত লৈতে। অদুগুম অউবা কাঙলুপ মথোয়না মরম্মতুনা পোক্লিবা থবক্কা, থবক মহাক্কী মরু উবনা, করিমত শোকপা পনবা নাইদে। উদবা কাঙলুপ, থবক্কী পোকফম মশানি অমদি মহাক্না পোকপনি উবনা থবক্না অদুম লোয়চৈন্নে। করিনা! ঐংগী হায়বা রাখল অদুনা নীংদম্বনা মাবুদি য়েংবিদবা, মাগী ওইফম থোকপদ ওইরিবা থবক্কী য়াওল,

থবক্কী শায়োল মথৱায়না কোয়িন ইমৈ—মনীং থুংডুৱে মুঙাই, থুংডুদ্রে কপ্পী। অৱা-মুঙাইবগী শক্তম অদুদ উহনা, খন্দুনা, নীংহনা লৈখিবনা মখোয় মখোয়বু মপুং ওইনা পুৱিবা শক্তম অদুনা মখোয় মখোয়গী শক্তম লাকই। উচিখোইগী মথয়াং তারবা, মাগী মকোল চল্লবা নিনা করি ওই? উচিখোই ওই। করিগী? মানা কিবা, মানা থুকপা, মানা খনবা, মানা নীংবা, মানা উবা কনানো? উচিখোইনি---উচিখোইদনি। অদুনা মহাক্না মি মহাক্কী মশক্তম মাওহনা উচিখোই ওই। অদুগুম উদবা, থবক্তা ঐঃ হাপ্পা থম্মোই থবক অদুনা চেন্নৈ—মশক্তম লাকই।

পুনশি-খোঙফম্না দুর্য্যোধনগী অধর্ম্ম রাজ্যদা তারবা দ্রোণ-না, দুর্য্যোধনগী মচেং চারুবনা মাগী চেংমল শিংদবা য়াদবদগী মাগী লৈবাক কন্নবগী হোৎনবদনা মথৌ ওইবনা, কন্ননিঙাই মরৌ কয়ানা অধর্ম্মগী অরাম্বা পুবা ওমত্রবী ভারত্তা ধর্ম্মরাজ্য সেমগদৌবগী থৌরাংলিবা ভগবান বাসুদেবগী থৌরমদা শৌ মথং মথং থারককপা—ভগবান-না মরৌনা নত্তনা লম্বী অতৈনা মহাকপু ঙম্বা তাল্লবদি ধর্ম্মরাজ্য লিঙ্খৎপগী মরমদা নুমিৎ মুমিৎ খূনিংনা অকায়বা কোঙায় কোঙায় পুবকপা তারে উহনা, অশ্বত্থামা কৌবা শামু তুষদা মহাকপু ঙম্মৌনবা লম্বী অমা উরহনা 'অশ্বত্থামা শিরে' পাউজেল্লকপা---রাফম অদু তাবদা 'ইচাদি শিফম খোক্তে,

অদুমকপু মীনা মহায়নরবনিনা অচুম্বা লম্বীদনা মপুনশি-খোড-যম্নরবা যুবিষ্ঠিরগী মরাদদি তারুহুনা অরেপ্পা অমতং খণ্ডদোক-পনা চুম্মী' যুধিষ্ঠিরদা রাহংবা লাকপা---অদূ উবদা ভগবান-না নিংথৌদা 'অশ্বত্থামা শিরে' খুম্মু হায়বকপা---মহাক্লদি মীনম্বা শক-খণ্ডনদবনা খুম্মু য়ারক্তুবদা "অশ্বত্থামা শিরে-না লাউনা হায়য়ু, অদুগা শামুনিনা তপ্পা তাউ; হায়দবা য়াদ্রবনি" তক-শিল্লকপা--হায়দবা ঙমফম থোক্তবনা, গুরুনা হংবদা "চুম্মী অশ্ব-খামা শিরে--শামুনি" খুমথিবা--হায়য়ু ইঙ্গিনবা ভগবান-না মরৌনা মরৌ পোকচবনি উবনা থোক্লিবা থৌরম্না পান্দবা—হায়দবা ঙমদহুনা হায়করিবা যুবিষ্ঠিরনা মদূ উদবনা লোয়চেন্নহুনা নবক য়েংবা—মহাভাবতকী রারী মতাং অসীনা মফম, মতম, মওং অদুগা থবক্কী লীচৎ খণ্ডনা অমদি জগৎকী মশক ওইববা জনার্দ্দনগী সেবাগী দমক হায়বদি ঈশ্বরনা সেম্লবা জগৎকী যাই-ফনবগীমক্ত নীংহুনা থবক পায়রিবসীং থবক্লা কবিগুম্বদা কৈদৌ-নুংদা চেন্নদে হায়বা তাক্লি!

অদুনা দেবী চৌধুরাণীনা উৎলিবা ফিদম অদুগা কুঞ্জবীনা থাংলিবা খোঙযম মফম, মতম, মওংগা চূনব মওংনি অমুক হায়রুবগী থোইদোকপা কান্ননিংঙাই লৈত্রে।

হূরানবা মশাগী মীরম্লেল, লাইরম্লেল অনীমক ককচহুনা মশাবু শারম্লেন্দা চিংশিঞ্জে, মশাগী মাঙননবা শীঞ্জে। অদুনা

লোইরববা ? লোইদে। মাগা তাইনরুবা, থেংনরুবা মী পুন্নমক্কী-মক নত্রবস্থু অয়াম্বগীদি অমাঙলম কয়া কয়া শীল্লি ! মাগা চান্নরুবা মীগীনা মাগীদোনা, শাবুক হৌই, করিনা ! মাগী শাবুক্লা অমত্তুগী শাবুক হৌদোকই। মানা তারুবা মীগীনা মথক্লায় হিংনিংঙাই মপোৎ-মরল মাঁঙী। মদুগা ঈবোয়-ঈবোয়না পূক্লিংগী লৈতাবা মাঁঙী ; অশাউবা মুঙাইতবগা মরুপ্নে ; অমগা অমগা থাজননা নীংননা পান্মিন্নদবা মাদ্রবা মীওইব জগত্তা থাজবা ৱাৎপা, নীংবা ঙমদবা পূক্লিংগী য়াওল অমা লাকই। অদুনা অপুনবা খোঙফমদনা অমদি পুকচেল-খোয়জেল তিন্নবদনা মুঙাইবা ফংনরবা জগত্তা অকায়বা চঁঙী। হৌবানবগা মাগা থেং-নরুবা-তাইনরুবা মীওংশিংগগী মরীদা খোল্লিবা থোঙং উবদা জগৎ বিনৈ, থুক্লৈ অমদি তথক্লৈ। অদুনা জগৎক্কী লৈতাবা নে-তানা পানবগী মরীদা শোগী শো ঙাক্ত মঙাই।

হৌহৈদবা থবক্লা জগত্তা অমাঙবা অহুম পীবগুম তৌরোই-দোবা থবক্সু অহুম মপী। চীবোল অকোনবগী অসীদা তাবা থবকনি। চীরোন্না কবি পাম্মী ? মশাগী ওইজবা পাম্মী। অদুনদি চীরোল-মরুপ্পবা মী কনা নীঁঙি ? ঐঃ নীঁঙি। মহাক্কী ঐঃনা চীবোল-চৎপা মীগী ঐঃ হৌদোকই। অদুনা অমুক জগৎ ঙৈগী ঐঃ মিকপ থোক্লৈ। মঙান্না অরংবদা য়ৈরগা করি তৌই ? মঙাল মথাং অমা লোকই। পোল্লিবা অদুনা

অতৈ পোৎলমদা পাল্লী! ঐঃনা মপুং ওইবা জগৎসিদস্তু অমগী ঐঃগী মঙাল্লা অমগী ঐঃদা অমুক অমত্তুগীনা অতৈ অমগীদা অহুম মথং মথং মপান্নৈ। ঐঃ অহুম চোংথোরকপগা ঈরোয়ননা নঙ, মা চোংথোরকই; জগৎ ঐঃ, নঙঃ মাঃ অহুম্না মুন্নৈ। অহুম অসিগী অতৎপা-নাইত্রবা খোঙ্গেংদা জগৎ ঈরাং হৌই—হৌহুনত লৈ। অপূনবা খোঙফমদনা অমদি পূকচেল-খোয়জেল তিন্নবদনা থক্তস্তু খাদস্তু মুঙাইবা যংনৌ তম্নম্নবা জগত্তা থাইবুং থাইবুংদ ত্তৌনা খোঙ্গেংদ তত্তনা হানরবদা করি ওইফম থোকই? অমগীস্তু ময়ামগীস্থ মাঙদনীঁঙাই কবি লৈ!

অদুনা খোর্জেনা কর্মযোগীগী শকফম সদানন্দদা মিৎয়েং লান্না পুন্‌শি-খোঙফম্নবা অঙম-অথৌশিংবু খননিংদব', অরাম্বা কোঙ্গায় পুহুনস্তু মথোয়গী মমি-ফাওবা শোকনীংদবা পূকচেল হাপ্লুবনি।

থবক্কী মশক য়েংলিঙৈদা সদানন্দনা য়ুম অমগী মপূ ওইনা য়ুম পুবা ঙমদবা, ঙমদবা অদূনা মরম্নহুনা মহাক্না কনফম থোকপা ময়ুম্না কায়বা তারফাওবদা নাচুংবা লৈতবা, নাচুংদবদ নত্তনা কায়জসনু মতাগুম থাদোকতুনা কায়বা—অসীনা য়ুমগী মপু ওইরিবা সদানন্দগী ধর্ম্ম অমা কায়বা থোক্লিরবরা? থোকই—ধর্ম্ম কায়। কায়বদি কায়রগা জগৎকী নুংঙাইরমদা য়ুমগী নুংঙাইরম কথোকপদনি। অচৌবা ধর্ম্ম অমগীদমক ধর্ম্ম মচা

মচা থাদোকপদা পান্দা ধর্ম্ম বায়না উববস্থু মুংদদি, তচৌবা ধর্ম্ম অদগী মশাদা মচা মচাশিং অদ অহুম মম্বাউবনা, কায়বা লৈতে হায়রুবদা লার্নিঙাই করিমতা লৈতে। সদানন্দ—মুখয়াগী মুঙাইরমদি য়ানবা ঙমদ্রে, জগৎকী মুঙাইরমদি শীল্লী। করিনা! ঐঃদা মমিং-থক্সরবা অঙম-অথৌ, লৈবাক্কী মমিং উননবা থৌ-রাংলী। অদূনা জগৎকী সেবা তৌরি। মহাক্কী শেগা থুগ্নী মহাক্কী মযুম ওইরিবী মুখয়া জগৎকী অমনি। অদূনা মহাক্কী মুঙাইরম সদানন্দনা শীন্দবা কবি লৈ!

ভগবান-না অর্জ্জুনদা তাকপীথিবা 'ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্তুনা ঐদবু নীঁঙু. ঐহাক্না নংগী পাপ পুম্নমক কোকপীগনি ...... হায়বা য়াথংনা অচৌবা মরম অমগী দমক মবম মচা মচা তুং-ওইনবদা দোষ লৈতে হায়বা জগত্তা তাক্লি।

অদূনা থোর্জ্জেনা যুমগী মপু অমা ওইনা মযুম থৌওই-দবা সদানন্দগী শকফম য়েকলুবদনি। থবক্না পুনশি-খোঙফম্মবা মীওইবনা থবক্কী মশক খঙনা, থবক্কী মওং য়েংনা, জগৎকী ঈরাংদা তাদনা থবক পায়গদৌবনি হায়বা দর্শনগী মপাউ সদানন্দগী খোঙফম্না উৎলুবদনি হায়বা খঙদনীঁঙাই করি লৈ!

লৈবাক্তা লৈবাক্কী মী অমা ওইনা থোর্জ্জেনা য়েক্লিবা সদা-নন্দগী শকফন নীংথিজৈ। লাইরিক হৈবদ নত্তনা লাইস্নু খঙলবা

নিপা ওইবা অমনা লৈবাক্তা পুনশি করম খোঙফমৈ অমদি খোঙফম্মনিংঙাই ওই হায়বা মপূং ফানা মহাক্না উৎলি।

চীবোল-ঙমদাইনবা অমদি ঙমদাইনগনবা জগৎনি। মশাগী ব্রাখন্না মাঙওইনবা অমদি মাঙওইনগনবা জগৎনি। মতীক শেরান্ননা ফুদোকপা অমদি ফুদোক্নগনবা জগৎনি। তদূনা সদানন্দগী লৈবাকস্মু খোর্জেজনা অহুম চপচানা মম্মেবই। মথক্তা মতাং অমদা পনখ্রবা সদানন্দগী '......মখোইদা খল্লবা মীবু মতিক চাই হায়বিবা অঙম অথোদি ঐহাক খঞ্জনিংদে' হায়বা ব্রাহৈ, সদানন্দবু ফম পীরমদাইদা নিংথৌনা হায়রকপা '......নংবু হাপ্লগে, নং প্রণামী কয়া কৎকনি?' হায়বা ব্রাহংনচিংবা খোর্জেজগী পাউদম কয়ানা সদানন্দনা পোকলুরিবা মরৈবাক্কী মচু তশেং তশেংনা উৎলি। লৈবাক অহুদা চীরোল মখোঙ পাল্লী হায়বা খঙনৈ; অচাউরমদ কানৈ হায়বা উনৈ; লৈবাক-কোকথোংনবিবা, থাদবগে-লোকখাদা-থাংগৎলগে-চীংদোন্দ-ঙম্লিবা নিংথৌ তদূমক অবোল্লমগা নত্তনা অফোংবমদা শেঞ্জাহুনত ফম হাপ্পী ছায়বা ফোঙনৈ।

অসীগুম্লবা লৈথা তারবা লৈবাক অমবু চিংখৎতুনা য়াইফরমদা পুবা তারবা নীপা অমনা অরাকম কয়া পুবা তাই। অদুনা সদানন্দগী মপুনশি-খোঙফম অরাবদগা তাইয়োম্মে।

মহাকপু অঙম অথৌ কনা অমতনা নুংশিনদে হায়বা খোর্জেনা '...... অঙম্বা অমত্তনা মাবু য়েংনিংবা নৈরমদে' হায়বা রাহৈনা তাক্লি; মহাক থবক ইনথাং অমত ফংলমদে হায়বসু মহাক্না ,... · সদানন্দনা .... থবক মচাসু অ'চৌবসু অমত্তা ফংলমদে' হায়বা মপাউনা অহুম মতম্মী। মহাকপু মীনা নুংশিনদবা, নুং-শিনদবহুনা মরম্মহুনা থবক-ইনথাং অমত ফংদবা, ফংদবা অদূনা অমুক মরম্মহুনা ময়ুমদা য়ুমগী মপু অমা ওইনা মথৌ পুবা ঙম্মক্তবা, মদূনা তারকপনা মহাক্না ময়ুম ওইরিবী মুথরাগী নীংব-কায়বা মতুং ইনবা ময়ুম্মা মখোঙ পাল্লকপনচিংবা মহাক্না '......ইপা ইমাগী ইচ্ছা অহৃগা ঐগী ইচ্ছাসু ইপুবোইবা নংবু সেবা তৌরগা নহাক্কী নপান চাজবনি। নপান চাগত্রা হায়ববু চরাসু নোংমা নোংমগী হেল্লে। অতুনা ঐ ইপামদা নোংমা নিনিদং লৈকখিগে হাইববু করি হাইগে ইবুঙেডা?' হাযবা মুথবাগী মপাউনা অহুম মতমথৈ। লৈবাক্কী লোনচং—অঙম-অথৌ খন্নবা, শেন-থুম পীজ-নহুনা ফম ফংনবনা তৌবোইদৌবা থবক্কী পথ্মেদা তাবা থবক্লি খঙবা অদূগা লৈবাক্কী লোনচং অদু চত্তনদি ময়ুম পানবা মাররোই, অমরোমদনা লোনচং অদু চংতুনা য়ুমগী নুঙাইনবা হোৎনবগা মদু থুগাইহুনা লৈবাক্কী য়াইফনবা তৌবগা—অনী-সীদা অকোনবগীদা লৈবাক্কী মী অমা ওইনা তৌফম থোকপা অচৌবা থবক্লি খঙবদগী য়ুমবু লৈবাক্তা কথোক্লগে নীংহুনা মখোঙ

পাল্লবী মুখবাবু মহাক্না 'মতুনা নংগী নুঙভাইবা ওইরবদি য়াম্না ফৈ, ঐ কবিমতা হায়দে' হায়না থাইন-পাউথারকপস্তু খোর্জ্জেনা অতুম মতম্লী। মুখরা মপাম চৎখ্রে; সদানন্দগী ময়ম ক্লায়রে।

লৈবাক্কী লোনচৎ হাইরপ্না চৎপদা ময়ুমদস্তু নুংশাইনগদৌবিবা মরৈবাক্কস্তু য়াইফগদৌবিবা সদানন্দ লোনচৎতুদা থুগাইতুনা লৈবাকপু য়াইফবমদা পুগে নীঙবনা নুঙশাইবস্তু যাইফবস্তু অনীমক মহাক্কী তৌফম থোকপা তৌগদৌবা থবক্তা কথোক্লুনা অন্নাবা অনংবা কোকথোং-নম্বোনতুনা লৈরে। অচুম্বদা মথন্নায়, মহকচাং, মবুন্নিং লোইনা কৎতুনা মহাক্কী থৌজাল ভাইতুনা লৈরে।

মৈবু ফিদা কুপ্পা য়াবরা! অঙানববু অমম্বনা থিংবা ভম্বরা! সদানন্দগী মতীক মঙাল তপ্না তপ্না ফুদোরক্লে। করিগী ফুদোকতনিঙভাই লৈ? অচুম্বনা পাহেল্লোবা অপৈবনা মাঙখিবা জগৎকী লীচৎনি। 'পাপকী জয়না মাঙজীন্দা ধর্ম্ম-গীনা মনীংদা, জগৎনা অদূনা পান্ডরৌনৈ।

ছন্দোরকপা নুমিৎ মঙাল অহানবা কৈদা য়ৈ? অরাংবা চীংদোন্দা য়ৈ। মথং কৈদা তাই? ভমথং ওইবা উতোল-রাতোলদা তাই। কারক-কাবক্লগা মালেম-লৈমায় ভাল্লকই· কাদকারগা নোংথক-নোংথা তূনা ভাল্লী—পূমঙাল ভাল্লী। অদুগুম সদানন্দগী অচুম্বগী মঙাল অহানবা মীবুক-পানবা, মশাগীস্তু-

মীগীস্থ-য়েংন-চৎপা ধর্ম্মানন্দদা হান্না য়ৈরে। 'খংদে, সদা, নংগী লাইধক অসে। থবক····· মচা মশু ফাওবা তমতা ফংদে।' 'ঐখোইগী ইনাও মুপা · যুমদা লাইবিক থর·····তাকপিযু। থাদা লুপা তরামণ্ডা তরামণ্ডাদং পীগে, অতু ওইরবদি নংগী চাব-দদি কোন্নবা য়াই।' হাযনা মহাক্লা সদানন্দগী লৈবাক-লোনচৎ-খোঙগ্রেংনবা মপুন্সিগী খোঙথাফম অমা পীববে। অকাবা হুমিৎনা চীংদোন্দগী উতোল-ৱাতোল য়ৈবকপগুম মাগী মখুঞ্জাদা মহাক্কী মঙাল য়ৈরকলে। 'লৈকাই ময়াম' সদানন্দগী কথি তৌরগা মতেং পাংবা ঙমগদগে · · · · থন্নবক্লে।' "মী অমনিনা হোৎনহুনা লৈকাই ময়াম নোংমদি তিন্নবে। · · · · অহল অমনা ময়ামদা · · · হাইবকই— ' · · · · · সদানন্দনা লাইবিক অস্তুক · · · হৈনা মশাগী কান্নবা থাদোকতুনা লৈকাইগী লাইববা অঙাংশিংবু · · · · তম্বিবি। · · · · মহাকসি করিমতা শুদ্রবনিনা অতুগা মাবু····· যেংনম্বা নুপীস্থু মপাম চৎথ্রবনিনা শেল থোকত্রে। · · · · স্কুল মচা অমা লিংখৎলসি, মসিদা মঙোন্দা ফৌ খরা খরা থাইনহুনা পিসি।" অস্তুম্না মাগী মঙান্না অস্তুম অস্তুম চাইবকলবদা ধর্ম্মানন্দনা মহাক্লা লৈবাক্কী অঙম্বা ওইববদি লৈবাক্লা হুঙঙাইবগী য়াইফবা ফংগনি খঙবদগী 'দববারদা লৈহুনা তৌবগা মপান্দা লৈহুনা তৌবগা মান্নবোই। · · · · নং সইতমক তৌবিয়ু, দরখাস্ত · · · ঐ কৎশল্লুগে' হায়হুনা মাগীদমক দরখাস্ত থারুরে।

নিংথৌন। প্রণামীগী দমক তক্লবকপা, কিহল্লকপা 'নং প্রণামী কৎনৈ থংদ্রা? ···রাজব্যবহার থংদ্রা?' নংিবা পুম্নমক করিমত হৌওইদনা, নাচুংদনা অচুম্বগী ফীজি য়ান্দুনা মহাক্না 'হাপ্পিদ্রবদা ঐহাক করিমতা মুঙঙাইতবা তৌজরোক্ত। ···· প্রণামী আশাদি ননাই ঐডোন্দগী করিগুম্বা মতম·শ্লু:· বিদনবা হঙ্গৎচবি।' থাঙখিবদগী নিংথৌ অচুম্বগী মঙান্না ' ·নংগী নত্তৌ য়েংগে হৌবনি। ঐ····নমতুনা লৌবা মী নত্তে।' হায়তুনা মায়থীবা য়াবে। সদানন্দ জয় ওইরে। করিগী ওই-বোই! মুমিংকী মঙাল লাংলবদা লৈচিন্না তাক্তনিংঙাই করি লৈ!

সদানন্দ লৈবাক্কী তঙম্বা ওইবে। অঙম্বা সদানন্দ লৈবাক্কী য়াইফবম কবম শীল্লক্লে? লৈবাক কোথোংনবা নিংথৌনি। পোৎ-লুম কোকথো ননা চীংজেপ খোঙফম্নবা মীগা মহাক্না পাংখক্লি। কোকথোংনা চীংদোল যৌবস্সু অপূবা মীগী খুনামদা, লোকথা তাবস্সু অপূবা মীগী খুনামদা লৈবগুম লৈবাক্কী অকা-অকূম নিংথৌ মহাক্কী মথক্তনি। অদূনা মহাক্না নিংথৌ মশানা মশাবু মশক থঙনা চৎনবা অচুম্বনা চৈশুনা, মথৌনানা পাম্বৈনা মহাকপু লমজিং-লমতাকপা হৌরক্লে—

'ঐজ্ঞা, সমাজ অমস্তুং ধর্ম্মগী মরিদদি নিংথৌগী লৈফম থোকপা শক্তিগী মন্নুং চনবা মথৈ স্নায়াথং ইঞ্জগনি।' ···· মীওইবা অমনা নিংথৌ ওইদুনস্তু কনাগুম্বা অমগী আত্মাবু দণ্ডি

পিবা ওমদে। মাংবা নাইৰা হকচাং অসি দণ্ডি পিবা য়াই।' 'নিংথৌ হায়বসিদি মীওইবগী মমুংদা চাওবদগী চাওবনি অত্থগা প্রজাশিংনা ছাইজবদা ওম্মোই হাযবসি মহাক্রুনা ইকোন কোম্না হাইগদবনি।' লৈচিল ফীরুক খুম মমতুনা লৈরম্বী, লিক্লা ঈচোৎ-না তুফক-তুফাই চম্লম্বী ম'লেম্না কোবৌ মণ্ডাল লাল্লবদা তপ্না তপ্না ফীরুক হাং সনা-ঈবী-ঈপান লাং, লীক্লা-লীক্লাং লীকথোন্না তাইবং পূক্লিং সুম্বগুম সদানন্দগী মণ্ডান্না নিংথৌদা য়ৈ, নিংথৌ মাগী মণ্ডান্না লৈবাক্তা অমুক ফু অমম ফীরুক-খুম্নম্বা লৈবাক হৌজিক তাইবং ফাওবক্লে- অচুম্বা অফবা লম্বী খোঙফম্নবক্লে, অকারম যিবক্লে। নিংথৌ-প্রজা অনী নুংশিননা লৈবাকী অফবা য়েংলক্লে—'নিংথৌ ঐনা লৈবদি প্রজা নখোইগী নুংঙাইনবা নিংবা থুংনবা লৈবনি। নখোইগী সেবাবু মতোল লোম্লবদি নিংথৌ ওইবগী মহৈ ফংগদৌবনি।'

নোংমা মশাগীদমক্তনি নীংতুনা চানীংবা চা তৌনীংবা তৌ মম্না লৈরম্বা নিংথৌ সদানন্দগী গুণ্না লৈবাক্তা লৈবাকী মথৌ শিন্নথোক্লে— '····পুংজাও থিন্দুনা আইনসভা লিংখৎপগী ৱা হৌদোক্লম্মী।' 'তিন্ন-তিন্নরুবনা মীওইবগী মশক সেম্মী, মচু লোকই' জগৎনা পাউবৌনদরা! ওসি অনাসক্ত কর্ম্মযোগনা খোঙফম্নরবা সদানন্দগী মবমদগী নুঙাইবদ-তাল্লবা জগৎ নুংঙাই-বগী মশক থাঙনা পুনশি-খোঙফম্নবে।

অদুগা মশাগী মুংঙাইবা থিদ্রবা, পামদ্রবা মুংগী মুংঙাই-বদগা মরুপ্পরবা সদানন্দ পানগী মুংঙাইবনস্থু মশানা মহাক্কা মরুপ্পররে। '· · · প্রজাগী মবুক্লিং থুংঙবসি নিংথৌদনা নত্তে সদানন্দ মপু মনাই অনিগী থবক্তি, · · · · পুম্মমক খঙনরম্মী। · · · নিংথৌ সদানন্দ · · · · মম্বামগী মিৎয়েং তাকম-ওইখিরম্মী, · · · চৈতন্যনা নিংথৌদা হঙংলম্মী— হৌজিক ফাওবা ওইরক্লিবা অথোইব। মন্ত্রিসে—মহাক্কা শিদ্রিমখৈ · · · · অহুম ওইহুনা লৈ-নবা সনা ম্যাথং নিজরি। · · · মন্ত্রিনস্থু ম্যাবিগনি নীংজৈ।' 'প্রজা ময়াম্মা মুঙাইরহুনা জয়ধ্বনি লাউর-লাউরহুনা · · · ময়ুম ময়ুম হন্নরম্মী।' করিগী মরুপ্পরদনিংঙাই লৈ! মশাগী মুংঙাই-বদা মশা লূপচহুনা লৈরবা সমুদ্রদদা থোক্লকপদগীনা তাবকাও মুমিৎ-থা-থরাম্মিচাক মরুপ্পজরদবা করি লৈ! মালেম চীংলম করম্বা মথোয়গী লম্বী য়েংদবা লৈ! নোংদোন-লৈচিল-নোং-ফাওনা চীংঙক থিনগৎ থিনগৎ ঙাইজবা ঙাক্তনি। ঙাইজৈ মথোইনা, থৌশাখিরবা করি লৈ! লৈনা হাইরপ য়েংখিরম নাথৈনখিদবা লৈখরা! পাম্মাইদবা সদানন্দনা মুংঙাইবগী মপু ওইদনীঁঙাই করি লৈ!

অঙানবনা কবি ঙম্মি? অমম্ব ঙম্মি। করিদা শি? অমম্বদা শি। অমম্বনা অমুক করি ঙম্মি। অঙানবা ঙম্মি। কবিদা শি? অঙানবদা শি। অনী অসী মতমগী খোঙহৌদগী খোঙ্গুং

হানরক্লবনি, হৌজিকসু হানৈ—হানরিবনি, মতমগী খোঙলোই ফাওবা হানরগদৌবনি। অদুনা অঙানবগী মতুংদা অমম্বনা লাল্লুম্মি; অমম্বগীদনা অঙানবনা লাঞ্জায়। মশা মশাগী তাঞ্জা অমত্তং, তানফম অমত্তং লোন-থুপ্পনা ঙাইনবা, যেংনবা মখোয় অনীনি। অদুগুম, অচুম-অরাল, অফ-ফত্ত, অরূ-ভনৈ, অপাঙ-পাঙদ ... অসীনচিংবা জগৎকী তায়োন-পোৎপানরিবা লীচৎ পূম্নমক মশা মশাগী তাঞ্জা অমত্তং খোঙফম অমত্তং কন্না লকয়েংনবনা শাগোল-শাগোল চৎমিন্নৈ। অদুনা লাইয়েক-হৈবা তুবীনা মহাক্কী মি-কোন্নবা খূৎয়েক্লা অমক-অরা অনীগী ভত্তবা খোঙ্গেং জগত্তা পাউদম্মী; নুংশি-শৈশরুবা চৈজিংনা লীক্লা-ফূবা লৈবাং শৈশক্লা নুংশি-হেদৌনবা মীনোক, খাইন-অহীরুবা পিরাং অনীনা তত্তনা খূৎশি হন্দোক-হঞ্জিল শান্নরিবা জগত্তা পাউজেল্লী; কূম্মৈ-যেং-গনবা মিৎলম্না লৈচিল-নোংফাই লানশীংনবা থাবল মওং থা অমম-অঙাল অনীগী লাল্লেপফম-খঙদবা, লাল্লোইফম নাইদবা লানফম জগত্তা পাউত্তাকই; ব্রারী-ফবা খোর্জ্জনা তায়োল-লীচৎ-লীফাংনবা ব্রারীনা তায়োল-শাজৎ অনীগী লোইনাইদবা লালওংগী লানবাউ জগত্তা লী। অতুনদি সদানন্দগী শক্তম কবি করম তাফম থোকই? কবিনা মিরুম্নযম থোকই?

সদানন্দ মশাগী-যেংদবা মীনি; মশাগী য়েংনীংবনা য়েৎন-ফম থোকই। মযুমগী-য়েংদবা মীনি; মযুমগী-য়েংনীংবনা ওৎন-

ফম থোকই। লৈবাক্কী খনবা মীনি; মযুমগী ব্রাথন্না খূরৌ-নফম থোকই। তায়োল-শাজৎশিং অসীগী মুং পান অনীদা হানবকপা খোঙ্গেংগী মমি হাপ্পা ঙম্নবা অমদি হাপ্লবতদা খোর্জৈ-গী সদানন্দ-খূৎয়েক পানগদবনি অমদি চুমগদবনি।

মরম অসী উহুনা ঐঃ-নীংদবা সদানন্দদা ঐঃ-গী মুংবংবা খোর্জৈনা হাপ্পী; মুংঙাইব হৈরবা সদানন্দগী থম্মোইনুংদা অরাব-লৈচিল মচা অমত্তং মহাক্না কাপ্পী।

ইবি—

'ঐদি শিথ্রবস্থ লাই। মুপীমচা অমা ঐগীনি হাইহুনা লৈবগা মাগী মফমদা ৎোগদোবা ইথোদি লোইবমদবা য়াদে' অহুবু গতিদি লৈতে। কবম তৌনা থো অনি অসি পাংথোকসিগে।'

'হৌজিক্কী মতমদা শেল থরা প্রণামী কৎত্রবদি থবকস্থু যংবা লৈত্রে। বিছাগী মগুণস্থু ঙাকপা লৈত্রে। মশা মশাগী থনবদগী মতিক চাবা মীবু নমথেরুবা হাইহুনা উপায় ফৎত্রবা ঙাক্লা লাইরিক হৈবস্থু হৈৎবস্থু তৌনরক্লে। লাইরিক হৈবা মী-নহুম শেল নৎত্রবদি কনামতবু মতিক চাই হায়নিংঙকত্রে। লাই-রবা ঐগীদি কবি লৈ! প্রণামী কৎনবা শেলহুবু লৈরবদি প্রণামী ওইনা কৎলুদ্রবস্থু মুখবাগা ঐথোই অনী চবা হেন্দবা ঙমগদবনি। লাইরবগী গতি লৈতে।'

খোর্জেগী সদানন্দ-খূৎয়েক মিকোন্নদ্রিবরা? মহাক্কী মী-কোন্নবা খূৎয়েক অসী উবদা ভা:বাক কনা মুন্দনীঁঙাই লৈ! মহাকপু পেন্দনীঁঙাই কনা য়াওনি!

অমনা—

জগৎ লোক্লম অনীনা চপ্পা নাপোমনি। লোক্লম অমনা মশ্মী. অতুগা অমনা ঙাল্লী। অমম-লোক্ত-তাবা মীগা অঙাল-লোক্ত-পানবা মীগা তায়োন্নৈ। খরদংদগাদা নত্তে, অমম-অঙাল অনীনা ওইনরিবা অদূমক্নি। অদূনা 'অঙাল-লোক্কী মী অমম-লোক্কীনা হুংথিন্নবা মতম্না নোংজানৈ, নোংজানবদূনা হুংথিন্নৈ' দর্শন-না তাকই। মসী হুং-পাল অনীমক্তনি।

অমম-লোক্কী মী লোক্কী অমম্বা উদে। ঈশিংদা পোকপা, ঈশিংদা চাউবা, ঈশিংদা পানবা, ঈশিংদা লোইবা ঙারম-না ঈশিং উববা? উদে। ঙাগী ৱাদি থম্বু থমখিসি, হুংশিত্তা পোকপা হুংশিত্তা চাউবা, হুংশিত্তা পানবা, হুংশিত্তা লোইবা মীওইবা হুংশিং উবরা? উদে। অদূমঙায়। অমম্ববু অমম্বনি উকদবা অমদি উদবনা মীওইবনা অঙানবা অমগী ৱাখল তৌকদে, তৌদে; অতুম মম্না পঙপান্দ মপাল্লী। অদূদি মীওইবা অঙানলোক অসীদি ইউ-মউদ্রববা, ইয়ো-ময়োদ্রবরা? উই, য়োই। অদূদা মীপূম খরদনা—খরদংদনা উই, য়োই।

অদূদি করি কবম্বা মীওংদনা অঙাল-লোক্লম উই? জ্ঞানগী মৈরা পায়বা মীওং অমা উই; অরেপ্পা থিবা মীওং অমা থেংনৈ;

লন্দবু লুংশিজবা, লন্দবু কোন্ননবা হোংনজবা, মিংয়াম্বী, খোঙ-য়াংবী, লৌওন শীংমাইদবী লনগী মিহৌ-মৈচাক পুঙমদ্রবা থম্মোই অমা ফংনগল্লী ; অদূগা ভগত্তা মাগীনি কৌবা লৈখিদ্রবা, পোত্থা ফংদ্রবা, খুদাকম-ফংদ্রবা, কায়দোং-লৈতবা উচেক্কুম কঁঙাওনরবা খোঙফম অমা তাগল্লি। তরাই-তরাইনা উবা যংবা অঙাল-লোক্লম নত্তে। অদূনা ভগবান-না অর্জ্জুন্দা তাকপিখিবা 'অঙক-পগী মশক ওইরবী, লানঙমদ্রবী ঐগী মায়ানি' 'অখঙবা, অথিবা, অরাবা অদূগা লন-পাম্বা মীদনা ঐবু থি' 'লীশিং লীশিংনা ঐবু নীঁঙি ; নীংলিবশিংদূগী মনুংদা অয়োবা থানা নীংজহুনা লাইনীং মহৈ চারবা কোঙ্গায়গী মমুংদগীম্মু তশেংনা ঐবু ফংন-জবদি অমত্তং অনীদংদনি' হায়বা য়াথংনা মালংগী মালংচৎপু নীংথিনা ফোঙলী। জ্ঞানগী মৈরা হেক পায়রগা য়োৌবা নত্তে ; হেক তানবগা ফংবস্থু নত্তে। খোঙহৌদস্থু, খোঙফম খুদিংদস্থু খুদিনা থল্লবা অঙাল-লোক্লমগী খোঙফমনি।

নোঙাল্লমদাই অমম-অঙাল শিন্নবগী মওংনা খোঙহৌগী অরাবা ফোঁঙী। অহিং মতম লোইরে, অঙানবা মাগী মতম লাক্লে, ঙাল্লুরগে লাক্লবা অঙানবনা খংঙাল ঙাল্লবা য়াবরা ? য়াদে। অমম্বগা খোঙফম কয়া লাম্থিন্নে। মতম্না মায়রোং কন্না য়াবনা মমায় পাকচবা নত্তরা ? অদূমঙাই। অঙাল-লোক-খোঙ-ফম্নরকপা মী অমম-লোক্কী অমম্বা খুদি কয়া চায়। অয়ুংবা

পূক্চন্দনা শৌথাং কয়া কয়া শোগাইহুনা পুখিরবা, লমজিং-খিরবদদা খোঙথাংবা ঙম্নরিবনি। অদুমক্তদা খুদিনা লোইবা নত্তে। পুরাণ-ইতিহাস কয়া কয়ানা অসাবা তচুম্বা থৌওং কয়া কয়া রারীনহুনা খোঙফমগী অরাবা উৎলী। রাজর্ষি ভাবতনা মমা লৈত্রবা শক্তি মচা য়োকলুবদগী শক্তি ওইনা পোকপা রাবী-নচিংবা কয়া কয়ানা খুদিনবা অফরম-খোঙফম্ব জগত্তা উৎলী। অদুনা অখণ্ড-অউশিংনা মিকোন-মিকোন্ননা পোৎলম খুদিং জগত্তা পুথোবই।

তহুনগী কর্ম্ম-যোগনা পুনশি-খোঙফম্নরগে তান্নবা, মশাগী য়েংত্রবা, মযুমগী মথৌ লৈখাক্কী অচৌবা মথৌদা কথোক্কুনা জগত্তা লৈনা জগৎকী রাংমদা লৈববা সদানন্দগী শক্তম মচু থাবদা অরাব লৈচিল লাঙ্কপ কাপ্পুনা মিকোন্ননা পুথোক্কুনা মী-ওইবগী হুংগী অমম-অঙাল অনীনা অমনা মাঙদা অদুগা অমনা তুংলোমদা চিংগদোবগী হোৎননবিবা, অমদি মাঙলম ওন্দনী-ঙাই লৈত্রবা মালেম লৈপাল তাংজকবনা থাজ-খুবৌনববা ঈশিং-না ঈথক-ঈনীক ঈনীক্র। মাঙলম-খোঙফম তাখিবগুম অযুংবা পূকচেল পাম্বৈনা থোঙ্গুল তাবা থম্মোইনা অঙাল-লোক্লম খোঙ-ফম্নবা,—মওং অনী তাক্কে নীংহুনা থোর্জ্জেনা নীংহল-চাবা রাখল চাইহুনা সদানন্দ মিকোন্ননা পুথোকপনি হাযবদা কবি লান্নিংঙাই লৈকুগনি, অহবা খূৎয়েক করিগী ফজৈ? খূৎয়েক ফজৈ, অদুনা যজৈ। খূৎয়েক চুম্নবদি হেক্ত মফজরববা? খূৎয়েক-চুম্বা পূম্নমক

মফজ চাং অমতদা হেক্ত মচংলবরা? খূংঙং-খূংপু চপচানা তাফম থোকপা তাববু খূংয়েক চুম্বা কৌই। য়েক্লিবা পোং-শক্কী পোংওংনা চুম্না তারবদা করি ফজদনীঁ ঙাই লৈ! অদূনা খূংয়েক-চুম্বা খূংফম্মথৈ মশানা অতুম মফজ্জবা পোংনি, ফজৈ। অদুদা খূংয়েক-চুম্বা পূম্নমক মফজ চাং অমতদা চংপদি চত্তে। করিনা! খূংঙং-খূংপু চপচানা তাবদগী ফজকম থোকপনা খূং-ফম্না ফজরবশু মচু থাবা হায়বা অমা লৈরি। মচু থাবনা খূং-ফমগী ফজবগী চাং লেপ্পে। খূংয়েকশিংদা হকচাং-মঙান্না ঙম্বা, মিরুম্না হাবা, মিরুম-মঙাল চপচানা তাবা কয়া কয়া থায়রী। শকঙংদি তাবনা লোইনমক ইফদ মফজরবশু অকোনবগীসিনা ইরাক লাকচৈ। করিনা! মঙোন্দ ফজবা লোইনা ক্দোকই। ফজবা ফজৈ। মঙং পূম্নমক্তা ইফদ ফজৈ। থাজ মশানা ফজজরবা পোংলমনি। অদূনা মহাক্কী থাবাল-থারোল পূম্নমক ইফদ যজৈ। তদূম্নদি ওইরবদা অশৈবনা থানিন্দবু নম্না শৈশক্লে। করিনা! থারোল পূম্নমক ইফদ ফজরবশু থাজ মহাক্কী মফ-জনা মপূং পূম্ফা ফানা ফুদোকচৰ থানিন্দদনি। অদূনা মৈতৈ-পেলগী লোন্না মখোয়গী ফজবী সন্দ্রেনবীনা ফদি শেং পুল্লাং পু ফীগে-শেংপী, কোনফু-পুবী চাইশ্রা খোঙলোয়না ঈপাল লাং ঈয়োল ছংথৈদা, নিংথৌমচা শাদানবনা থারকপা মপাউ শিনাই-তরেং খোল্লোয়না ছক্লম্মী – 'ফদি-শেংপী ফজৈ, পুল্লাং-পুবী যজৈ'।

মৈতৈ

ফজবা মহাক্কী মফম্ভ মঙাল খরদংদবু ফুদোকচনীঁঙাই ফংলবদা ফজদবা লৈতে। সন্দ্রেনবী-চাইশ্রা অনীনা ফীওন-পোৎওন্নরক্লবদা শৈরোল কবি অমুক তাবকখি ? 'ফীগে শেৎপী ফজৈকো, কোল্লং পুবী হেল্লীকো' ছকথরম্মী। মশানা ফজবা ফজৈ; ফজবা মঙাল লোইনা ফুদোক্লগা অমুক হেন্না ফজৈ। অদূনা খূৎহৈবগী খূৎয়েক পূন্নমক ফজৈ। খূৎফম হাদবনা অমুকহেন্না ফজৈ। অদূদি খোর্জেজগী সদানন্দ খূৎয়েক মিকোন্নবনা খূৎহৈবখূৎয়েক চল্লে হায়বদি উবে। মচুস্নামদদি করম তৌবি ? হাদোক-হাজিল কবম্বা অশোয়-অঙাম লৈরি ?

সদানন্দগী মকারাম্বা মায়থোংদা অৱাবা মাযহিং কাবা ভা-বোক্না উই। মহাক্না লৈবাক্কী অপৈবা লোনচৎ চত্তবা ঙম্বনা মথরায় নুংঙাইজৈ। অমবোমদনা মহাক্না মাগীনি হায়তুনা লৈবখী মুখরাগী মফমদা তৌফম থোকপা পাংথোকপা ঙমজদবনা মথম্মোই বংঙী: অৱা-নুংঙাই অ ীনা মিকোন্নবা সদানন্দগী শকফম্নি।

থক্তা মতাং অমদা পনখ্রবা 'নুপীমচা অমা ঐগীনি হাযতুনা লৈবগা মাগী মফমদা তৌগদোবা ইথৌদি লোইবমদবা য়াদে ......' নংিবদগী ইরোই-লোইবা '..... মু-খ-বা .... ' ফাওবনা সদানন্দগী থাদোকপা খোঙফমদা থা-ঙমদবা অমনা খুরৌনবা উই। অদূদি থা-ঙমদবদা মহাক্কী থাদোকপ-শকফম করম মিকথৈ ?

খোর্জেংগী সদানন্দ-খূংয়েক মিরুম থাবদা খূং খরদং হাবরা ভাবোক অয়াম্বনা খনৈ। করিনা? মুখরা সদানন্দবু মুংশিদে, পাম্বদনি। মহাক্কী মপাম অদূমকস্থু অরাংবা থাক্কী নত্তে। অরাংবা থাক্কী অপাম্বদি মুংশিবা পোবই। অদুনা মুংশি-শরু-খণ্ডনববা বৈষ্ণব কবিশিংনা শরুম্মী—'মপাউ তাবদা মুং ওল্লি, মশক উবদা মুং পংথৈ, মনাক য়োবদা মুং শি. মুংওল, মুংবং, মুংশি অহুম্মা মুংশিবা পোকই'। অনেম্বা থাক্কী অপাম্বদি মুংশিবা পোকপদি থম্মমুনা মশাগী রাখন্দা মমখিবনা মানা মিত্তারুরিবা মীশক অদূবু উদে, অমুক উবা তৌদ্রে, মশাগীদ ময়েংমুনা মী-শক্তুগী খুদিনযমদ ওই। উত্তাংবিনা মহাক্কী বাযদোং উপাল কনাগী য়েংবা লৈ! মথরায় ফাওবা য়্যারবদি চুপ্পা নৎত্রা? মুখরা অকোনবা মখলগী মপামসীনা খোঙফম্মবী মুপীনি।

ইরি— '....... ইপা ইমাগী ইচ্ছা অতুগা ঐগী ইচ্ছাস্থু ......নহাক্কী নপাল চাজবনি।, 'নপাল চাগত্রা হায়রবু চরাস্থু নোংমা নোংমগী হেল্লে। ..... ঐ ইপামদা নোংমা নিনিদং লৈরুখিগে ...।' মহৈ হৈবা সদানন্দনা মফম নাইরগা মপাল চারুগনিদা লাকপনি। মহাক্কী হুল্লিবা শাহুন্না মপাল চাগনি হায়বা মহাক্কা উবক্তে। অমবোমদনা খঙনবা, নকুবনা মাগী সদানন্দগী মপাল-চাবদ পাম্লবা থম্মোই মশক ওনবা লৈতে।

সদানন্দনা মহাক্কী অচুম্বা লম্বীনা ফংলকপা শেল মুখরাদা

পী—শরুক অনী পী। মহাক ধর্ম্মানন্দগী মনাও তম্বীদুনা থাদা লুপা তরামঙা ফংঙী। তরা মুখরাদা পীরুই। ‘... লুপা তরাশক খিদুনা মকুবোক্তা পিরে’ খোর্জ্জেনা ইরি। অস্তুম্না মাদগী য়েংলবা, মাগী দমক্ত খল্লবা সদানন্দবু মুখরানা তরাই তরাইনা ‘ঐ অসে নিপা অমদা লৈনবা থৌরাং লোইরে।’ ‘ঐগীদি য়ানীংবা য়ানীংদবা করিমতা লৈতে। ... অহল-লমনগী য়াথং হাইবস্তু লৈবসিদা ঐবু ভৌফম খংদরে।’ অসীনচিংবা রাহৈনা থাদোকপা ঙম্মি, থাদোকই; অতোপ্পা নীপা চন্দ্রশেখরগী ওইবা ঙম্মি। ‘... মুখরা চন্দ্রশেখরগী ময়ূমদা লাকলে।’ খোর্জ্জেনা য়ারি।

নুংশিবস্তু থঙদবী, পাম্বশু য়ৌদবী, নোংম-নীনিদং মপাল চাবা য়াগত্রা লকয়েংলম্বী, মপাল চাগনি উদ্রদুনা কাওথোক্লম্লবী, মীরাল অমগী ওইখ্রবী নুপী অমগী অরাবা রাথন্না সদানন্দগী শকফম মিরুম্নবা উবদা ভাবোক অযাম্বনা নাতোল নাকচি কাঙ-নৈ। করিনা! ‘কল্লরুফম অখোইবা নুপী নিপা কানি; কল্লরু-বগী মতিক থানফম অয়োবশু মখোয় অনীনি’ জগৎনা খঙনৈ। অদুনা সদানন্দনা মুখবাবু নুংশিফম থোক্তুনা নুংশিরম্নবশু নুংশি-ফম থোক্ত্রবনা নুংশিফম থোক্ত্রে। অদুমক্তদা মনুংশিরিবা, চুম্নদ নত্তনা কা হেন্না নুংশিবা খোর্জ্জেনা মথূৎ হাখিবা নত্তনা তৌতৈ করি অমা ওইনীঙাই লৈ মখোয়গী রাথন্নি। অদুনা মখোয়না মনাতোল কাঙবনি। কাঙননিংঙাইশু ওই। করিনা?

খোর্জেইনা সদানন্দদা হাপ্লিবা মুখরাবু মুংশিবা মনুংশি অসী ঐংগী জগত্তা থোকপদা রারবা, থোক্লবসু থোক্তবনি হায়না লৌবদা পন্ডলাল লান্নিংঙাই ওইনা থোক্তবা মওংনি। মুখরানা '.... ঐ অসে নিপা অমদা লৈববা থৌবাং লোইরে।' 'ঐগীদি য়ানিংবা য়ানিংদবা লৈতে।' '... অহল-লম্মনগী যাথং হাইবসু লৈবসিদা ঐবু তৌফম থংদরে।' অসীনচিংবা রাহৈনা মহাকপু কাওথোক্লবদা সদানন্দনা খুম্মকপা 'নংনা নিংবা অমা তৌখিবদা ঐনা নংগী মুঙঙাইবদো করিমতা থুগাইরোই।' 'ঐ করিমতা রারোদে। নংগী মুংঙাইনবা হাইদুনদা খল্লিবা ঐহাকনি। নংনা মুঙাইনি হাইনা খনবা লম্বীদা ঐ করিমতা লেপতুনা থিংলোই। নংবু ঐনা করিমতা কাওবোই, নংগী লম্মন শিংবা লোইদ্রি। ঐনা হিংদুনা লৈরিবমথৈ নংগী কান্ননবা তৌবদা ঐহাক করি-মতা হল্লোই। নংসু ঐবুদি কাওনুকো।' হাইবা রাহৈ, অদুগা অমুক মুখবানা 'হৌজিক নংনা ঐঙোন্দা থাগী লুপা পিবসি তোকলো' হাযববদা মহাক্লা '.... নংগী লুপা পিবদি তোক-লোই। ঐনা নংবু শেম্বা ঙমদ্রদুনা ঐগী মুংশিরবী নংবু মুং-ঙাইহন্নবা হাইদুনা মীগী মথুত্তা শিন্নথোকখিবনি। অদুনা নংগী দমক হোৎনবিরিবা মী অদুদা ঐসু মতেং ঙম্বামথৈ পাংগনি! নং লুপা লৌদবা য়াদে।' খুম্মকপা, খুম্লিবা অসিগী চপচাবা থবক মহাক্লা মপুনশি চুপ্পা তৌদুনা চন্দ্রশেখরগী ময়ুম কোইদুনা লৈখ্রবী মখরাদা অথোকপা শেলগী অয়াম্বা শরুক থুংবনচিংবা

পূম্নমক অসী থোকপদা ৱারবা নত্রা ; থোক্লবস্থু থোক্কবনি হায়না লৌবদা করি পঙলাল লান্নিংঙাই লৈ ! মৌবানী হুংশি-নুংশি-ননা ৱাদ-য়াখিত্রবা মরম অমনা কায়নবা ওইরবদি মানা হুল্লিবা শাহুল অসিগী খরবু, খরবুদ নত্তে, য়াম্নবু ঙাক্লিংঙাই লৈ। অদুগু নত্তে। মকোক্কুগী হৌনা মুখরানা মাবু হুংশিদে অমদি মাবু মহাক্না হুন্দোক্লগে হুন্দোক্লবনি হায়বা তশেং-তশেং খঙলবা তরু তরু উরবমক্কুদা সদানন্দনা মাগী কাদা ওইবিবা মওং অসা উবদা নাতোল নাকচি কাঙলোইদৌবা ফনা য়াম্না তাঙঙী।

অদুদি খোর্জেনা খুৎহাখিবরা নত্রগা মানা করিগুম্বা মরম অমত্তং ভাবোক্তা উৎনীংমনখিবদগী সীদি ওইব। য়ানি য়াবোইগা ইয়েং য়েংদনা লংলগদ ফজবোই নীংবা খুত্তমখৎলকপা লায়েকপনা হিদাক্ত পঙথা মথাবগুম হেক্ত খুৎয়েক্তা মথাজিল্লবরা!

সদানন্দনা মখরাগী মকাদা ওইরিবা, মহাকপু নুংশিবা ঙমদবী, মহাকপু নুংশিবা ঙমদবনা অতোপ্প-ময়ুম-অম-পানথ্রবী মুপী মঙোন্দা নীংলিবা মনীং করম্বা রসগী পংথৈদ তানিংঙাই ওই ? জগত্তা ওইযোক্তবা ওইরবশু ওইদবনি লৌবদা লান্নিং-ঙাই ওইদবনা অঙকপা রসগী পংথৈদা তানিংঙাই থোক্ত্রা ? থোকই। অঙকপা রসনা পোৎচং মপূং ওইহুনা থাবক্লিবা সদা-নন্দগী শকফমদা খোর্জেনা করি করম্বা অঙকপা মচু চুওং অমা ফোঙলীবা য়েংসি।

মুখরা সদানন্দবু মুংশিদে, মুংশিবদি থম্লতুনা পাম্বু পামদে, য়ারবদি মপাল থবদং চাত্নুনা মপাল্লিরা য়েংলম্বদনি হায়বা উরে। অদূম ওইনমক ভাবোক্লা সদানন্দনা মুখবা মুংশিবা য়াবা মরম ইরৈ মরৈত্রবরা রাহংবদা কাম্বনী‌ঁঙাই করি লৈ? লৈতে হায়-রুগদা লান্নিংঙাই করিমতা উদে। কবিনা?

মী ঈশ্ববগী মিফমনি, থ্বাইদগী অথোইবনি। মীওইবগী হকচাং লৈ-নচিংবা পোৎলম মঙানা মচাক্লবনি। অদূনা মহাক্কী শক্তম্না মুংশেলদা তাবদা পোৎলম মঙানা মচাক্লবরা পানগী শকফম অসীদ মতাই। শক্তম তদূনা নুঙ্গান্নবিবা গুণ ময়াম অদূদি শক্তম মাগা তোংঙান্নবা অমদি মুংশিৎনবা মশকফম ঙাক্ত ওইবনা তাদে। ঈশ্বর মহাক্কীদি মুংশি-হৈবনচিংবা অমেঙবা গুণ মরম নীপান্না শকওইনবা শক্তমনি। অদূনা মীওই-মিফমদা তারিবা মহাক্কী মমি মশা-ওইরিবা গুণশিং অদুগীনি।

মীপূম খূদিংদা মহাক্কী তারিবা মমিগী মিফাও মওং মান্নদে। মীওং মীওং অদুগী থম্মোই থম্মোই মতাগী মওং মতুংইন্না মিঙাল অমদি মিঙালগী মঙাল খেন্নে। লৈমায়দা তবা মঙাল লৈমায় মাদা মঙান্নতুনা মতোকই; ঈমায়দা তাবা মঙান্না ঈমায় মশাগু মঙান্নে; অদুগা ঈশিং মাগী লমথৈ—চাংজো অমদি চাংজো মঙোন্দা ওংবা উপাল রাপালগী মথৈদংদদি কোন্না মঙান্নে; থাজ মঙোন্দ তারুবা মঙান্দি থাজ মশাগু ঙান্নে; অদুগা

মালং-নোংলম অপূম্বশু ঙাম্নে। অদূনা ঈশ্বরনা পীনবা, ঈশ্বর মশামক ওইরবা মুংশিবা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইমুংদা ইরৈ মরৈনরবশু মপাঙ্গল ফুংদাকপা মাম্নদে। কনাগীনা মশাদ মকোম্নে; কনা অমগীনা মশা অমদি মাগী ওইবা থরদ মকোম্নে; অদূগা অতৈ কনা অমগীনা জগৎ পূম্বা কোম্নে। মশাদগীদ -য়েংবা থম্মোইগী মুংশিবা মশাদদা লোই; মশাগীশু মীগীশু য়েংবা থম্মোইগীনা লম থরা পাকথোবই· অদূগা মীগীদ য়েং-বগীদূদি জগৎ পূম্নমক মাগী লমথৈনি। মাঙগী মীওং অনী-সিগী মফমদা অকোনবগীসিগী শাহুল ওইবদ রাবা, ওইথোক্ক-বা ওইনা থোকই। করিনা! মিৎয়েং খূবা অমদি খুগনবা মীনি; রাখল থেনবা অমদি থেনগনবা মীনি। অদূনা পোৎ-লম অয়াম্বা মথোয়গী মিৎলম রাংমদা তাই; মবম অয়াম্বা মথোয়গী রাখল মবেপ্পা যৌদে। থরানমিচাক্কী কাঙলুপ অহিং অতিয়াদা ঙানবগুম মুংথিল অতিয়াদশু অতুম মঙাল্লী। অদূবু মীওইবগী মিৎয়েং-মিৎলম রাংমদা তাবনা থোক্তে। করিগুম্বদা মপাল ফবা থরানমিচাক্কা মুমিং মঙাল ফাওদোক্নুনা নাইতোম অতিয়াদা থোকপা উরুববশু ওইথোক্তবগী পংথৈদা থমজিন্দুনা মুংথিল থরানমিচাক থোক্তে অতুম মরেপ্পে। মীনা লেপ্লখে, থোক্তবদি তৌরা? তৌদে। ইউদি মউদ্রববা। মউদবশু তৌদে।

সংসার অসীদা ওইবদা রাবা, ওইথোক্কবা থেংনদবা করম্বা

যুগ লৈ ? লৈতে। অমত্তং অনীদংদগা থেংনহুনা তোকপস্নু নত্তে, চৈশীং থাদনা পাবা ঙমদনা থেংনবা ঙাক্কি। ঐখোয়না পোক্ল-রিবা যুগ অসীমক্কা অচুম্বমক্কি য়াম্নি। গান্ধী, তিলক, চিত্ত, অরবিন্দ, রবি, প্রফুল্ল, জগদীশ, ব্রজেন, রাম, বিবেক, বিষ্ণু চাম-চামনা জগত্তা জগৎকী ওইখোত্তবা, ওইবদা রাববা সেবা তৌদ্রা! মখোয়শিং অসীনা মীথোই-মীহেল ওইরিবা, মীনা ঙম্মদবা ঙম্মিবা করিদগীনো? যোগ অমমম্মা খোঙফম্নবননি। 'যোগনা খোঙফম্নবা মী ঐগী মীগী থায়দে, অচান-চান্দ নাইদে, ইকাই-ইকি চংদে·········। করিনা, মাঙোন্দা ঐঃ লৈতে।' দর্শন-না তাক্লি।

খোর্জ্জেগী সদানন্দ যোগনা খোঙফম্নরগে লেপ্লব, খোঙফম্ন-রক্লবা শকফমনি। মশাগী ঐঃ থাদোক্লগে লেপ্লবা অমদি থা-দোকপা য়াবমথৈ থাদোরক্লবা শকফমনি। মুংশিহৈব-লীচংনগে লেপ্লবা অমদি লীচংনরক্লবা খোঙফমনি। মহাক্কা মুথরা মুংশি-রুবদা করি কায়নীঁঙাই লৈ! মীওইবনা তত্তনা উনফম থোক পনা উনরিবা অচৌবগী অচৌবা শাক্তং রারীননা পুথোকপদা নাতোল নাকচি কাঙহনা ওইখোক্রবা, ওইবা য়াদবা পংথৈদা করি থমজিন্নীঁঙাই লৈ। মুংশি-হৈবা থম্মোইগী মীমুংশি চাদব কনা লৈ! নোং-লৈ-শক থায়না চুবরা। লমগং খঙদে, লৈ-হাউ-লম য়েংদে। পুম্নমক্কা তাই। অদুনা খোর্জ্জেনা সদানন্দ

মুখরা মুংশিবা হাপ্পদা খূৎহাখিনী ঙাই অমদি খূৎহেনজিনখিনী-ঙাই ওইবা করি লৈ হায়কুবদা লান্নিংঙাই লৈতে। অদুগা অমনা, মুখরানা মহাক্কী ওইরিবৈদা সদানন্দনা মহাকপু মুংশিবা মমুংশি অদু মীগী ওইখ্রবমত্তদা কায়দনা অতুম মুংশিহন্দুনা যোগনা খোঙযম্নবা মীগী নীংথিবা শাহুল খোৰ্জেনা ভাবোক্তা উৎপদনি হায়কুবদসু লান্নীংঙাই করি লৈ!

মুংশিবা করিনো? মীওইবনা মশা মশা নীংলিবতু মুংশি-বনি, অদুগা অতৈ মশা নত্তবশিংবু নীংলিবদুসু মুংশিবনি। মশা কবিগী নীঁঙি, মুংশি? মুংশিবনা শকওইতুনা শকপান্নবা ঈশ্বরগী মহাক মমিনি। মহাক মুংশিবদ্রমক্নি। অদুনা মশা মুংশিজবনি। কবিনা! মৈগা মৈশাগা খাযনবা য়াব্রা? মুমিৎকা মঙালগা তোঙান্নবা য়াব্রা? য়াদে। মুংশিবগা নীংবগশু অদুনি। অদুনদি মশা কবি মুংশিদনীঁঙাই লৈ! করি মুংশিদফম থোকই! অদুনা মীওইবা মশা নীঁঙি অমদি মুংশি। অতৈ মশা নত্তব-বুদি করিগী মুংশি? মৈঙাল মৈ মথন্দ ঙান্দুনা তোকপ্রা? তোক্তে। মুমিৎ মঙাল মুমিৎ মশাদ মরুংনতুনা লোইব্রা? লোইদে। অদুগুম মুংশিবশু মশা মথন্দবু মুংশিজতুনা তোক্তে, অতৈবুশু মুংশি। মৈনা মশাগী মৈওং মপা চানা চানদ মঙাল্লী। মুমিৎকী মঙাল লমদাং অচা অচাবদদা মতাই। অদুগুম মুংশি-বশু মহাক্লা ওইরু ওইকবা মওং অদগী মপা মপাদ চানা

মশীন্দোকই। অদূনা জগৎনা মশা মশাগা নক্লক্লবা অদূদা মনুংশি। মপা-মমা, নুপী-অঙাং শাগৈ-নাতৈ, মরূপ-মপীজানচিংবা মাগী ওইবশিংবু নুংশি। অদূদি, মীওইবনা নুংশিনরিবসী নক্লবা মাগী ওই-নুশিংসীদবুরা? অতৈ অতৈশিংবুদি ইনুং-নুমংশিদ্রবরা? নুংশিনৈ। মাগী-ওইব-পংথৈদা তাদ্রবশু মীওইবনা মশক-মতৌ-ফজবা মীবু নুংশিনৈ; ৱাহৈ-খোনফম-ফজবা মীবু নুংশিনৈ; লমচৎ-নুংচৎ-ফজবা মীবু নুংশিনৈ। মাগী-ওইব-পংথৈগী ৱাংমদা লৈবা কয়া কয়া মীওইবনা নুংশিনৈ। মীওইবা অমনা মশাবু অমদি মাগী ওইবশিংবু নুংশিবগী মরমদি খঙলে। মাগী-ওইদবা অতৈবুদি করিগী নুংশি? মখোয় মখোয়দা নুংশিননিংঙাই মচাক লৈবনা নুংশি। অরংবা ঈশিংদা তাবংবা নুমিৎ মঙাল তারগা ঈশিংদা মঙাল পোক্ত্রা! অদূমঙাই। অদূনদি মীওইবা অমগী নুংশিবগী হৌফম অনা নুদ্রিবরা! নুই। অমনা, মশাদগী পোকই—হৌই; অদূগা অমনা, মপান্দগী পোকই—হৌই। অদূনা নুংশিবগী হৌ-ফম অনানি; অমনা মীওইবগী থম্মোই-নুংদনি; অদূগা অমনা মপান থোংদনি। মনুংশি অনীসীমক্তি করম্বনা মচু শেংবা হেল্লি? নুংগীসীনা করি হেন্দনিংঙাই লৈ! নুমিৎশু মঙাল লৈ, থাশু মঙাল লৈ। নুমিৎকীনা মশাগীনি; অদূগা থাগীনা নুমিৎকীনি। অদূনা, থানা পানথৎ-পাম্থ নাই; নুমিৎনা মতম পূম্নমক মশাগী ফীভম ইকাই কায়দনা অতুম মরৈ।

অমনা –

ফজবা মীবু নুংশিনৈ। করিগী? মঙোন্দা ফজবা হায়বা গুণদু লৈ। অদুনা নুংশিনৈ। নুংশি-হৈবা মীবু নুংশিনৈ। করিগী? থকীগা অমত্তনি। মঙোন্দা নুংশি-হৈব হায়বা গুণ অদু তুডভী। অদুনা নুংশি। অদুনদি নুংশিরিবা থম্মোইগী মনুংশি নুংশিরিবা থম্মোই মহাক মশাগীনি হাযগদ্রা? হায়নীংঙাই করি নৈকনি! নুংশিরুবিবা মীওং অদুদা নুংশিননীংঙাই লৈবা গুণ অদুগী মঙাল মঙোন্দা তারবদনি। অদুনা মহাক্না নুংশিননীংঙাই গুণ লৈবা মীশক নুশিংকবদা পোক্লিবা মনুংশিগী দমক মহাকপু নুংশি-হৈবা থাক্তদি থম্লিংঙাই থোকপনা থম্মবগু নুংশি-হৈবদ-হৈবা হান্নবত্নদদি চ• বা যাদে। মবোল অমদা হায়রগা মঙোন্দা যজবা লৈবনা ফজবা অমনা য়েববদা অবংবরা মঙাল তারগা মঙাল পোকপগুম ফজবা মঙাল হৌবদনি। মহাক্কী ফজবনা হৌরিবত্নু মবুকথোক্কী নত্তবনা মঙোন্দা থাগৎনীংঙাই থোইনা লৈতে। চাকনিবনা চাকপীববু নুংশি। নুংশিবা অদু কনাগীনো? চাকপীবগীনি, চাকনিবগী নত্তে। অদুনা নুংশিননীংঙাই মগুণ লৈবা মীশক, পোৎশক নুংশিকবা মনুংশি অরাংবগী থাকচন্নিংঙাই কবি লৈ। নুংশিননিংঙাই লৈতবা চাকনিবদা নুংশিকরিবা চাকপীবগী মনুংশিদি অরাংবা থাকীনি।

মতাং অসীদা খন্ননীংঙাই মরম অচৌবা অমা লাক্লে।

চাকপীবা মীদা নুংশিননীঁঙাই মরম লৈবনা চাক্লিবনা মহাকপু নুংশিরুরিবদু চাক্লিবা মহাক্কী মগুণ নত্তবগুম চাকপীবনা চাক্লীবা নুংশিরুহনা চাক পীবিবা মনুংশি অতুস্মু চাকপীবা মহাক্কী নত্তে হায়নীঁঙাই লৈ। কবিনা! চাক্লীবদস্মু নুংশিননিংঙাই মগুণ তমা লৈ। মহাক্কী অতোনবা ফীভম অদু মহাক্কী মগুন্নি। মহাক্কী মগুণ অদু লৈবনা চাকপীবা মহাক্কী নুংশিবা হৌবনা মহাক্কা নুংশিহৈবত্তুগী তশে'বা মপু ওইনিংঙাই লৈতে। অফবনা নুংশিননিংঙাই মগুণ ওইবদা নুংশিকবনা নুংশি-হৈবা থাক্কী অরাংবদা কাদবগুম চাক্লিবগী অতোনবা ফীভম হায়বা নুংশিননিংঙাই অদুনা হৌদোক্কুনা নুংশিকরিবা মনুংশি উৎলিবা মহাকস্মু অরাংবা থাক্তা কানিঁঙাই লৈতে।

চুম্মি। ফজবস্মু গুন্নি: অদুগা অনংবস্মু গুন্নি। ফজবনা নুংশিননিংঙাই ওইবগুম অনংবশু ওই। অদুনা ফজবস্মু নুংশিনৈ, অদুগা অনংবশু নুংশিনৈ। অদুদা খেন্নবা অমত্তং লৈ। ফজবনা মীওইবদা নুংঙাইবা থুংলঙলকপনা মঙোন্দা মীওইবনা নুংশিবনা লম্মল শিংবনি। অদুগা অনংবা ফীভমদগীদি মীওইবনা কবি ফংনৈ? অরাম্বা ফংডি। অরাবা থুংলঙলক্লবদা নুংশিবা শিংবনি। থক্কীদনা তোংনৈ; অদুগা থাগীদনা মাঙনৈ। মাঙনা নুংশিবগা তোংনা নুংশিবগা অনীদা অহানবগীনা কাদনীঁঙাই করি লৈ! অরাবা শান্দোক্কুনা নুংঙাইবা মহুৎ লেপকে

হোৎনবদনা মশিঙ্গাং ওইরবা জগত্তা নুংঙাইবা পী.থাক্কনা অরাব লেপশিনবা তরাই তরাইবরা?

অরা-অনং তেংবাংবদা নুংঙাইবা পোক্তা? পোবই। অদুদি অরাবা লওশিল্লী করি হায়নীংঙাই লৈ। অনংববু তেংবাংবদগীশু নুংঙাইবা লাকই। অসীদশু থেন্নে। ফজবা নুংশিবনা নুংঙাইবা লেপশিল্লগা নুংশিবা মনম থীবনি। অদুগা অনংবা নুংশিবনা অরাবা লৌবগা নুংশিবা পীবনি। পোক্লিবা নুংঙাইবনা লৈনা শাৎকায়রগা লৈনম পোকপগুম নুংশিবনা মনম কুগায়জবদনি।

থক্কা সদানন্দগী মবীদা পন্নখিবা মুখবাগী '..... ইপা ইমাগী ইচ্ছা অতুগা ঐগী ইচ্ছাসু ' নচিংবা রাঙাংশিংনা মহাক অসী মশাগীদ ময়েংবী, মশাগী-নুংঙাইবদ-ম থিবী, মীগী-করিমত-খন্দবী নুপীনি হায়বা অতুম মতাকই। মী অমা ওইবগী হৌনশা নুংঙাইবদগী পোল্লকপনা পামফম থোক্কনা নুংঙাইবদি থেংনা পাম, জ্ঞানগী মঙালদি যংদবনা নুংঙাইবগী শকফম তশেংনা খঙদবনা লৈঙোই-তবংদা ঈখৌনাংবী শক্তিনা নুংশ-তরং তান্নবগুম অমম্বদা কঁঙাওনববী নুপীনি হাযবা হেক্ক মখডডী। অসীগুন্নবী পঙলবী নুপী অমবু পুকচেল-চাউবনা মহাক্কী পচ-জবা অদুগীদমক নুংশিবিবদা করি থল্লুর্নাংঙাই লৈ! অচৌবনা অরা-অনং অমদি অতোনবগীদমক রাবিহৈত্রবদা মহাক্কী অচৌবনা হিংনিংঙাই করি লৈ! অদুনদি সদানন্দগুম্বা যোগনা থোঙফম্নবা

পূকচেল অমনা মুখৱাবু মুংশিন্নিবদা কবি লান্নিংঙাই লৈ ! অসী গুম্বা মনুংশি করি পংথৈদা তাফম থোকই ? ওইথোক্তবদা তাগদরা নত্ত্রগা ওইব-য়াবদা তাগদরা ? অকোনবগীদা তাদনিংঙাই লৈবরা !

অদুগা অমনা—

নিপা, নুপী অনীগী মরী নুং-পাল অনীগীনি। পানগী মরীদি পানগী থৌরম কয়া কয়ানা থদৎপা য়াই। নুংগী মরীদি য়াদে। পানগীনদি লায়রক্নুনা নুংদূমক্কী মরমশিং মরুপ্ত থদৎপা ঙমদে। নুংঙাইনদবা, য়েংথিনবনচিংবা নুংগী ওইবশিংনা অনীগী মরী শোকপা ঙমদে। করিনা! নিপা-নুপী-ওইবা অনীনা তালোয-মপু ওইনা অহানবা শকথঙনবা নুমিত্তা, শক থঙদ-থঙনবা পূংফমদা মপুরোইবগী অথুপ্পা শকফম নুপী-ওইবগী অথুপ্পগা লাইগী ওইবা তিন্নরম অমনা তিন্নে। অনী অসীগী মতিন্নসীদি পুনশি অতুম মকোন্নরবনি। অথঙ-অউশিংনা মসী মখোয়গী যোগনা উরুবদগী, হৌজিক্কী জগৎকী অয়াম্বনা নিপা-ওইবা শা-গৈনা মশাগী য়েংহুনা নুপী ওইবা শাগে লাকশিনগদোবগী শীল্লম্বনি খন্নরিঘা নুপী ওইবনা মপুরোইবা অমদগী হেনবা য়াদবসী হৌ-দোক্লম্মী। নুপী-ওইবী অমনা কবিগুম্বা অমনা মরম্নহুনা মপু-রোইবা নত্তুনা অতৈ নিপা অমদগী মচা লোকবদা মহাক্কা তিন্ন-থ্নবা মপুরোইবগী অথুপ্পা শকফম্না মচা অদূগী নুংগী শরুক মপূং ওই। অদুনা লায়রোলগী জগৎনা মপুরোইবা লৈরিভৈদা মমাগী

খুভম কাহৌব্রবী মুপীশিংবু অনকপা ঈদগী মচা লৌনহল্লী। বিচিত্রবীর্য্যগী লৈমনা ব্যাসদেবদগী মচা ফংঙি; মচাশিং অদুনা মৃৎলগদৌবা শাগৈ কন্নৈ। ইজ্রাইল-মৌ রুথনা অনকপা ঈদগী মচা লৌহুনা শাগৈ কন্নৈ। স্পার্টান-মৌশিংনা অনকপা ঈদগী মচা লৌনহুনা স্পার্টান-শাগৈ মুভনবা খৌরাংঙি। ইতিহাস-পুরাণ, বাইবল, লাইকরগস্-নীতিনচিংবা কয়াবা উৎলী। হৌ-জিন্কী জগৎ অসীমক্তদসু বিজ্ঞাননা মুন্না খঙলবা জর্ম্মন-না মখোয়গী নিঙোলনা মীরাল ওংলুরবদা জর্ম্মন-ফৃঙাদা অমুক ওংনহন্দ্রি। করিগী! মীরাল ওংলুরবী জর্ম্মন-চনুশিং অদুদা জর্ম্মন ঈনা মচা পীরুরবশু ঈ অরেম্বদা তাই হায়বা মখোয়না বিজ্ঞাননা খঁঙি।

অসীগুম্বা তৎনবা য়াদ্রবা নিপা-নুপী অনীগী মরীনি। অদুনা অখণ্ড-অউশিংনা মুপীবু লৌফমনি, অথোইবা লন অমনি খঙনৈ। মশাগী মপোৎ অমা মীখুত্তা লৈখ্রবশু মীওইবনা মপোৎ অদুবু নুংশিবা তোকপ্রা? তোক্তে। জ্ঞাননা মপুংফারবা সদানন্দনা মাগী তশেংবা মপোৎ নুংশিরুবদা কল্পি অকায়বা লৈরু-নিংঙাই লৈ! অমরোমদনা নুপী-নিপা ওইবা অনীগী তৎনবা য়াদ্রবা মরী, মীওইবনা পঙনবদগী তৎনদনা তৎনরবনি তৎনরবা, মদ্না ভগৎকী অমাঙবদা মথোক্করিবা তসী পুম্নমক ভাবোক্তা উৎনীঁ-ঙাই মতীকচাবা মহাক্কী সদানন্দদা মুখরাগী নুংশিবনা নিরুম হাপ্লু-

বদনি হায়বদা করি থোইনা লান্নিংডাই লৈরকানি!

অদুগা অমুক অমনা—

নিপাবু নিপা কৌই; নুপীবু নুপী কৌই; নিপা-নুপী অনী পূল্লগনা ইমুং কৌই। ইমুংনা লৈকাই থোকই; লৈকাইনা লৈবাক ওই। অদুনা লৈবাক ইমুংগী অপোঙবা শকফমনি, ইমুং অচৌবনি। খোঙবু খোঙমান্নদবনা খোঙলৌ খোঙথীন্নবদগী লমথুংনবা ৱাবগুম নুপী-নিপা অনীনা খোঙমান্নদ্রবদা মীওইবনা নুংডাই-খোঙফম তান্নরিবা লমথুংনবা ৱায়; ৱাবদ নত্তে, য়ৌবা ঙম্নদে, য়ৌদে। অদুনা লফেনরবা লৈবাক অমা লমজুমগে থৌরাংবা অউবা থম্মোই কনানা নুপী-শাগৈ থনমতুনা নিপা-শাগৈদগী য়েংগদোবা লৈ!

নুং-পাল-নাইবা জগৎনি। নুংনা নুপীগীনি; অদুগা পাম-না নিপাগীনি। মাঙজোংনবা নিপাগী মপাঙ্গল করিনা ওই? খুদাফম অপবনা ওই। অদুগুম থবক্লবা নিপা ওইবা মপুনশিগী মপাঙ্গল নুপী ওইবনা ওই। করিনা! নুপী-ওইবনা, খুদাফম্না মাঙজোঙনবা নিপাগী মফমদা ওইবগুম নিপা ওইবদা মপাঙ্গল হাপ্পী। মহাক্না হাপ্পা পাঙ্গল অদুনা নিপা-ওইবা মহাক্না মহাক্কী থবক্লবা মপুনশিগী তৌনিংডাই থৌরম পূন্নমক পাঙথোক্নুনা মশাগী অমদি মপাঙ্গল হাপ্লিবী নুপী-ওইবী অদুগী নুংডাইরম য়াল্লী। 'পুরুষনা মহাক্কী অফোঙবা মশক প্রকৃতিগী মপাল

তাংহনা জগৎকী য়াইফরম শীল্লী' দর্শন-না অহনা তত্তনা তাক্লী।

নিপাগী ফভম্না মুপীনি। মুপীগীনা নিপানি। অমনা অমবু শান্নপোৎ, মুংডাই-পোৎ ওইনা, চৎপা য়াদে। চৎনরবদা অনীমকী অফরম মূৎলী। ঐঃনা নাপন্নরবা জগৎনা মপাঙ্গবগী ময়াইনা মমখিবদগী মুপী ওইবী শাগৈবু নৈহৎলকপা, নৈহৎপা অমদি নৈহৎলিবা পুরাণ-না, ইতিহাসনা কয়া কয়া উৎলী। নীপা-ওইবনা মপাঙ্গল-লান্না শীজিন্নবকপদগী মুপী ওইবী শাগৈদা নিপাবু নুংশিফম থোকপনা নুংশিরবশু, থোঙলোয়নফম থোকপনা থোঙলোয়নরবশু মথোয়বু ঙম্নীংবা, মথোয়গী মথূত্তগী নাম্থোক্লীংবা পূকচেল অমদি ইচেন্দা চেন্নহনা মরৈ। করিনা!

থরায়-ওইবনা মডাল অমা ইকোন্দা কোন্নৈ। মসীবু দর্শন-না খূঞ্জিল্লকপা মডাল কৌই। কবিগী? মহাক্কী পুনশি খোঙফম খোঙফম খূদিংদগী চেন্নরক্লবা মডানগী মরম কয়া কয়াগী অপূনবা মডালনি। সমুদ্র-তম্বা তুরেন্না কৈদৌই? লৈপাক লৈথাং য়েনা য়েনা চেল্লী; মফম মফম খূদিংদা অচৌবা খঙদে, অপীকপা খঙদে, ঈরম কয়া কয়া থেংনৈ; ঈরমশিং অদূনা মঙোন্দা হৈরবা ঈরম-ঈওং পূন্নমক মশাগী খোঙহৌদা কোন্নরকপা ঈপূংদা পুনশিন্দুনা নম্বোননা মহাক্কী পম্থুং অহুম মতাল্লি। অদূগুম থরায়শু মহাক্কী পুনশি খোঙফম খোঙকমদা থেংনরকপা মডালগী মরম পূন্নমক পুল্লপ শাগোন-মুঙোন্নানা পম্থুং খোঙফম তাল্লী।

খোঙকম খোঙকমদা মহাক্না তৌরু-তৌরুবা থবক্কী থৌওং, মহাক্না চৎলু-চৎলুবা শাজংকী মওংনা মহাক্কী শক্তম হেক হেক লাক্‌না ওইরু-ওইরুবা শাওং শাওং পূম্নমক্কা মঙাল অসীমদি অহুম লোয়চৈ। চেনবদি চেন্নরগা শাওং খুদিংদা মঙাল অসী লোই-না লোইনা ফুদোকপদি তৌদে। ওইরু-ওইরুরিবা শাওং-শাফম অদুগী চুনবা শকক অদুদ মফুদোকই। অদুনা য়েন্নাউনা চৎপদ হৈবদা নাবক চঁঙী; ঙানু মচানা ঈশিংদা কুম্মী। করিগী! য়েন্দা য়েনগী চুনবা অদুগা ঙানুদা ঙানুগী চুনবদুদা, অদুথক্ত মফুদোকই।

থরায়না নুপী ওইবরবদা মহাক্কী শাগোম্নবা মঙাল নুপীগী চুনবা শকক অদু ফুদোকই। নিপা, নুপী ঐখোয়বু ঙম্বা কাঙ-বুনি, মখোয়গী নুংঙ ইনবা য়েংহুনা ঐখোয়বু নৈবা কাঙলুপনি হায়বা রাখল অসি মখোয়গী ফুদোরকপা মঙাল অদুনা পোকপা অমনি। অদুনা মম্লে মম্লা ঙাম্লে ঙাম্লা নুপী ওইবগী নুংদা নিপা ওইববু তাথৌবা হৌই। মখোয়বু ঙমগে অমদি মখোয়গী মথুওগী নাম্থোক্কে হায়বা রাখল অমা মখোয়গী থম্মোইমুংদা ইচেন্দ মচেন্নৈ। অসীগুম্বী মলোম অমা মুজোন্নববী নুপীবু নিপা -ওইবনা অকনবনা লাকশিনগে থৌরাংলুরবদা মখোয়গী অকন-বদুগা নুপী ওইবী থম্মোইগী অকনবদুগা য়ৈনৈ। অকনবা অনী থেংনরবদা অমুক্তা নত্রবশু অমুক্তদি মৈহৌবা মশিঙ্গাংনি।

'মৈরিক্তগী মৈঙ্গাউবী হৌই' হাগৎনা পাউয়ৌনৈ। মুপী নিপা মুংশিনবগী মতিক য়েংথিনৈ; মথোয়গী মরী কল্লী; কনবগী মতীক থাকই। অদুনা হৈরগা পুনশি খোঙফম মুংঙাই; অরেপ্পা মুংঙাইবগী খোঙফম ঈংনা খোঙফম্মবা ঙম্মি; হৈত্তবগা মুংঙাইব-খোঙফম্মবা ঙমদে।

মলোম মুঙ্গোম্নরবী মুপী ওইবী শাগৈবু অমেঙবা শাজত্তনা পুন্দুনা মুংঙাইবগী মায়গৈদা খোঙলোয়মিন্নগদবনি, অদুগা লম-থোইদ-থোইববী মুপীমকস্তু অমেঙবা শাজৎকী মফমদা পিবোয়-ননা মশাগী মবাল যাজদনিংঙাই লৈত্তবনি উৎকে হায়বগী দমক খোর্জেনা সদানন্দনা মুখবা মুংশিবা হাপ্লুবনি হায়বগা ভাবোক্লা করি চিংননীঙাই লৈ!

অদুগা অমুকস্তু অমনা—

'সংসার ত্রাবগী মশকনি। অরানবা খুভম ত্রাব-লমথৈগী রাংমদনি। অবানবা খুভমদা, খুভমদুদদা ব্রহ্মাগী মনুঙাই যংঙী। ব্রহ্মাগী মনুঙাইদি অরা-অনংগী ঈথক-ইপোম চাদে—রাংমদা-রাংমদনি। অরানবা খুভম-ফংলবা মী ব্রহ্মাগী মশকনি। লম্মল-লৈত্তবা থরাযদনা খুভম অসী ফংবা ঙম্মি।' দর্শন-না তাক্লী।

লম্মল—লঙঙুবগী মমল হায়বনি। থরায় ওইবনা সংসার অসীদা চঁঙকপদা, চঙবদ হৌরকপদা থূৎলং লোবা হৌই।

মপাগী খুংলং—মতেং লৌহ্নুনা সংসারদা মখোঙ থাংজিনবা হৌই; মমাগী মতেং লৌহুনা জগৎ উনৈ। মমা-মপা অনীগী মতেংনা থবক্লবা পুনশিগী থবক্কী পাঙ্গল তান্নৈ। অদূনা মখোয় অনীগী লম্মল তোল্লি। মথংদা, শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপীজাশিংগী মখূৎ লঙবা হৌই; মখোয়গী লম্মল তোনশিল্লি; লৈবাক্কী মখূৎ লঙশিল্লী; লৈবাক্কী লম্মল তোনশিল্লি। জ্ঞান-লৈবা মীনা লম্মল পূম্নমক অসী শিংদোক্লমহুনা মশা পূমম্নাং য়াংনা চৎখি। জ্ঞান-লৈতবনা লম্মন্দ তোনশিন্দুনা জগৎ অসীদা নৈশিল-নৈশিল অহুম মরৈ। পৃথিবীনা মহাক্কী চিংশিনব-পাঙ্গন্না পোৎলম পূম্ন-মক চিংবগুম সংসারনা লম্মন্না থব্রায় পূম্নমক মঙোন্দা যাজীল্লি।

সদানন্দ—মপা লৈত্রে; মপাগী দমক তৌফম থোকপা তৌখে। মমাশু লৈত্রে; মমাগী দমক তৌফম থোকপশু তৌখে। য়ূম অমগী মী অমা ওইনা তৌফম থোকপা, লৈবাক্কী মী অমা ওইনা তৌফম থোকপা—অনীমক পূন্না মশা কৎথোক্লূনা তৌরি। মঙোন্দা খুবৌনিংঙাই করি লৈরি? লৈরি; অমত্তং লৈরি। মহাক্না য়ূম অমগী মপূ ওইনা লৈবিঙৈদা মপূ ওইবগী মথৌ তৌদনা মুথরাগী মপাল লেমতাং তাংখিবা অমা লৈরি। অদূগী লম্মল অমা মঙোন্দা লৈরি। লম্মন অদূমভং কোক্লবদি মহাক্কী লেঙদবা নুঙাইবগী খোঙফমদা খুরৌনিংঙাই কবিগুম্বা অমত্তা লৈত্রে। মাদূ মহাক্না কোকথোক্লমদ্রবদা মাদূনা মরম্নহুনা সং-সারনা মহাকপু চিংথনিংঙাই লৈ।

অমনা—

অঙানবগী মরমচৎ করিনো? অমম্বা কোকপনি। অক্নবগীনা করিনো? অনৈবা মাঙহনবনি। অঙানবনা অমম্বা কোক্লদ্রবদা অদ্গা অক্নবনা অনৈবা মাঙহল্লদ্রবদা মখোয়গী করি মগুণ লৈ! সদানন্দগুপ্তা অঙানবা, অক্নবা থম্মোইনা মহাক্না নক্নবা মুখবা-গুপ্তী অমম্বা, তনৈবা থম্মোয়গী অমম্বা, অনৈবা করি কোক্লিং-ঙাই ওইরোই। মহাক্না মুখরাবু কল্লমদ্রবদা মহাক্না তাল্লিবা জগৎ মঙ্গল পাঙনক্ম থোকপ্রা? থোক্কে। মহাকপু শেংদোক্লম্বা মহাক্কী তৌক্ম থোকপা মথৌগী মনুংদনি।

লায়েং-শৈবা মাইবনা কৈদোই? অনাবা মশক খঙনা হিদাক পী, হ্বু হ্না লায়েংনৈ। মুখবা অপাম্বনা হাবৰী থম্মোইনি। মহাক্কী অপাম্বা লাইনাদা অপাম্বা চানা থাবগা অনাবা কোকদবনি।

অদ্গা অমনা—

'ঈগী মমল ঈতানক্দে। ঙাকপিবদনা ঈমল তানগদবনি।' অখণ্ড-অউশিংনা পাউরৌনৈ। কবিনা! ঈতান্নবনা ঈতান্নবা পোকই, ঈ তানবা লোইদে--লোইবা থক নাইদে। ঙাকপিবনা ঈমল শিংলবদা, শিংলবতদা লৌই। মৈচাক ফরবা, চারুগেদা হায়রবা যজ্ঞগী মৈনা হোম চারগা নোং পীনতুনা পৃথীদা মহৈ মরোং পোকপগুম ঈদ-থক্লগে-হায়ববা থম্মোই ঙাকপিব-হোম

হেক ফংবদা মিংকী পি পীনৈ; পিগী নোং লাংলবদা শ্লেথি-নরম্বা মফম মুংশিনবা পোক্কই!

অসীদগী সদানন্দদা থোর্জ্জিনা মুখরাবু মুংশিবা হায়ৱনি, অমদি মহাক্কী অথোকপা শেনফমদগী মুখয়াগী শরুক তম্মানুবনি হায়রুবদা ভাবোক কনাগী থম্মোই য়ানিংঙোইদৌবা লৈ!

অমুক শূপ্না হায়কুরবদা, সদানন্দ মশাগী কৌব য়েংঙয়োই লেপ্পবা, মশা লৈবাক্তা কখোক্লগ নীংলিবা, অমদি নীংশিংহনু তাননবা তাপ্লক্লিবা থম্মোইনি। মঙোদা অশাউবা, মুঙাইতবনচিংবা মীওইবগী লীচৎশিং অসী লৈফম থোকপনা লৈরবগু মহু য়ৈথেক্লবা থম্মোইনি। হায়বিবা অশাউবনচিংবা শারমচৎনা শিথরকপদগী নুংশিহৈবনচিংবা লাইবমচৎনা মপূং-মরৈ-ফাগৎলকপা থম্মোইনি। চুম্না লাইরিক-হৈবন নত্তুনা কুপ্না লাইগু-খংনা-হৈরবা থম্মোইনি। মীওইবনা নুংথিন্নরবা মতম্না মহাক্না নোংজানরবা, অদুগা মীওইবনা নোংজানরবা মতম্না মহাক্না নুংথিন্নরবা থরায়নি।

ধর্ম্মানন্দগা য়ারী সারকপদা মহাক্না হায়রকপা '......নং ঐগী পুন্সিগী লম্বেল তিন্নদে।' অদুগা মুখরাগী মরীদা মহাক্না অমুক মঙোন্দা হায়রকপা '........ মুখবাদা দোষ তৌরুহনা কান্নদে। মাগা ঐগা শিক্ষা-দীক্ষা মান্নদবননি।' অসীনচিংবা য়াঙাং কয়া কয়ানা মহাক্কী থাক শারমচৎ-মীরমচৎ অমীগী মথক্তনি; লাইরমচত্তনা খোঙফমরবা পুনশিনি হায়বা তশেং-তশেং তরং-তরং তাক্লী।

সদানন্দ অফব-তানখংলকপা অমা ওইনা রারৌনফম-ওইবী মুখরা মুংশি। থম্মোই-পানবা অমা ওইনা মিংয়েং-তোল্লবী মুখরাগী দমক রাবি। লাইরিক হৈবা, লাইসু খঙবা অমা ওইনা পানগী তংনরনদি লায়রহুনা মুংগীমরুগু থদংপা য়াদ্রবা মুখরাগা মহাক্কী মরীনি খঙহুনা মহারা মহাকপু মুংশি; অদুগা অমনা, লমথোইনীংবনা শাগোন্নরবী মুপীনি খঙহুনা মহাক্না মহাকপু মুংশি। লম্মল তোনবা অমা ওইনা মহাক্না মহাকপু মুংশি। ঙাকপিবা, মুংশিবতনা য়েংথিবনচিংবা অকায়বা লীচং পুম্নমক মরু যংনা মাঙহনবা ঙম্মি উহুনা মহাক্না মহাকপু মুংশি। ...... অসীনচিংবা।

অদুনা খোর্জেনা মহাক্কী সদানন্দ-খূংয়েক্না মুখবা মুংশি-বনা মিরুম হাপ্পুবা করিগু কায়দে। কায়দবদ নত্তনা হাপফম্মক থোকপনি হায়বদা য়াদ্রিংঙাই লৈত্রবনি।

মুখরা—

সদানন্দগী মবীদা পনখিবা মহাক্কী রাঙাং-শাঙাং কয়ানা মহাক অসা শিক্ষা-দীক্ষা-লৈতবী ভপঙবী মুপীনি হায়বা তাকই। মহাক্কী মপুনশিংগী মিংয়েং নিপা মপাল তাংহুনা নীংবা থুংনা চাব শেৎপনি। চাব শেৎপা মনীং থুংদ্রবদা যুমথাং অমা লানবদা বরিগু নাচুংব-লৈতর্বা মুপীনি। মহারা মুংশিবা হায়ববু মশাদনি। শম্মা হায়রুববদা শায়মচেনা মপুং৽বী শক্তমনি।

শারমচৎনা মপুংনবী নুপী অমগী শক্তম ওইনা য়েংবদদি ফজদনিংঙাই থোইনা উদে। লৈচিল-মায়খুম্নবী তুফক্লবী নিংথম মালংগুম অমম্বা খিবোয়নবী শারমচৎনা উংলবী মুখরাগী শক্তম উবদা মশাগীদ-য়েংলবা জগৎকী শকফম ভাবোক্কী মিৎলমদা ভাবনা ভাবাক-ওইবা থম্মোই করি মুন্দনিংঙাই লৈ! অদুদা, কুম্মোয়নবা লৈচিন্না মপাল ফভম থোকপনা মরোল ফনা কুংনা লেপ্পুনগু কোরৌ-মঙান্দা মায়থীভম থোকপদগী তত্তনা মায়থী-ফীকুক খুম্বগুম, অনৈবা রাথম্মা অরুবা মঙাল লাংবদা অনৈবা কোক্লাঁঙাই ওইবনা সদানন্দগী মঙাল লাংবদা অমম্বা-ফীরায়নরম্বী শারমচৎনা উংলম্বী মুখরাগী অমম্বনা কোক্লকপা, শারমচৎনা শিথরকপা অমা ভাবোক্লা উই। মতাং অমদা থোর্জেনা মুখরাগী মপাউ ইরি—'ঐতগী দোষনি।' 'ইবুঙো, নংবু ঐনা কাওবা ঙমজদে। ঐনা লন-থুমগী মুঙাইববু মুঙাইবনি খল্লুবনা ইবুঙো নংগী অচুম লম্বেল অদু থংবা ঙমজদবনি। ঐবু ঙাক-পিয়ুকো।' অসীনা করি তাকই? মুখরা মমিৎ পাঙদ্রিবরা!

বৃন্দাদেবী মখোংদা মপি ওরো ওরো শিন্থরহনা কপ্পুনা সোল্লম্মা '..... ইমা ইবেম্মা বৃন্দাদেবী, ঙসি ঐনা শিন্থরিবা পাপকী পি অসিনা শেংলবা নংপাং মাংহল্লে হাইহনা রারোবিগনুকো। মসি ঐগী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত ওইজগেকো। ......' মুখরাগী লাল্লুবা মিৎয়েং, লঁঙুবা পাপ নীঁঙমদব-মৈরায়বদা

মনিজ ওইনা কাঞ্জিবনা! অঙৌবা মুংশিব-মুংশিং লাংবদা মিংলুগী অঙৌবা পিগী নোং চুক্রিবরা! মখ্রাগী অমম্বা তাকখরে; মশাদা মঙাল মৈরে। মতুংইন্না মশাগী মরাল উজরে; মুংদা নীংউমদব-মৈ য়োৎরে: নীংউমদব-মৈশা লাংবদা মহাক্কী মরাল মনিম্মচুনা পাইখৎপক্লে; সদানন্দ মুংশিবা অঙৌবা মুংশিং থেংনবদা পি শুংলে; মিংলুদা পি শিন্থরক্লে—শিন্থরে।

অহানবদা মখ্রা করম্বা শক্তমদা ভাবোক্কী মিংলমদা তাই? লৈচিল-ফিরোয়নবী তুফক্কবী নিংথম মালেমগী শক্তমনি। হৌ-জিক্লা করি ওইনা চোংথোক্লে? কোবৌ মঙাল-লাংলবী, লীক্লা-ঈচোং-ঈরংনরবী মালেম মাগী শক্তমদু ফাওরে। পারিবা মওং অনীনবু চাবু চাদ্রি। চীংখোঙ কোম্বব ভাবোক্তা মুনিংনা থংতা হেক তাখিবদা চীংমায়না করি শক্তম লৌই? তুজুংনা হুঙাইবা কিনা য়েংমিংবা ও স্নূকপা শক্তম অমা লৌই। ভাবোক কিনা অতুম ময়েংঙি, মাজুংনা অতুম মতুংঙাই। করিনা! অকিবা, তুজুংবা রস—মহাউ অমনি। মহাউ চুপহৈবা থম্মোই করি য়েংদনিংঙাই লৈ! চীংমায় মঙোন্দা করি শকওং অমা লাকই? থানা হেক চোংথোরকপা থাবলগী ইংহৌদা রূপা ঈবী ঈরায়নবা ঈংলবা মেঙ্কবা শকওল অমা লাকই। শকওল অদু লাকপদা ভাবোক ওইবা থম্মোই কনা ঈংদনীংঙাই লৈ!

মশাদ য়েংলবী তমথীরবী মুখরাগী শক্তম, নীংউমদব-পীরোয়-

পিফম্ন.বী মুখরাগী শকুম—শকফম অনী অসী উবদা য়াচং-চীং-থোঙনা ওইরগুম ওইদনিংঙাই করি লৈ!

খোঙ্জেল্লী মুখরা থূংয়েক অমুম্নদি ফজরবদা থূংলোইদা থরদং স্বগক্ৰবিবগুম্বা অমত্তং উবগুম তৌই। রারীগী মিংথোঙা সদানন্দ ওইরম্বা থোক্লবদি সদানন্দগী লীচং মপূং-মরৈ কাবনা রারীনা ভাল্লমকম থোকপনা, অমদি তেংবাংবা লীচং অতৈদা মিংয়েং পক্কন কম্না থমলুফম থোক্লবনা য়েক্লিবা থূংয়েক অসীমক হেন্দোক্লা চাববনি লেপ্লম্বগু য়াই। অদূদা, রারীগী মিংথোল 'থাদোকপা' নি; নায়কনা সদানন্দনি; নায়িকানা মুখরানি। সদানন্দনা মহাক্কী শকক্তা শান্নয়িবা অদূমক মুখরানগু মহাক্কীদা শান্নরগা ভাবোক্লা কূমৈ মপূং ফানা থোকপদা নত্তনা লীচং অনীমক্কীগু মপূং মরৈ ফাহনা মশক-মচু-থোকপা হেনগদবনি।

সদানন্দ থাদোকপা হায়বা অদূমক্কী শকফম অমা নীংজিল্লা তানা য়েবই হায়কুবদা রাহঙ্গিনবা থোক্তনিংঙাই লৈতে। থবক থঙদে, অমা থঙদে, জগৎসিদা করিগুম্বা অমত্ত মদোম তাবা লৈতে; মতাং মতাংদগু অথিন্নবা নক্সরবসু মমিনা শামিন্না অচুম্বা অসীগী মরম কয়াগু নৈনখ্রে। অমনা থাদোকপা, অতৈ অমনা অমদি অতৈ-অতৈনা কান্নবা জগৎকী হৌনখিনি। অদুনা, থা-দোকপগী মশক সদানন্দগী থাদোকপনা কনানা অমদি কনা-কনানা কান্নৈ হায়বগু ভাবোক্লা মতাং চানা উনখ্রে: মুখরা

কান্নে; খুঞ্জা কান্নে; লৈবাক কান্নে; তোপ্পা নত্রগা পূন্না কয়া কয়ানা কান্নে। অসীগুম্বা থবক ওংদা অসীনা পীনবা কান্নবা মকান্না অসী মরোল অনী চৎলী; অমনা পানগীনি; অদুগা অমনা মুংগীনি। কনাগুম্বা পীনহৈবা থম্মোই অমদগী কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমা ফংনৈ। করিগুম্বা অদু করিনো? পীনহৈবা থম্মোইগী পীনহৈবা অদুনা পানগী শকফম মতমগী অচাবা অমা ওইহনা থোরকপা নত্রা! মমা-মপা ওইবনা মচা-মস্পূগী দমক লল তান্দুনা পৈরম্মী। অদু লল-লা! মমা-মপা ওইনা থম্মোইগী মচা-মস্পূ-মুংশিবা মহুংশিনা পালগী শক্তম লৌহুনা লল ওইহুনা তুংহৌবদনি! কনাগুম্বা মরুপ অমনা মহাক্কী কনাগুম্বা মরুপ অমদা থূদোল-পোৎ তমা পীনৈ। অদু করিনো? মরুপ ওইবগী মুংশিবগী পানগী শকফম নত্রা! অদুনদি যংলিবা কাওবূদা করি ওইরফম থোকই? পান্দনা পোৎ যংডি; অদুগা মুংদনা অফবা গুণগী মঙাল যংডি। মঙান্না লান্নবদা ময়ে মম্না, লংলে লংনা ঙান্দনিংঙাই লৈত্রা! অরংবা পোৎলমদি লায়রহুনা লৈ-মায়দগু মঙাল শম্নবদা লংথত্রা! অদুনা সদানন্দগী থাদোকপনা লৈবাক, নিংথৌ, মুখ্যরানচিংবা পুম্নমক পানগী কান্নবদ নত্তনা মুংগীগু কান্নে। মথোয়গী থম্মোইনা লুবকপা ভাবোক্তা অমুক নীংসংলুবগী কান্নীঁঙাই করি থোইনা লৈরি!

অস্নুম্না কান্নফম থোকপনা পুম্নমক ইকান কান্নরে হায়বদি উরে। মথোয়গী কান্নবা উৎপা অদুনা সদানন্দগী থাদোকপা-

শকফমগী মচুম্ন থোক্লে হান্নবা খঙলে। অদুদা মহাক্কী মচুনা শেংবদা অসী মঙাইরে হায়বসীমক্তি করিনা মপুং ওইনা লেপ-ফম থোকই? মুখরাগী হুল্লকপা শাহুন্না লেপফম থোক্ত্রা! থোকই। করিনা, মহাক্না ব্রারীদা তায়োন-মায়োক্লবীনি। মহাকপু সদানন্দগী থাদোকপনা পূমকান কান্নবা পীবা ওয়্নবদদা মহাক্কী থাদোকপা থাদোকপদ-থাদোকপা ওইগদৌরিবনি—খোর্জেগী থা-দোকপা খুংয়েক অয়োবা কাগদৌবনি।

সদানন্দগী থাদোকপনা মুখরা লল ফংনৈ, ভাবোক্লা উই। পান্দা লল ফংবদ নত্তনা হুংদগু থাদোকপদূগী মঙাল ফংফম থোকপনা অতুম মফংডি। অতুম্ন ভাবোক্লা অতুম মউই। থা-দোকপগী মঙান্না য়ৈরবদা মুখরাদা অতুম মপাল্লি; মহাক মশানা মশাগী মবাল উজৈ, সদানন্দদা লাল্লে চঙজৈ, মশা মথন্দ মহাক্কী লঙখিবা মরালগীদমক ব্রাহুনা, নীঁঙমদহুনা অতুম কপচৈ। অদুফাওবগু ভাবোক্লা উই। অদুগী মথং—নীঁঙমদব-মৈশা-লাংলবী মুখরাগী অরোইবা পুনশি-থোঙফম ফিজঙ মন্নুংদা খোর্জেনা থুপথিবনা ভাবোক্কী মিংলমদগী মহাক্কী শক্তম তাখে। নীঁঙমদব-মৈনা চাকথেক্কুনা উৎপুং ওইনা তাবা মুখরাগী শক-ফম, শকফম অদুদগী চোংথোরকপা তনৌ-তনৌবা, তরু-তরুবা অনৌবা শক্তম, অনৌবা শক্তম্না পোকপমক য়োত্রবগু, পোক্লক্লিং-ঙাই ওইবা উৎপুং ওইনা তাবা শক্তম অদুফাওবদদি খোর্জেনা

উংকম থোকপ্রা খল্লুববদা ভাঁবোক্কী পঙলাল লান্নিংঙাই লৈ-রেহি। করিমা!

থোর্জেংগী মখুরা খুংয়েক্কা সেক্সপীয়রগী সেম্ব-থোক্রবা বেন্নী-বেলগী শকফমগুম উদে নত্রগা মচু-ওনবা-লৈত্রবা মৈহৌলগী শক-ফমগু ফাওদে। তনী অসীগী মহুংদা অমগীবু ওইরবগু অমগীবু ওইরবগু শক্তা-চুরা তমতং উরবদা ভাবোক্লা করি খন্নীঙঙাই লৈরমদে। মদুদি মখুরাদদি থোক্তে। অদুগা মগী শকওল মপুং উনিংডি।

নীঁঙমদবা, মৈগা অথঙ-অউশিংনা পান্দয়ে। মৈনা কেদৌই? চাক্কই, অফংবা পূম্নমক চাবই। অদুদা মেওা রায়রবা পোং পূম্নমক লোইনা হেক্তে মচারে হায়বদি লেতে। তদুগুম নীঁঙম-দ্রবা থম্মোই হেক্ত মফরে হায়নীঁঙাই লেতে। পূমচাক্তি চাক-খিদবা মৈদি রায়কক্রবা পোং য়াম্মা নী থিনা হিংহনা লেনবা য়াওই। অদুগুম লঁঙুবা মরাল অমগীদমক্তে নীঁঙম্মুদ্রবা থম্মে ইগু মৈচাক খরদং পুক্নরগা হায়গী ফীভমদা তারনিংঙাই লেতে করিগু হায়নীঁঙাই লৈতে। তদুনা নীঁঙমজ্রবী মখুরাগী অরাইবা মপুনশি মফরনিনা হায়কনীঁঙাই করি লৈকগনি! থোর্জেংনা লোইনা উংলমদবনা ভাবোক্কী মুঙাইবগী শক্কক য়াম্মা মাঙনৈ। মাঙনরিবা অদুগু চুম্না খরদং চিংননীঁঙাই ওইবা মরমদনা নত্তে। সদানন্দগী অরোইবা মখুরা গী পাউখুম ভাবোক্লা ফংদবনা মখুরগী অরোই-বা থোঙফম ফরে হায়বা থাজদনীঁঙাই অমা লৈ।

অদুনা সদানন্দগী থাদোকপগা মুখরাগী থাদোক্লবগা অনীনা ঈশ্বরকপা য়ারীনা উৎলীবসীদা কৈচু অমা ওইনা থোকপন্না ভাবোক্কী মুমৈ মপুং ফাদে। মপুং ফাদবদ নত্তনা থাদোকপা হায়বা অসীগী মমায়দা লাম্হোং-শীনবা ফনা হৈচুনও লায়া কৈচুদা লোইরবদ লাঞ্জিংলুবগী মমায়-পাককম লৈতবগুম মায়থীবা মমি তাবগুম উই।

অদুগা অমনা—

থাদোকপগী মশকও মুন্না থওবা ভমদথদ নত্তনা, অয়ানবা, অয়ানবগী খোঙকক, অয়ানবগী মৈচাক, মৈচাক মহাক্কী মশক্কম নীংথিনা থওননবগী তাঞ্জা পীদে।

শম্না তিংনা হায়রবদা সদানন্দ-মুখরা অনিগী থুংয়েক তোঁঙাল তোঁঙাল য়েংবদা অঙকপা ফংনা নীংথিজ্রে ; অনী পুম্না য়েঁঙকপা মতমদদি চুশিন্নবা থরদং য়াংনা উই। মুখরানা কেন্নীবেলদ-কেন্নীবেল, মৈতাল-দ-মৈতাল ওইনা মহাক্কী অহানবা চোংথোরকপা মশাগীদ-য়েংবা শকফম অদুদা হৈরেঙ-লেঙদনা অত্তুম মশৈরগা থাদোকপগী মশক ওইবা সদানন্দনা থাদোকপনা মহাক্কী লীচৎনীনা অত্তুম মথাদোক্লবা অমা থাদোকপা হায়বদুগী নীংথিবা মপুং-মরৈ-ফাবা শক্কম ভাবোক্কী মিৎমাঙদা তারমগনি ; নত্রগা সদানন্দগী থাদোকপগী মঙাম্না মমিৎ-পাঙলক্তুনা মশাগী মরাল থওলবী, মশাগী মরাল থওজরকপদগী মমিত্তা মপি তানা মহাক্না লঁঙুরবা

সদানন্দদা চঙ্জরবা 'অনৌবি মশা মশাদা লঙ্বা মরাসগী নীংথম-দবনা বৃন্দাগী মখোংদা থোক্লুনা মশান্দ কপ্পবী মুখরাগী শকফম, শকফম মহাক্কী শকওল অমা উংলীবসী পুমনোই লোইনা উত্তুনা মৈচওবা সনাগুম তরু-তরুবা মহাক্কী শক্তম পুথোক্লুবা অমা থাদোকপা হায়বদুগী অংকপা মপাঙ্গল ভাবোক্কা মমিং থুম্মা উরমগনি ; মুখরাগী মওংনা ভাবোক্কী থম্মোইদা থাদোকপবু সুংশিবা, সুংশিদ সুংশিবা অমা হাপ্পনগনি। খোর্জেইনা মুখরাগী শক্তম লোই-শিন্দবনা থাদোকপা হায়বা লীচংকী মগুণ শেংনা ফোঙদোক্লে। ক্রখিনা, থাদোকপা-লীচংনবা সদানন্দনা মশাগী-য়েংবী মুখরাবু ঙমদ মঙমখেৎদনা হায়বা অমা ভাবোক্কা উবা ফংদ্রে, ঙম্মেদা হায়না লোবা য়াবগা ঙম্মমদবা য়াইদা হায়না লোবা য়াবগা অনীমক্কা মপাঙ্গল চপমান্নানা লেপখিবনা ভাবোক্কী রাখল-লংজীল মাঙননীংডাই অমা ওই! অদুনা থাদোকপগী সেম্বা-থোক্লবগা শম্নবদা ফজবা মফজগু মাঙলে ; অদুগা সেম্ব-থোকপগা শম্নবদা যজবা মফজগু, য়োই য়োদে থঙদবনা মপুং ফানা উদ্রে। অদুনা মুখরা রোমদগী সদানন্দগী য়েঁংকপদা অঙ্ক-কাঙলোন চুম্না ফোন্দাদবগুম ভাবোক্তা থোকই হায়রুবদা থোইনা হেক্সিন্নিংডাই ওইদবগুম থোকই।

লীংজংনা উয়াল্লী, খোর্জেইনা লাইরিক ই নীংহুনা উয়ানবা, অইবা খিনদবগুম য়ারী মপু থাদোকপনি কাউহুনা সদানন্দগী য়ারী লীরুবদগী শোয়রিবা মশোয় অসীদ নত্তুনা খোর্জেইগী

অচৌবা মশোয় অমগা ভাবোক্তা খোঙজক খুদিংদা থেৎনৈ। হৌজিক ফাওবদা মৈতৈলোলগী লোইচেল (ব্যাকরণ) অদুবা অমত্তু লৈত্রবদা লৈদ্রবগী মরম অদীমনী, মতুংইন্না খোর্জেইগী য়াচল অদীমা শোয়রে হায়দুনা লৈত্রবত্তু লোইচেল মহাক্কী লোক্কম মতমগা য়াওমিন্নদবা লোলগী ওইরিবা মওংনা য়াদবা য়াচল কয়া কয়ানা য়ারী পাথবদা। লৌথিনবদ মত্তুনা য়াথলগী ইচেলদত্তু ইপদৈ; ভাবোক্কী খুঁঙাইবগী সিরি চেনবা ইচেল থক-থক থক-থক ইপদৈ। খোর্জেইনা ইরি—

‘........ইপা ইমাগী ইচ্ছা অত্তুগা ঐগী ইচ্ছাসু........ মহাক্কী নপাল চাত্রবনি।’ ‘নপাল চাগত্রা হাইববু চরাসু নোংমা নোংমগী ছেল্লে।’

অহানবগীদনা ‘ইপা ইমাগী ইচ্ছাসু ঐগী ইচ্ছাসু’ অদুগা অকোনবগীদনা ‘চরাহুম’ ওইবনা চুক্কগত্রা ভাবোক্তা মঙ্গী হায়বদ অতৈনা য়ারোইদৌনিঙাই থোইনা লৈদেনা থনবদা করি লাক্নিঙাই নৈ!

‘ঐনা নংবু শেম্বা ওমত্রবুনা....... নংবু...মীগী মথুক্তা শিন্নথোকখিবনি। অত্তুনা নংগী দমক হোৎনবিন্নিবা মী অত্তুদা ঐসু ওস্বামখৈ মতেং পাংগনি।’ খোর্জেইনা ই।

মথক্কী অসী সদানন্দনা মুখরাগী মপামদা শেল থিনবা চৎপদা মুখরানা ময়ুম অমদা পানবা তারত্তুনা মঙোন্দ হায়রকপা

'পাজিখোইনা ঐ অসে নিপা অমদা লৈনবা থৌরাং লোইরে ।'
'ঐগীদি খ্বানীংবা য়ামদ্রবা করিমতা লৈতে। অত্থমদি ওইরগা
ঐনা য়াবদি চুমদে। অঙ্গুম্ অমুক অহল-লমনগী য়াথং হাইবদু
লৈবসিদা ঐবু তৌরম্ম থংদরে ।' য়াঙাঙশিং অসী তাবদা
মহাক্না 'থংলে। নংনা নিংবা অমা তৌখিবদা ঐনা নংগী
মুঙাইবদো করিমতা থ,গাইরোই' হায়না থূমত্থনা মুখরানা মম,ম
অমা পানগদৌরিবা অমদা মহাক্না য়ারবদগী অমুক ম,খরানা
'হৌজিক্কি নংনা ঐগোন্দা থাগী লুপা পিবসি তোকলো ।'
হায়রকপদা সদানন্দনা থুম্বকপা য়াম্নুংদগীনি ।

মতাং অসীদা লৌথংলিবা মৌবানীগী য়াফম অসীদগী
ভাবোক্না করি খঁঙি? ম,খরা অতোপ্পা নিপা অমদা মমা-
মপানা নীংব মতুংইনা মযুম পাম্নগে নীংলে। সদানন্দশু য়ারে।
পানবদি পাপ্পি। অদূনদি শীজিন্নরিবা থৌওং (ক্রিয়া) শিন্নথোক-
খিবনি হায়বা হৌথ,বা মতমগীসি লৈযম থোকপ্রা? মতম
অকরুদবা মাঙ (সামান্য ভূত) গী থৌওং 'শিন্নথোক্লবনি'
ওইফম থোকপ্রা হায়রুবদা করি থোইনা লাল্লুনিঁডাই লৈগনি
নীংদে খল্লুবদা করি অকায়বা লৈগনি।

অসীমশু অসী ওইরে। খোর্জেগী শাজত্তা ভাবোকী
নীংবা থুংলবা অমত্তুংদগা লৈ। করিনা! য়ারী অমা লাইরিক
অমা ইবা হায়বসী জগৎকী মওং মতৌ অমা লীথোক

ইথোকপদনি। জগৎ মশাদা য়েংবগা ৱাৱাকী মশক ৱারীদা লাইরিকা লীথোক-ইথোক্লিবা অমুদা য়েংবদা অকিংশিদা ভাবোক্কী মীচং কনবা অহানবগী ময়েং অসীদনা ৱাম্না হেল্লী। জগৎ মশাদা য়েংবদনা পানগী মিৎ, পানগী নাকোং, মুংগী মিৎ, মুংগী নাকোং লোইনা ইয়াও ৱাওনা য়েংমিন্-তামিন্নে। অদুগা ৱারীদা লাইরিকা য়েংবা মতমদদি মুংগী কাওবদনা ময়েংনৈ; পানগী কাওবগী মতেংদি ফংদ্রে। অদুনা পানগী কাওবগী শরুক অদু থোর্জেনা মেহ্লিনত্রবদা ভাবোক অয়াম্বনা মুডাইবা মপুং ফানা ফংবদা ৱায়।

লোনগী মরোল অনী চৎলী; অমনা, লোল মশানা কোয়ক্লবা অমা, অদুগা অমনা, ডাওলীবা মী অদুনা সেম্বা অমা। অদুনা শীজিন্নরীবা ৱাহৈশিং অসী মরোল অনী অনী চৎলী। ফজবা মরোম্নবা ৱাহৈনা ফজবা ডাক্ত ওইদে। অদুগুম্ন ফত্তবা মরোম্নবা ৱাহৈত্ত ফত্তবা ডাক্ত ওইদে। মুংশিদা হায়বা ৱাহৈ অসীদা ৱাহৈ মশাগী কোয়ক্লবা মুংশিবা থওনবা মরোল অদুত্ত থোকপা ৱাই; নত্রগা মুংশিসে হায়বা মরোলত্ত অফুম ওইবা ৱাই। ৱাহৈ অমদা লৈরিবা মরোল অনী অসী ডাওলীবা নীপা অদুগী শকওং-শক্তা, থোনওং-থোন্দা কয়ানা লেপ্লে। ডাওলিবা নিপা অদুগা মায়োক্নবা ভাবোক্তদি মরোল লায়না থোকই। করিনা। মপানগী মিৎ-নাকোংনচিংবনা মাগী তেং-

বাঁঙি ; মিংলা কন্নকী ঙাঙলিবা শকং ম অসী মুংশিনবীনি নত্রগা মুংশিদবীনি হায়বা উই, অদুগা নাকোংনা খোন্দা অসী মুংশিকীনি নত্রগা মুংশিদবগীনি হায়বদু তাই। অদুনা ভাবোক্কা লায়না মরোল খুনবা ঙম্মে। অইবা রারী-লাই-রিক্কদি মুংগী মিং-নাকোংদনা য়েংথি-তাখিবনা অমদি পাললোম-দগী তেংবাঙ অমতা ফংদবনা রারী-ইরি-লীরিবা খোর্জেই অদুগী মতেংনা রাংলিবা পানগী তেংবাঙগী শরুক অত্থু মেনথত্রবদা, মমিং থৌদ-থৌথুবা ভাবোক্কীদি লায়, অয়াম্বগীদি মরোল চুম্না খুনবা রায় হায়বদা পঙলাল লাম্নিংঙাই উদে।

অদুগা অমনা —

জগৎ অসীদা মীওইবা অমগী নত্রগা লৈবাক অমগী মপুনশিগী খোঙফদা থেংনরগদৌবা অরা-মুংঙাইগী মমি অসী উদবা থুংশিল অমনা মাঙজো-মাঙজোননা পী হায়বসী অথঙ-অউশিংনা উবদগী 'মমিনা মাঙেঙাইনবনি' হায়বা পাউরো অমা চংনরক্লী। খোঙুল-তানা পুনশি-খোঙফয়বা মীওইবা কনানা ত চুম্বা অসীগা শকথঙন-দবা লৈ! মঙলোন্না মরম কয়া মুগায়না তাক্লী ; পানগী জগৎকী পোৎলম অমদি শকফম কয়ানণু উৎলী। মঙদা মহৎ-পানবনা চীক্লগা লল ফংঙি মঙলোল (স্বপ্ন-তত্ত্ব) না হায়, কুমগী অহান-বদা থত্রাংচাক য়েংওইননা উরগা লল ফংঙি নৈসর্গিক তত্ত্বনা তাকই। খোক্তুবরা অতুম মথোকই।

অদুগা অমুক অমনা—

পানগী জগত্তুদি ভাবোক ওইবা থম্মোই অমবু কুম্মৈ অমদা চিংশিন্নবা পোৎলম য়ান্না লৈ; ৱারীদদি মখোয়শিংগী মতেং অদু ফংননীঁঙাই ওইদবনা যংনদে।

থকী মৃরমশিং অসীদগী থোর্ব্জে অহৈবশিংনা মখোয়না ফোঙনীঁঙিবা ৱারোল অদু ফোঙবা য়ানবা অমদি ভাবোক্না মরোল সুনা থুনবা ওয়নবা নায়ক অমনা নত্রগা নায়িকা অমনা ৱাফম অমা ঙাঁঙকপদা পানগী জগত্তা ৱাফম অদুগী মরোলগা চুনবা শাহুল মীওইবনা উৎনবা ৱাহৈনা উত্তুনা ইরি-ঙাঙনরিবা ৱাফমগা কোম্মনা হাপৈ; অরাবগী নত্রগা মুঙাইবগী থৌদোক অমা লীবা তারবদা থৌদোক অদুগী মশক অদু তরু তরুনা ফাওবা য়াননবা মমি অমা হাগ্না য়েক্নৈ; য়েক্লিবা মমি অদুনা পাকচাউরবা জগৎকী উৎনীংবা শকফম পীগনা লমায়দা পুশিন্নৈ। অদবু 'থাদোকপা' গী থোর্ব্জেগী থুৎয়েক-শিংদা হায়রিবশিং অসী ৱাৎলপ ৱাৎলপ মচৎপগুম তৌই।

. . .

মতাং '৮' দা থোর্ব্জেনা উৎলিবা কুম্মৈ অসী জগত্তা লুদগী লুরবা মওং অমনি। করিনা। সদানন্দনা মুখরা মাগীনি নীঁঙি; মহাকী দমক্ত মহাক্না হোৎনরী। অমরোমদনা মুখরনা মহাকপু করি ওইনা থজ্রি; মশা মুঙাইনবা মযুম অমা পাল্লগে নীঁঙি। অনী অদু তৎনগদৌরিবনি; মুখরানা ঐ য়ুম পাল্লগে

হায়গদেৌরিবনি ; অদুগা সদানন্দনা করে য়াগদৌরিবনি। মসীদা অনীগী রাত্তে, য়াকোঙ বায়োইনচিংবদা পানগী জগল্লা অনীনা ওইনখ্রদৌবা শক্তম অসী থাবদা বারগদৌবনি। শক্তমশিং অদুগী মমি অমকাওবা উত্তনা থোর্জেনা কোয়া চৎমনুবনা ভাবোক অয়াম্বদা বাকমশিং অসীগী মরোল শুনা কাওনীঁ ঙাই উদে। মথোয় পূম্নমক মথরায় পান্দবা ওইনা থোকই। পৌর্জেনা ইরি—

'মুথরা, নং শেল চিল্লবরা .......?' 'শেল চিন্দুনা তৌবা নত্তে,......শেল লৌবা তোকপা তারে·····থংহনগে তৌবয়ানি।' 'করি তৌরবগে ?' 'ওন্থোক্লা রানা রা অমা হাইবা তারে।......' হাইয়ু······।' '······ঐ অসে নিপা অবদা লৈনব...... লোইরে।' নথোইগী অহল-লম্মা হাইবনিদনা ? নংদি মদুদা য়ানিংদবা তাই, .......?' 'ঐয়াদি য়ানিংবা য়ানিংদবা লৈতে। '......অহন-লমনগী য়াথং . . . .লৈবসিদা তৌফম থংদরে।' 'থংলে।. . . . ঐনা. . . . .করিমত্তা থুগাইররোই।' 'ঐবু তারৌগনু. . . . .।' 'ঐ করিমত্তা রাখৌদে।. . . . .ঐবুদি কাওহুকো।' '. . . :. কাওবা ঙমলোই।. . .ঐঙোন্দা থাগী লুপা পিবসি তোকলো।, '. . . . .থোকলিবমখৈ. . . .তোকলোই।'. . . . . .অসীনচিংবা।

থোরিবা বাকম তসীনা পাবগী জগল্লা ওইরম্বা, ভাবোক্লা থুপত্নুা য়েংবা ফংলম্বা অনীগী করম করম্বা শক্তম উকম থোকই ?

সদানন্দ খংপ্রেক খংলোইদরা? মমায় ভাওলোইদরা! মখোল নীক্লোইদরা! লৈয়েং কাইরোইদরা! খোঞ্জেল্না মহাক্কী নি পীরিবা যোগগী খোঙকম অসী ফনা লৈহ্নুনগু, মবূক ফনা ফাবা ভম্বা অমা ওইহ্নুনগু, হাম্না শেহ্লোঁদবনা য়ামত্রবদা মিকুপ খরদংদদি মী অমা ওইবগী অশোনবা শরুক ফুদোক্কনীঁ ঙাই ওইবরা! 'রাংদ-রাংবা যোগগী থাক্তা লৈবা পুক্লিংমকসু, লাকঙমত্রবা ইন্দ্রীনা নমত্থনা চিঁঙী' দর্শন-না তাক্ত্রা! মুখরা ফনমক ওইহ্নুনসু মুপীনি। ইকাইবগা মপোক্লা শাগোম্নরবীনি। থৌনিংঙাই ফনা থোহ্নুনসু মখোল নীক্লোইদরা! লৈয়েং ফাইরোইদরা! মরু লুক্লোইদরা! মমায় কাহৎলোইদরা! অদুবু হায়রিবা শক্তমশিং অসীগী মমি খোঞ্জেল্না পীদবনা রাফমশিং অসী মথরায় পান্দবগুম ভাবোক অয়াম্বদা চত্তনীঁ ঙাই করি লৈ। সদানন্দগী পাউখুমদগী মহাক্কী মমি উত্তবনা মরোল তশেংবা ভাবোক অয়াম্বনা খঙনীঁ ঙাই করি লৈ!

মুখরাগী খুৎয়েক সুদবা, লোলগী রাচল থৌওইদবা, অদুগা লোলগী মরোল সুগায়দবা, পানগী শরুক রারীদা রাংপা মেন-খত্তবা অসীনচিংবা অশোয়বা খরদং অসী মীওইবগী খুৎয়েক-খুৎসেমগী হৌনশা চেন্নফম থোকপনা চেন্নরবগু থাদোকপা নীং-থিজরবা খুৎয়েক অমনি। খুৎফম অমতনা জগৎকী অহিংগীগু মুংখিলগীগু শকফম অনীমক তানা য়েক্লবা হৈরবা খুৎয়েকনি।

ভাবোক! কোরৌ লেপ্তান্নবা, লৈচিল-লানশিংনবা সনজীং

উরুরবরা ? উরুত্রগা উথিবা চীংজাউ অমা নীংসঁঙ্। লাইরু-ঈহেল-পামলুত্রবা, মালেম-কৈবয়বা লাইরু-ঈপাক্তি উরুরবরা ? উরুত্রবগু উথিবা ঈচাউ অমা হেক্ত মনীংসঁঙ্। অদুগা অমনা মালেম-লৈমায় চাউগোম্না সূক্না মংনা শল্লবা উমং উরুরবরা ? উরুত্রবগু উথিবা উমং অমা হেক্মক নীংসঁঙ্। কোরৌ মঙাল লাকপদা চীংমায় মতোন্দা শংবানবা মচুনা ঙাঙানবগা শান্নমিন্নবা ফজত্রা। ঈপাক্না সনা ঈরী ঈপোম্নবা নীংথিক্রা। নোংদোল-শীনবা মঙালগী মমিনা মশানা সূক্না মমজববা উমংগী অসূকপনা অহোইননা সূকচিনবা মিং থুমত্রা। অমুকসু অহিংনা লাকপা থানা ছন্দোরকপা মতম নীংসংসি ! থাখিবা পোংশকশিং অসিগী শকম অমুক য়েংসি ! চীংমায়দা মুরৈনবা মচুগা ঙোরুনবা মচুগা অনীনা য়াইমুন্নবা নীংথিত্রা ! ঈপাক্না রূপা ঈরী ঈহৌ-নরকপা পূক্নিং হুত্রা ! উমংনা সূক্না মংনা অঙোবা মচু থাগোম্নবা ঈংত্রা ! মনীংথিজ মওং অনীসিমক 'থাদোকপা' গী লামায়দা উবা ফংগনি। মশাগীগু মীগীগু য়েংন-চংপা ধর্ম্মানন্দগী মায়থোংদা মীনুংশিগা মশা-নুংশিজবগা অনীনা কোরৌ চীংমায়দা অশং-অঙাং অনীনা শান্নমিন্নবা উবা ফংগনি। মীগীদ-য়েংবা, মশা-কৌব য়েংত্রবা সদানন্দগী চেংলোদা মীনুংশিনা, কোরৌ-মঙাল-লাংবা ঈপাক্না সনা ঈবীনতুনা নীংখিজবগুম, ঈথক-ঈপোম্নবা য়েংবা ফংগনি। মশাগীদ-য়েংলবী মুখরাগী শকফমদা ঐনা সূকপা উগনি। কোরৌগী অচাকপা মনীংথিজগী শৈশিল

নোংজাগী অঙৈংবা মফজনা লাকপগুম, মীকোক অহমগী পুনশি-খোঙফম লীরকপদা অঙৈংবা জগৎকী মমি অমা মিৎলমদা তারকনি। মুঙাইবদগী পোল্লবা, মুঙাইবনা য়োল্লবা জগত্তা কোয়ৌ-অমত্তগী লমথৈদা খুভম্না পোৎলমশিংগী মঙাল ময়াং তিন্নদবগুম মীওইবনা পূক্লিংগী শাহুল থেম্নবনা মুঙাইবা মফং খেন্নবা উগনি। মন্তু উরুবদগী ভাবোক-ওইবা মিং ঈংলবা, লেঙদবা মুঙাইবগী জগৎ উরকনি।

অসীগুম্নবা খোর্জেংগী জগৎ অসীদা ভাবোক ওইরুরবা থম্মোই কনা নৈশিং-নৈশিং লমদম্লোইদোবা লৈ! লেঙদবা মুঙাইবগী জগৎকী মমিনা, অঙৈংবা থাবম্নবা নোংঙ্গানা কোয়ৌ-নবা নুংথিলগী শৈশিল লাকপগুম ফাওরকপা উবদা হাম্নবা মুম্নবা ভাবোক্কী থম্মোই কয়ি ওইবা হৌনৈ! মঙদা মঙলোল মঙদনীঁঙাই লৈবর্‌রা!

অমনা—

ঐ:গী মঙান্দা মিংথক্লবনা অমদি মিথক্লগনবনা অপৈবদনা অচুম্বনি খোংফম্নবা অমদি খোঙফম্নগনবা জগত্তা ওইনবা অমদি ওইনগনবা লৈবাক-পানবা মওং অমা খোর্জেংনা য়েক্লিবা, মহাক্না থেংনশিনবা যুগফম অমগী মৈত্রবাক্না ফীভম্নরবত্ত লম্ফেনবা যুগশিংগী লৈবাক-মপালগী মওং ওইবা, খুৎয়েক্না চুম্না তাবা, অদুগা মমিং-পানবা ভাবোক্কী কাঙলুপ্না তোয়রপ উবা অমা

ওইবনা, ভাবোক কনাম্ম থাগৎলোই! থাগত্রবদা সমথৈ নাইদবা অচুম্বা সমথৈবা থোক্তনীঙাই লৈবরা!

অমুক অমনা—

"মৈত্রবাকী নিপা-মুপী অনীগী অরানব লম্বীদনা পুন্নশি খোঙকম্মরবা শকফম খোর্জ্জেনা য়েকথোক্তুনা ভাবোক্তা উৎলীবা অঙকপা ফংনা কজে। মশা মশাগী শক্তম অসী উবদা খোঙ্গুল তারোইদোবা নিপা-মুপী কনা লৈ!

পঙনা পোক পঙনা পাল, পঙজবনা মপুনশি কৈরেং খোঙফম্মা, অরেম্বা মুঙাইবগী দমক্ত যুমথাং-চাক্তা-নাচুংদ্রবী মুখরা কনাগী শকফম্লো! মৈত্রবাকী মুপী শাগৈগী নত্রা? মানি। মশাগী কান্নদ্রবা মুঙাইবদা য়েং মুখরাগী অরানবা হিরোল খোঙবান্নরিবা, অপৈবা খোঙফম খোঙলোয়নরিবা চন্দ্রশেখরনা কনাগী শক্তম্মা! মৈত্রবাকী মঙাল-যংদ্রবা নিপা শাগৈগী নত্রা? মানি।

অরানবা লম্বীদনা মপুনশি-খোঙফম্মবনা মশিঙ্গাং ওইনরবা মৈতৈ নিপা-মুপী অনীগী মশা মশাগী মশক্তম তরু-তরু য়েকথোক্তুনা মশা মশাদা উৎপীরগা, অমুক খোঙ্গুল-তানা পুনশি খোঙফমদুনা জগৎকী য়াইফরম-য়ানবা সদানন্দগী খোঙফম উক্তুনা, খোর্জ্জেনা মরৈবাকী য়াইফরম য়াম্লীবা উবদা ভাবোক কনানা মহাকপু থাগত্তনীঙাই লৈ।

শন্না হায়রবদা নাপন্নরবা জগৎনা চৎনবা লোনচৎ, লৈবাক-পানবনা হুন্নবা শাহুল, অদুগা মৈত্রবাকী হৌজিক ওইরিবা নিপা-মুপীগী মিৎয়েং খোর্জেনা মথৎ মথৎ য়েন্নিবা ফজে। অমরোমদনা হায়রিবা পূন্নমক অসীগী মহাক্না অমুক পীরক্লিবা খুমুক নীংথিজে।

লাইরিক অসীগী মরমদা নৈননীঁঙাই লোইনা নৈনরে। মহাক্কী থাকফম অমত্তং লেপ্লগা লোইরে। অদুদি মসী করম্বা থাক্তা লৈ?

মী, তিল্লু-ঙিল্লুবনা পুই। অফবগা তিল্লুরে কৈ; অদুগা ফত্তবগা তিল্লুরে মাঁঙি! অদুনা 'মরুপ্না মী ফনৈ, মরুপ্না মী মাঙনৈ' জগৎনা পাউরৌনৈ। করিনা! য়োৎ ঈশিংদা লুপ্পি। অদুবু অতাউবা উগা মরুপ্পরুরবা মতমদদি তাউই। অদুগুম্মদুনা অতাউবা উ মহাকস্তু অরুপ্পা য়োৎ মহাক্না তিল্লরবা মতমদদি হেক্ত মরুপ্পি। পোৎলম পূন্নমক মহাক মহাক্না তিল্লু-তিল্লুরিবা অতৈ পোৎলমশিং অদুগী লীচৎ অয়াম্বদা লৌবা ঙাক্লি; অমদি মশা মশাগীনা থাদোকপা ঙাক্লি। মীওইবগীশু অদুমঙাই। অদুদি মরুপ করিনো?

মরুপ — তিন্নরুরিবা মীদুবু মরুপ কৌই। তিন্নরুরিবা মীদুদবু মরুপ মকৌনরবরা? কৌনদে। পুনশি-খোঙকমদা থেংনবা রাথল, রাঙাং, শাজৎ, পোৎলম, লাইরিক ········পূন্নমক মীওইবা অমগী মরুপকী পংথৈদা তাবা ঙাক্লি। অদুনা অকবা রাথল, রাঙাঙ, শাজৎ, পোৎলম, লাইরিকচিংবা মরুপ্পবা মীনা কৈ;

অমুগা ফত্রবা রাখল, রাঙ্গাঙ, শাজৎ, পোৎলম, লাইরিকচিংবা শম্নকরগা মীনা মাঁঙি।

থক্রা হায়খিৎবা মরুপশিং অসীগী মনুংদদা মীওইবা অমগী মফমদা অফবা লাইরিকা ইথোই থোই—ইকল কল্লী। করিনা? অতৈ মরুপ পুম্নমক্কী মগুণ, পুম্নমক-মক সুত্রবশু লাইরিকল পুল্লী। অদুনা লাইরিকা মীওইবা অমগী মচু থ্বাইদগী ই.হন হেন্না লোকপা ওন্নি।

অফবা লাইরিক কদাইবু কৌই? মীওইবদা অমম-অণ্ডাল মশক তাকপা লাইরিকপু অফবা লাইরিক কৌই। শারমদা পোকপা মীওইববু লাইরম কানরম তাকপা লাইরিকপু অফবা লাইরিক কৌই। মীওইকগী মফমদা লেঙদবা মুঙাইবগী মশক, মুঙাইবা অদু ফংনবা মরম তাক্লিবা লাইবিক অদুবু লাইবিক্ত-লাইরিক—অথোইবা লাইরিক কৌই, অখঙ-অউশিংনা হায়নৈ।

হায়নরীবা লাইরিক পংথৈ অসীগী মনুংদা তাববা 'থাদোকপা' নি হায়রুবগী করি অমুক কায়নাঁডাই লৈরি। মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা য়াওল অসীদা অসীগুম্বা জ্ঞানগী মশক, মশক্যক ওইববা লাইরিক থোক্লি, হায়বা ভাবোকশিংনা করি উদনিঁডাই লৈ।

স্বামী বিবেকানন্দনা পুনশি-খোঙকম-কঁডাওনরবা বঙ্গ-জগত্তা ভগবদগীতানা উৎলীবা খোঙকম অহুম (মার্গত্রয়ম্) মহাক্কী কর্ম্মযোগ, জ্ঞানযোগ অমদি ভক্তিযোগ ইথোক্লুনা য়াইফরম উৎপীরম্বগুম ওসি খোর্জেনা কর্ম্মনা মপুং ওইবদগী কর্ম্মযোগ

হায়না কৌনরবা যোগ ব্রারীননা পুথোক্লুনা মৈতৈ-জগত্তা জ্ঞানগী মৈরা চমথংলে হায়রুবদা করি থোইনা লাল্লিংঙাই লৈরুখিগনি ! স্বামীজীগী যোগ অছুম্বা বঙ্গ-সাহিত্যদা ওইবগুম থোর্জেগী 'থাদোকপা' মৈতৈ-সাহিত্যদা মওইরগনি হায়রুবদা পঙহেন হেঞ্জিন্নিংঙাই লৈতে।

ইছে-ভাবা ভাবোক্লা অহানবা ইশৈ শকথঙনদ্রিঙৈদা অপোবা 'খেয়াল' গী ইশৈদবু ইশৈনি হায়না নীংনবা, মখোয়গী অপোবা থম্মোইনা অপোবা শৈঙংসিদদা মপেন্নজবা, অমরোমদনা ইশৈ-দ-ইশৈ, থম্মোই থূম্নবা মুঙাইবগী কাঙলুপ্পা শৈঙই ঈচেন্নরবা ক্রুপদ-কীদদি মুঙাই পোকপা ঙমজদবনা ইশৈগী তশেংবা মহাউ থঙলমদবদগী ইশৈ মহাক্কা শকথঙনরব্রবা মতমদা অরাংবা থাক্কী শৈঙংসিদদা লৈশিল লৈশিল মখোয়গী থম্মোয়না থাঙনবগুম ঙস্রি অনেম্বা থাক্কী অপাম-মুংশিনা মপূংনবা লাইরিক্তগা ঙমদাইনরিবা মৈতৈ ভাবোক মুংগী মঙাল চাউরকপা ঈরোয়নদা 'অসীনদি পেন্দে, অসীমনগু পেন্দে' অমুম অমুম লাইরিক মথাং মৈরকপদা নোংমা ঙমদাইনররগদৌবা 'থাদোকপা' নি।

থাদোকপা—সাহিত্যগী অরাংবা থাক্তা চন্দনিংঙাই মরৈত্রবা লাইরিকনি। মায়[illegible] থাজনা ফজবগী কীগে ওইবগুম মহাক্কী [illegible]বা থরদং অ[illegible] লৈনা লৈনা ভাবোক্ত-ভাবোক্লা মসী[illegible] অরাংবা থা[illegible]বা লাইরিকনি।



# অইবগী লাইরিকশিং

১। বসন্ত শৈরেং
২। তোম্বু লাইজিং লেম্বী
৩। সীতা বনবাস
৪। মৈতৈ লোঙ্গল
৫। ঙাঙ্গোয় পরেং
৬। ভারত চন্দ্র (Vol. I to IV)
৭। গীতাঞ্জলী (অনুবাদ)
৮। মেঘনাদ বধ কাব্য (অনুবাদ)
৯। দি রেপ অব ল্যুক্রেসি (অনুবাদ)
১০। রমায়নগী য়ারী খর
১১। অশৈবগী নিতাইপোদ
১২। অশৈবগী জয় ভাই
১৩। অশৈবগী শৈরোই
১৪। বিদায় আশির্ব্বাদ
১৫। সনরিক পরেং
১৬। পুন্সি শক্তম ভোল্যুম ১

---

নম্ফম অমসুং যংফম :
ইম্রানি প্রিন্টিং প্রেস, থাঙ্গাল বাজার ( অলু গলি, ) ইম্ফাল